ইকবা পব্লিকেসন সিবিজ -৭

# হজরত মুহম্মদ (স্ব)

## (পুন্সি ৱারী)

এম. এম অহমদ



ইসলামিক কলচবেল এণ্ড বিসার্চ এসোসিযেসন (ইকবা)
মণিপুব ঃ ইম্ফাল

হজবত মুহম্মদ (স্ব)

অফোঙবা ঃ
ইসলামিক কলচবেল এণ্ড বিসার্চ এসোসিয়েসন (ইকবা),
মণিপুব, পাউনা বাজাব, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

অহানবা খুৎনম ঃ সেপ্তেম্বব, ২০০৪

কোপী মশীং ঃ ৬০০



মমল ঃ লুপা ৫০/-

মখুম যেকপা ঃ শ্রীগুরুময়ুম অক্ষয়কুমাব শর্মা

---

**HAZRAT MUHAMMAD (A BIOGRAPHY)**
(An Islamic Literature in Manipuri)

*Published by*
S M Sheikh, on behalf of
**The Islamic Cultural & Research Association (ICRA)**
Manipur, Paona Bazar, Imphal - 795 001



*Typesetted & Printed by*
**Padma Printers, Paona Bazar,**
Imphal - 795 001

# *অফোঙবগী ৱাবোল*

ইক্রা (ইসলামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন) মণিপুর, মীয়ামগী সেবাগীদমক রিসার্চ তৌদুনা লাকচবিবা সংস্থান অমনি। ইসলামগী লৈরীবা সকাফা (খুন্নাইবোল) গী শক্তম অমসুং ৱাবোল ইবা লাইরিক মৈতৈলোন্দা পুথোকপগা লোযননা মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) অমসুং লমদমসিগা মরী লৈনবা হীবম কযাদা থিজিন্নবগী থবক পায়খৎপা অমসুং থিজিল্লুবদগী ফংলকপা মচাক (ৱাবোল) শিংদু খোমজিল্লগা লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্তুনা মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা অঙম্বা খুদোল তৌবা, মসিগী মথক্তা অমুকসু লমদমসিদা লৈমিন্নরীবা অতৈ কাংলুপশিংগা নকশিন্ননা লৈমিন্ননবা খন্ন-লৈনবা অমদি কবি সম্মেলন, মুশাইরানচিংবা মহফিলশিং পাঙথোকপা হাযবসি সংস্থান অসিগী পান্দমশিংগী মনুংদা মক ওইবা শরুক খবনি।

হৌজিক ঐখোযগী পান্দমশিং অসিগী মনুংদা ইসলামগী খুন্নাইবোলগী মরী লৈন্নবা মকওইবা খঙদবা যাদ্রবা মুহম্মদ (স্ব) গী মবমদা মরিক চুম্না, যাম্না কুপ্না নৈনববা লাইরিক অমা জনাব এম এম অহমদনা খোমজিন্দুনা তবেৎ শুবা সিবিজ ওইনা ইক্রানা পুথোকচবি। অসিওম্বা ইসলামিক সাহিত্যগী লাইরিক অসি লমদমসিগী মীপুম খুদিংমক্তা পাবা অমসুং নৈনবদা খুৎলোইনবগীদমক লাইরিকসিদা শিজিন্নবিবা অরবি, উর্দু অমসুং ফার্সিনচিংবা ৱাহৈশিংগী মণিপুরী ৱাহম্বোক অমসুং ৱারী অসিগা মরী লৈনবা মেপশিং হাপচবি।

খেত্রি বেগুল
৩০ অগষ্ট, ২০০৪ ইং

এস এম সেখ
*জেনরেল সেক্রেটরী*
ইক্রা, মণিপুর

# *য়ামাঙ যানবা*

মতিক মগুণ চাউববা অল্লাহনা জিন্নাত অমদি ইনশান (মীওইবা) ঐখোযবু মহাক্কী ইবাদত তৌনবগীদমক শেম্বীবম্মী। অদুগা অমুকসু মহাক্কী ইবাদত তৌবদা লমজিং পুবেল ওইনবগীদমক্তা মীওইবশিংগী মবক্তগী নবী অমদি বসূল থাবিবকখি।

নবী অমদি বসূলশিং অসিনা মতম-মতমগী মীওইবশিং অদুগী লমজিং পীবকখি। শিবা নাইবা মীওইবা ওইবনিনা কন্নাসু লৈহৌদে। অসুম্না নবী, বসূল কয়া হৌখ্রবগী মতুংদা নবী পুম্নমক্কী অথোইবা অমসুং অবোইবা নবী হজবত মুহম্মদ (স্ব) লাকখি। মহাক্কী মতিক মগুণ শিংথাদুনা লোইবা নাইববোই। অসিগুম্বা তানজা অসিমক্তদা ঐগী ইয়াম্বা এম এম অহ্মদ, এডভোকেটনা ইবীবা "হজবত মুহম্মদ (স্ব)" হায়না মিং থোনবা লাইবিক অমা পুথোকপিবক্রিবা অসি যাম্না পুক্নিং থৌগৎনিঙাইনি। লাইবিক অসি নৈনজবে। মসিদা অইবনা যাম্না ফজবা মওংদা পন্দুপ-পন্দুপ নাইনা, মতাং চানা অমসুং মথং-মথং নাইনা য়াবীশিং উৎপিরি। অপাবশিংদা য়াম্না লাইনা ভাব তানা খঙবা ঙমহল্লি। অতোপ্পা মণিপুবী লোন্দা ইবা হজবত মুহম্মদ (স্ব) গী লাইবিক কয়া পাজবে অদুবু লাইবিক অসিদা ইবিবা মওং, য়াহৈ- য়তা ফজবা, লাইথোক্না উৎপা ঙম্বা পুম্নমক অসি অইবগী তোপ-তোপ্পা গুণ অমনি।

মথংদা অইবনা হজবত মুহম্মদ (স্ব) গী মমাঙদা ওইবম্বা ফিভম থোকখিবা থৌদোক অমদি থেংনখিবা মেপ-কা কোন-কোন্নবা উৎপিবিবা অসিমসু যাম্না থাগৎনিংঙাই ওইবা য়াফম অমনি। লাইবিক অসি পাবকপদা থৌদোক অদুমক মাঙদা শং-শং উবগুম খল্লি। অইবা অসিনা অল্লাহ অমদি বসূলবু কিজবা অমদি য়াহৈ-য়াতা, অববিক্কী খোম্লোক কযাদা অশোইবা লৈখিগদ্রা হায়না অকিবা ফোঙদোক্নুনা ইবিবিবা অসিমক অল্লাহ তআলানা অফবা ওইহনবিগনি হায়না খনজৈ, অদুগা অইবগীসু অল্লাহ তআলানা মতম চুপ্পদা অনৌ-অনৌবা য়াখল পোকহনবিবা ওইসনু হায়না দুআ তৌজবি।

**মৌ মুবাবক অলী**
যাইবিপোক নিংথৌনাই

# অইবগী ৱাবোল

ঙসি মীয়ামদা খুদোল তমজিববা লাইবিক 'হজবত মুহম্মদ (স্ব)' অইবগী তরুকশুবা লাইবিক্লি। ইংশোক ১৯৮৩দা ইহান-হান্না পুথোকখিবা লাইবিকসু মুহম্মদ (স্ব)গী পুন্সি ৱাবীনি। অহানবগী অদু মপুং ফাবা ৱাৎলি খন্দুনা ইনৌ-নৌনা ইথোক্লগা মেপ অমসুং মবী লৈনবা referance শিং হাপ্লগা অমুক পুথোকচবনি।

মীওই অমগী পুন্সি ৱাবী ইবা হায়বসি অবাইবা থবক অমা নত্তে। মহাক্না পোকপদগী শিবা ফাওবদা তৌবম্বা, পাঙথোক্লম্বা পুন্নমক অমত্তা চিংখদনা যাওফম থোকপনি। মদুমক ওইদ্রগসু মচং ওইবা হন্দোকপা য়াদ্রবা খবদি লাইবিক অসিদা অপাবশিংনা থেংনেবিগনি।

পৃথিবী অসিদা মীওইববু অফবা লম্বীদা লমজিংবিনবা অফ-অফবা নবী অমসুং বসুল কয়া অল্লাহনা থাবিবকখি। নবী নৎত্রগা বসুলশিং অদুদা শিন্নববপা অল্লাহ্‌গী যাথং, থৌজালগী ৱাহৈশিং থবক্লা, লাইবিক্কী মতেংনা মীওইবদা তাহলম্মী, খঙহল্লম্মী। অল্লাহনা নবী নৎত্রগা বসুলশিংদা পীবা অঙকপা লৌশিং জ্ঞান অদু থবক ওইনা উৎথোক্নুনা মীওইবদা উহনবা মতমদা অল্লাহ হায়বসিদি মখোয় অসিনি খন্দুনা ঈবাৎ পূজা তৌবম্মী। মদুনা মবম ওইবগা মীওইবা জাতিনা অল্লাহবু তুংওইনবা হৌবম্মী। মসি মতম মতমদুদা থোকপা থৌদাক-ৱাথোক্লা শাক্খিনি।

থৌদোক-ৱাথোক কয়া অসিগী তুংদা লান্না চৎপ্রবা মীওইশিং অদুবু অফবা লম্বীদা লমজিংবিনবা অরোইবা বসুল ওইনা অল্লাহনা হজবত মুহম্মদ (স্ব) সংসাব অসিদা থাবিবকখি। লাইবিক অসি পীকচববসু হীবম খুদিং শুনবা হোৎনজে। লাইবিক অসিদা য়াওবিবা মেপশিং Dr Hamidullah গী 'Battle fields of the prophet Muhammad " হায়বা লাইবিক্তগী লৌথোকপনি। ৱাবী অসি পবিং নাইনা চখবকপদা অপাবশিংদা খবমখৈদি কান্নবা ফংগদ্রা খন্দুনা হাপচবনি। লাইবিক অসিগী ইতোপ-তোপ্পা শক্তম অমনা "খঙবদা কান্নবা খবা " অমসুং Chronological Table অমসু হাপচরি।

লাইবিক অসিগী কোভব দিজাইন থবায হকচাং যাওনা মতম কাইথোক্নুনা যেকপীবকপা ইকাই খুম্নজবিবা ঐগ্যা গুকময়ুম অক্ষযকুমাব শর্ম্মাবু থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং ওইখিবা ঐগী মরুপ সেখ মুহম্মুদ্দিন অমসুং পদ্মা প্রিন্টর্সগী মরুপ- মপাংশিংবুসু লাইবিক অসি মপুং ফানবা হোৎনবদা তেংবাঙবিখিবগীদমক হন্না-হন্না থাগৎচবি।

অবোইবদা অববিক্কী খোয়োক নৎত্রগা বনান চুমদবা অমসুং অবানবা কয়া যাওবা থেংনববসু পাবিবিবশিংনা শোযদনা চুমথোকচনবগী তাঞ্জা পীবিগনি খল্লি।

এম এম অহমদ

# য়াওকম তাকপা


*অহানবা তাঙ্কক* ঃ **অববকী ইতিহাস অমসুং মুহম্মদকী পাবী পুবী তাকপা /১-১৪**

অববিযা - লম অসিগী মিং অমসুং লৈফম তাকপা/১, অববশিংগী অবিবা ইতিহাসকী হৌবকফম/২, ইসলাম শন্দোক্ত্রিঙৈ মমাঙদা লৈবম্বা লৈবাকশিং/৩, অবব জাতিশিং/৩, অববতা চৎনবম্বা ধর্ম্ম/৩, ইসলাম অমসুং অতোপ্পা ধর্ম্ম/৪, ইসলামনা মপুং ওইনা কোনশিনদ্রিঙৈ মতমদা ওইবম্বা নুপীগী ফিভম/৫, ইসলামগী মমাঙগী অববশিং/৭, কা'বা - ইসলামগী অমত্তা ঙাইববা খুদম/৭, মুহম্মদ (স্ব) গী মমাঙদা লৈবম্বা রসুল/নবীশিং অমসুং লাইবিকশিং /৮, ইব্রাহিম অমসুং ইসমাইলনা কা'বা শেমগৎপা/৯, মক্কাদা মতম পুম্বগী ওইনা যুম-কৈ শাগৎপা/১০, কুরেইশ/১১ হাশিম/১১, অব্দুল মত্তলিব/১২, অব্দুল্লাহ অমসুং অমিনা লুহোংবা/১৩।

*অনীশুবা তাঙ্কক* ঃ **মুহম্মদ পোকপাঃ অঙাং ওইবিঙৈ পুন্সি অমসুং ধর্ম্ম প্রচাব হৌবা /১৫-২৭**

মুহম্মদ (স্ব) পোকপা অমসুং অঙাং ওইবিঙৈ/১৫, ফিজবগী লানফম/১৬, লৈবাক্কী য়াইফনবা তৌবা/১৭, কা'বা অমুক শেমগৎপা/১৭, মুহম্মদ (স্ব)না লম্লোন-ইতিক্তা মায় ওনশিল্লকপা/১৯, মুহম্মদ (স্ব) অমসুং খাদিজা লুহোংবা/২০, অচুম্বা থিবকপা/২১, মবী লৈনবম্বা মীওইশিং/২২, ইসলামনা মপুং ওইনা কোনশিনদ্রিঙৈদা অববতা চৎনবম্বা আইন/২২, মুহম্মদনা নবুব্বত ফংবা/২৩, মাউন্ট সফা/২৪, মুসলিমশিংবু থিনা ওৎ-নৈবা ঃ মখোযনা অবিসিনিযাদা চেনবা/২৫, মক্কাগী প্রজাশিংনা বনু হাশিমবু থিংজিনবা/২৬, মক্কাগী প্রজাশিংনা মুহম্মদ (স্ব) বু ওন্ন-তৈননা প্রচাব তৌবা/২৬, অবু তালিব অমসুং খাদিজা লৈখিদবা/২৭।

*অহুমশুবা তাঙ্কক* ঃ **মতম অদুগী মুসলিমগী ফিভম /২৮-৩৫**

যছবিবতা লৈবা মীওইশিংগী ফিভম- মক্কা থাদোক্তুনা চেল্লকপগী মবম/২৮, মদিনাগী খোঙচৎ/২৯, হিজবী/৩০, মক্কাদা লৈবা মীওইশিংগী মতম-হৌখিবা থৌদোক হঙ্গৎনা যেংবা/৩১, ইসলাম ধর্ম্মনা তশেংনা পীবিবা জিহাদকী ব্রা/৩২, মেঅবাজ/৩২, ইসলামদা মচিন-মনাও ওইবগী মওং/৩৪, য়হুদিশিংগা কবাব তৌনবা/৩৪, কিবলা মফম হোংবা/৩৫।

*মরীশুবা তাঙ্কাক* ঃ **মক্ক ওইবা লানফম অমসুং থৌদোকশিং /৩৬-৫৯**
বদরগী লানফম/৩৬, বদরগী লান মতুংদা ওইবকপা ফল/৩৮, ফতিমাগী লুহোংবা/৩৯, উহুদকী লানফম/৪০, উহুদকী লান মতুং /৪৩, অল-বজীগী লান /৪৩, যহুদিশিংগী ফত্তবা থাখল/৪৪, য়ু থকপা থিংখিবা/৪৫, খন্দক্কী লান/৪৫, অল-হুদৈবিয়াগী সন্ধি/৪৯, খৈবর জয় তৌবা/৫০, নিংথৌ পানবা মপান লৈবাক-শিংদা ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংলুপশিং থাবা/৫২, মুতাগী লান/৫২, মক্কা জয় তৌবা/৫৪, হুনৈনগী লানফম/৫৬, তবুককী লান/৫৭, অববকী জাতি কযামকম ইসলামদা চঙজবকপা/৫৮, সাইবিযাগী ঙমখৈদা অকক্লবা মী খবা থাবা/৫৮, অবোইবা হজ্জ/৫৮, মুহম্মদ (স্ব) না লৈখিদবা/৫৯।
*মঙাশুবা তাঙ্কক* ঃ **ইসলামগী লম্বী অমসুং মুহম্মদ (স্ব)গী লৈবাক ঙাকপগী মওং /৬০-৭৬**
ইসলামগী লম্বী/৬০, মুহম্মদ (স্ব) গী ইমুং-মনুং/৬১, মুহম্মদ (স্ব)গী মতমদা লাইবিক-লাইশু তম্বগী মওং/৬৩, বশুলনা লৈবাক ঙাকপগী মওং/৬৮, বসুলগী সেক্রেটবিযেট/৬৯, খাজনা লাক্লবগী মবমশিং /৭০, লান্মী/৭১, ইসলামনা মপুং ওইনা কোনশিল্লবা মতুংদা ওইবা নুপীগী ফিভম/৭১, মুহম্মদ (স্ব) গী থোইদোকপা গুণ খবা/৭৩, মুহম্মদ (স্ব) না লৈখিদ্রবা মতুং/৭৪।
*তরুকশুবা তাঙ্কক* **ঃ এপেন্দিক্স - I TO V /৭৭-৯৪**
এপেন্দিক্স - I/৭৭ এপেন্দিক্স - II/৭৯, এপেন্দিক্স -III/ ৮০, এপেন্দিক্স -IV /৮১, এপেন্দিক্স - V/৮২।
Books referred in this work /94

## লাইবিক অসিদা যাওবিবা মবী লৈনবা মেপশিং ঃ

১। অবিবা অববকী মেপ /১
২। বদবগী লানফমগী মেপ /৩৭
৩। উহুদকী লানফমগী মেপ /৪১
৪। খন্দক্কী লানফমগী মেপ/৪৬
৫। খৈবরগী মেপ/৫১
৬। মক্কা জয় তৌবগী মেপ/৫৫

## অবানবা চুমথোকপা

| লামায় | লাইন মশিং | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ২ | ১৬ | নোচুপ্তনা | নোংচুপ্তনা |
| ৪ | ১৬ | ইউবোকক্কী | ইউবোপকী |
| ৫ | ১১ | মমিং-তন্না | মনিং-তন্না |
| ৫ | ১৭ | চনবী | চৎনবী |
| ৬ | ১২ | চনবম্বা | চৎনবম্বা |
| ৯ | ফুটনোট | সহাবগা | সবাহগা |
| ,, | ,, | পেলেসতাইদগী | পেলেসতাইনদগী |
| ১২ | ২০ | কোক্রম্মী | পোক্রম্মী |
| ৫৯ | ৭ | খুদিমক্তা | খুদিংমক্তা |
| ৬৪ | ১৪ | ঙংবা | ঙাংবা |
| ৭৮ | ১৮ | মুসিলিম | মুসলিম |
| ৭৮ | ৩৪ | যছবিব | যছবিব |

# হজরত মুহম্মদ (স্ব)

*"হৌজবি থোইদোক-হেন্দোক্লা থৌজাল হৈবা ভাকপী হৈবা অল্লাহগী মমিং অচৌবা অথোইবা লৌদুনা।"*

অহানবা তাঙ্কক

## ইসলামগী মমাঙগী অরব

### অববিয়া — লম অসিগী মিং অমসুং লৈফম তাকপা

অববিয়া কৌব্বখিবগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা মোত কয়ামুক লৈবশ্নী। ৱাহৈগী হৌবকফম থিবা (Lexicographers) কাংবুনা 'অবব ' অমসুং অববিয়া' হাযবসি ৱাঙাং হৈবা, ঙাংবগী শক্তি লৈবা হাযবনি হায। পৃথিবীদা লৈবিবা জাতিশিংগী মনুংদা অববশিংনা ঙাংবা ৱাহৈ-ৱাতানা হেন্না চুশিন্নে, ফজৈ হাযনা মখোযনা থাজজৈ অমসুং মখোয মশানা



মশাবু অবব হায়না কৌনৈ। অদুনা অতৈ জাতি অসিবুনা 'অজম' হাযবদি মবোল লৌবা যাদবা য়াঙাং হাযনা খঙনবস্মী। সেমিটিক লোলদা 'অববাহ' হাযবসি লৈঙোই লমবু খঙনৈ। অদুনা অববিযা অসি লৈঙোই লম ওইবনা মিং অসিমক থোনবনি।

অববিযা অসি ঈশিংনা মাযকৈ অহুম কোইশিনবা লমনি। মসিগী ঈশিং-নুংশিৎ লৈবিবা মীওইশিং, পোখোক-চাথোক পুন্নমক ভুগোলদা নৈনৈ। বসুলগী মতমগী অববিযা অদুগী চাওবাকপা শক্তমদি-অবাংদদি যাম্না চাউনা শন্দোক্লস্মী। অলেপ্পো অমসুং ইউফ্রেটস যৌই হাযনৈ। খা থংবদা অবব সাগব, ভাবত মহাসাগব লৈ। নোংপোক্তা পাবস্য উপসাগব অমসুং নোংচুপ্তা লোহিট সাগব লৈ। লৈবাক অসি নোংচুপ্তা লোংগীচুদ ৩৫° নোংপোক্তনা লোংগীচুদ ৫৫° গী মনুংদা লৈ। অদুগা খাম্না লেটিচুদ ১৫° অবাংদনা লেটিচুদ ৩১° ফাওবগী মনুংদা লৈ।

মতমগী মতুং ইন্না লৈবাক ঙাকপগী মওং অসি নিংথৌ পাল্লম্বদগী লৈবাক অদুদা লৈবিবা মীওইশিংনা লৈঙাক শাসন তৌনবকখি। অদুগা লৈবিবা লৈবাক অদুগী পাক-চাউবসু লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা খেন্নবসু লৈ। হৌজিক হৌজিক ওইবিবা সাউদি অববিযাগী অপুনবা এবিয়াদি ২,২৫০,০৭০ স্কাব কিলোমিটবনি। অদুগা লৈবাক অসিগী পাক-চাউবনা অবাংদা জোবদান অমসুং ইবাক লৈ। খা থংবদা যমন অমসুং ওমান লৈ। নোংপোক্তা পাবস্য উপসাগব অমসুং ইউনাইতেদ অবব ইমিবেট লৈ অদুগা নোচুপ্তনা লোহিট সাগব অমসুং যমন লৈ।

## অরবশিংগী অবিবা ইতিহাসকী হৌবকফম

জাতি খুদিংমক্কী মশা-মশাগী হৌবকফম ইতিহাস লৈবগুম অববশিংসু মখোযগী হৌখিবা মতমগী ইতিহাস লৈবস্মী। মখাদা পীবিবা অসি মদুগী মবম খবনি [1]।

(ক) অল-হিবাগী নিংথৌশিংগী লাইব্রেবীশিংদা মূর্ত্তি লাৎলস্মী হাযবগী বেকোর্দশিং লৈবস্মী। মদু মতমগী মতুং ইন্না ইবন হাশিমদা যৌবকখি।

(খ) য়াবীশিংসি চিনহাযদা মপাদগী মচাদা মথং-মথং তানবকখি। অববশিংসি নিংশিংবগী পাঙ্গল যাম্না লৈবস্মী। অবিবা মতমদগী হৌবগা ইসলামনা মপুং ফানা পৃথিবীগী কাচিন-কোযা থুংলবা ফাওবদা শৈবেং য়াবেংশিং চেদা ইশিল্লমদে, অদুবু মদু কাওদনবা মশা-মশাগী য়াখল (Memory) দা পুনশিন্দুনা থম্নস্মী।

(গ) অবিবা মতমগী ইউবোপ জাতিশিং খুদম ওইনা গ্রীক্কী অইবশিংনা জাতি কয়ামুক্কী লীচৎ-শাজৎ, য়ুমলৈ-কৈবৈগী মবমদা নৈনবস্মী। অফাওবা ইতিহাসকাব প্লিনি ফাওবনা অববশিংগী মবমদা খবতা ওইববসু ইবস্মী।

1 Shibli Nu mani– Sirat-un-Nabi Vol I (1983) p 94-95

(ঘ) অঙুনবা মতমদা ইবম্বশিং অমসুং নুঙদা হক্রম্বা কয়া মতম অদুগী মুসলিমশিংনা ফংলম্মী। অদুবু মদু ইউবোপতা লৈবা জাতিশিংনা লোয়না খোমজিনখি।

## ইসলাম শন্দোক্লিঙৈ মমাঙদা লৈরম্বা লৈবাকশিং

ইতিহাসকী খোমজিনবা দাতাদগী ঐখোযনা খঙবা ঙম্লে মদুদি ইসলামনা মপূং ফানা কোনশিনদ্রিঙৈ মমাঙদা চাওখৎলবা লৈবাক মঙা লৈবম্মী [2]। মখোয়শিং অদুদি—

১। মৈইন নৎত্রগা মিনৈইন লৈবাক— মসি খা অববিয়াদা লৈবা লৈবাক অমনি, অদুগা লৈবাক অদুগী মরু ওইবা সহবনা কবন অমসুং মৈইননি।

২। সবাআইন নৎত্রগা সবইন নিংথৌ পানবা লৈবাক—মসিদি ইসা (অ স) না পোক্কদবা চহী ৭০০ লোমগী মমাঙদা লৈবম্বা লৈবাকনি। মসিগী কোনুংনা মা'বিবতা ওইবম্মী। মতম অদুদা নুঙদা হক্কুনা ইবগী থবক যাম্না চৎনবম্মী। লৈবাক অসি লৈবম্মী হাযবা ইসা (অ স) না পোক্কদবা চহী ১১৫ বোম বাৎলিঙৈদা খঙনবকখি। হিমযাবিটনা লৈবাক অদুগী নিংথৌ ওইবম্মী।

৩। হদ্রমৌটি লৈবাক— মসি যমনদা মমিং লৈবা মফম অমনি।

৪। কতাবনিয়ান লৈবাক— কতাবন অসি এদেনগী লম অমনি। অদুবু লম অসি হৌজিক্তি মেপ্তা ইফং-ফংদ্রে।

৫। নবতযন লৈবাক— মসি ইসমাইলগী মচা নাবাট হাযবদুদগী লাকপনি।

## অবব জাতিশিং

ইতিহাস ইবশিংনা অবব জাতিবু কাংলুপ কযামুক থোক্লা খায়দোক্লম্মী।

ক) অবব বইদা— ইসলামনা মপূং ফাদ্রিঙৈ মমাঙদা লৈবম্বা জাতি অমনি।

খ) অবব আবিবা— জাতি অসিবু বনু কহটান হায়বগসু খঙনৈ। মখোযসিনা অবব বইদাগী মহৎ শিন্দুনা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবম্মী। মখোযসি য়মনদগী লাকপনি।

গ) অবব মুসতবিবা— হিজাজদা খুন্দাদুনা লৈবা ইসমাইলিযাসু যাওবা কাংবু অসি লৈবম্মী। ইসলামনা মপূং ফাবকপা মতমদা বনু কহটান অমসুং বনু ইসমাইলনা মরু ওইবা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈবা জাতিশিং ওইবম্মী।

## অববতা চৎনবম্বা ধর্ম্ম

ইসলামনা মপূং ফানা কোনশিনদ্রিঙৈ মতমদা অববতা ধর্ম্ম মখল-মথেল চৎনবম্মী। মীওই খবনা মতমবু নৎত্রগা হোংলক্লিবা প্রকৃতিগী মওং মতৌ অসি উবগা অল্লাহনি খন্দুনা ঈবাৎ পূজা তৌবম্মী।

---

2 *Shibli Nu'mani–Sirat-un-Nabi Vol I (1983) p. 98*

(১) মীওই খবনা অল্লাহ লৈ হায়বসি থাজবম্মী। অদুবু 'বিচাবগী নুমিৎ' হায়বসিদি থাজবমদে।

(২) কাংলুপ অমগী মীওইশিংনা অল্লাহ লৈ হাযবা থাজে, বিচার তৌগদবা নুমিৎ হায়বসিবু থাজে, অদুবু নবুবতগী বাফমদি য়াবমদে। নবুবত হায়বসিদি ফরিষ্টা অমদা চেনগদবা গুণনি মীওইবদা নত্তে হায়না লৌনবম্মী।

৩) মী অয়াম্বনা মূর্ত্তি পূজা তৌবা চৎনবম্মী। অল্লাহ ফংনবা লম্বীদি মূর্ত্তি পূজা তৌবগা ফংগনি খল্লম্মী।

## ইসলাম অমসুং অতোপ্পা ধর্ম্ম

পৃথিবীদা লৈবিবা তোঙান-তোঙানবা জাতিশিংনা ধর্ম্ম মখল মখা মপা মপুনা চৎনবম্বা মতুং ইন্না চৎলি। ইসলাম ধর্ম্ম অসিবু পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা লৈবাক্তা চৎনবি। ইসলাম হাযবগী অর্থদি "শান্তি ফংনবা লম্বী, অল্লাহনা হাযবা ইনবা অমসুং অল্লাহদা চঙজবা " হাযবনি। ধর্ম্ম অসিমক হজবত মুহম্মদ (সলল্লল্লাহু অলৈহি বসল্লম) না অমুক হন্না অববকী মফম খুদিং শিন-থুংনা শন্দোকপা হৌবকখি। খ্বাইদগী শেংলবা আসমানি কিতাব কুবআননা অসুন্না তাকলি- "অমসুং ঐখোযনা থাখি নহাকপু (হে মুহম্মদ)হবাওবা পাউ পুবা অমসুং বাবকপা অমা ওইনা মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী তোইগুম্বসুং মী অযাম্বনা খঙদে " (৩৪ ২৮)।

ঙসিদি ইসলাম ধর্ম্ম পৃথিবীগী কাচিন-কোয়া শিন-থুংনা শনদোকখ্রি। ইউবোককি মফম অযাম্বদদি ধর্ম্ম অসিবু খৃষ্টিযানিতি নৎত্রগা বুদ্ধিজম হাযবগা খৃষ্টিযান ধর্ম্ম নৎত্রগা বুদ্ধ ধর্ম্মবু খঙনবগুম ইসলাম ধর্ম্মবু 'মুহম্মদানিজম' হাযবগসু খঙনৈ। অদুবু মুসলিমশিংদি হাযবিবা মওংসিদা শুকখঙ-খঙনদে। ইসলাম ধর্ম্ম অল্লাহগী অশেংবা পাউজেলতনা শেম্বনি। মসি হোলি প্রোফেট লাকত্রিঙৈগী মমাঙদগী হৌনা লৈবক্রবা ধর্ম্মনি । ধর্ম্ম অসি পৃথিবীদা অল্লাহনা বসুল ওইনা থাবকখিবা আদম, নুহ, ইব্রাহিম, মুসা অমসুং ইসা(যিশু) মখোয পুম্নমক্কীসু বর্ম্মনি। মসি বসুল ইবুংঙোনা নৌনা হৌদোক্রম্বা নত্তে।

ইসলামদি পুম্নমক্কী হৌবকফমনি। ইসলাম ধর্ম্ম যাবা মী কাংলুপ্পু মুসলিম হাযনা কৌই। মুসলিম হাযবগী অর্থদি "বাযেন য়াথং য়াবা অমসুং নোনজবা"হাযবনি।

পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা মূর্ত্তি পূজা তৌবা চৎনবম্মী। অবব লৈবাক্তা মী খবনা দীন ইব্রাহিম চৎনলম্মী। মী খবনা মূর্ত্তি ঈবাৎলম্মী, খবনা নুঙ, উ, তুবেলনচিংবসু পূজা তৌবম্মী। মখোযগী অবেপ্পা মওং অমত্তা লৈবমদে। মতমদুগী চৎনবী লৌদুনা ঙসিসু ঐখোযন উবি মওং কযাগী মূত্তিশিং পূজা তৌবা, মদুগী অচুম্বা খুমদদি — বুদ্ধ ধর্ম্ম গৌতম বুদ্ধনা হৌদোক্রম্বনি, মহাক্কী মূর্ত্তি শাদুনা পূজা তৌনবি। খৃষ্টিয়ান ধর্ম্ম চৎপা কাংবুনা যিশু খৃষ্টবু অল্লাহগুম খল্লি। পৃথিবীদা লৈবিবা ধর্ম্ম খুদিংমক মাগী মাগী ওজা গুরু, কাংলুপ নৎত্রগা

জাতিগী মমিং লৌবগা থোনবা ঙাক্তনি। ইসলামদি কনাগীসু মমিং লৌবগা থোনদে।

ধর্ম্ম খুদিংমক্না তাল্লিবসি ফজবা, অচুম্বা, অবান-খুভম ফংনবা লম্বীদুনি। হিন্দু, মুসলিম, খৃষ্টিয়ান পূম্নমক লাই নীংই। মখোয়না নীংলিবা ফংগে তাল্লিবা অশেংবা লম্বী অদুদি অল্লাহতবুনি। মীবু, উ-বাবু, চীং-তুবেলবু পূজা তৌবগা অল্লাহ ফংবা য়াবোই শুপ্পতগী নবীনা মপু যৌনবা লম্বী তাক্কনি, অতোপ্পা কনানসু তাকপা ঙমলোই অদুগা তাকপসু ওইথোক্তে।

## ইসলামনা মপূং ওইনা কোনশিনদ্রিঙৈ মতমদা ওইবম্বা নুপীগী ফিভম

ইসলামনা মপূং ওইনা কোনশিনদ্রিঙৈ মতমদা নুপীশিংবু থাংদোক-থাংজিন য়াবা পোৎকুম্না লৌনবম্মী। মশানা য়াবা য়াদবা, পাম্বা পামদবা মখোয়না মদু থোইনা মরু ওইনা লৌবমদে। মদুগীসু মথক্তা লুহোংবদা চঙবা শোইফদবা মচাক অমনি হায়নসু খল্লুদে। মখোয়না নুংঙাইবা খক্তবু উই। ফজবা মওংদা শেল পীবগা থম্মোয়গী অপাম্বা ফংহনবা মতম অদুগী চৎনবী ওইরম্মী। নুপীশিং মমিং-মখা তম্না হিংবা ঙম্নমদে। মখোয়গী লন-থুম মপা-মপুদগী ফংফম থোকপা কবিসু লৈবমদে।

লান ঙমদুনা হন্নকপদা নুপী শঙ্গু-শঙ্গু ফাদুনা পুক্রুম্মী। মদু মখোয়গী লানদা ফংলকপা অমসুং লুট তৌবকপা পোৎশক ওইনা লৌনবম্মী। অববকী মপান লানথোকখিবদসু খেন্নবা কবিসু লৈতে। ভাবত, ইজিপ্ত অমসুং ইউবোপকী লৈবাকশিংদা নুপীবু মীনাইদগী হেন্না শাথিনা তোন্না লৌবম্মী। নুপীবু মখোয়না মী অমসুং শা-ঙাগী মবক্তা লৈবা জীব মখল অমনি হায়না লৌনবম্মী। ভাবত্তা হিন্দু নুপীশিং মবা মপুবোইবা শিবা মতমদা চনবী অমা ওইনা নুপী অদুবু মপুবোইবগী মৈগী চিতাদা নমদুনা লংশিল্লগা হাত্তেক্রম্মী। মশানা যানিংদ-যানিংদনা শিবা তাবম্মী। অমুকসু ফজবী মওংদা "সতি" হায়বা মিংথোল অদু পীবম্মী। নুপীবু শোরু-শম্নবা য়াদবা য়াম্না শাথিববা প্লেগ লাইনাগুম খন্নবম্মী। ইসলামনা মপূং ওইনা কোনশিনদ্রিঙৈ মমাঙদা মবাইবক থিববী লুম্রাবী নুপীমচাশিংবু মবা মপুবোইবা শিবগী দাযত্য পীশিল্লম্মী অমসুং থিনা তৌবম্মী [3]।

প্রোফেসব ইন্দ্রনা মহাক্কী "Status of Women in Mahabharta" দা নুপীগী মবমদা য়াম্না ফজনা ইবি। মহাক্কী মোত মতুং ইন্না—"নুপীদগী হেন্না পাপ চেনবা জীব অমত্তা লৈতে। নুপীদি চাকলিবা মৈনি। মহাক্তি থৌববা বেজব (ব্রেদ) মযানি। মহাক্তি পূম্নমক অসিগী হৌবকফম মরুনি।" মহাক্না অমুকসু মখা তান ইবি— "নুপাশিংনা মখোযবু নুংশিবোইদবনি।"

ইমুং অমদা নুপী পোকপদা মদু হবাও-তযান্না লৌনবমদে। মদুগী মহুত্তা অবাবা ফোঙদোক্রম্মী অমসুং নিঙমদবা কযানা তেংথাবম্মী। নিপা পোকপদি হবাওনা অমসুং

3 Fida Hussain Malik – Wives of the Holy prophet (1994) P 11

অফবা ওইনা লৌনবম্মী।

লানদা ফাবকপা নুপীশিং নৎত্রগা হায়ন-শিংনদুনা লুহোংগদবা নুপীশিং ফাদুনা পুবক্লগা যাম্না মওং তাদনা মীওইবগী চৎনবীগী ৱাংমদা ওৎ-নৈবা তৌবম্মী [4] ।

অবিবা মতমদা হিন্দুশিংগী চৎনবী 'অসুবা' হাযনা খঙনবা লুহোংবা মখল অমা চৎনবম্মী। মসি তশেংনমক মপানা মচানুপী অদু শেল লৌবগা য়োম্থোকপগী চৎনবীনি। অদুগীসু মথক্তা মতম অদুগী ভাবত্তা নুপীবু লাইদা কখোক্লগা মদু লুহোংলবনি হায়না লৌবম্মী। অদুগুম্বা নুপীশিং অদু লুহোংলবা নুপানা মাগী নুপীদা লোইনবগী মওং অদু চপ-মান্নবা চৎলম্মী। বেদিক যুগতা নুপীশিং অসি লানদা মাঙ-তাক্লবা পোৎনি হাযনা লৌনবম্মী। লানদা মায পাক্লবা কাংবুনা নুপীবু লানদগী ফাগৎলকপা নৎত্রগা ফংলকপা পোৎ-চৈগুম্না নম-নমদনা যোম্থোক্লম্মী [5]।

পৃথিবীগী কাচিন কোযা থুংনা চৎনবম্বা নিযম, আইনদা নুপীদা লন-থুম ফংহনবা হাযবসি লৈবমদে। ইমুং অমগী লন-থুম যেম্লকপদা নুপীগী শরুক তম্লমদে। বোমগী চনবম্বা আইনদা মচানুপী নৎত্রগা মহাক্কী নুপীবু মী অমা ওইনা লৌবমদে, চুম্নগী পোৎশক অমনি হাযনা লৌবম্মী [6]। গ্রীসতদি যুমগী মরু ওইবা থবক থৌবমশিং, অতোপ্পা ওফিসকী থবকশিং নুপীনা তৌবম্মী। অদুবু শেল-থুমগা মবী লৈনবা থবকশিংদদি নুপীশিংগী অধিকাব উবা ফংলমদে।

অববতসু লৈবম্নীবা মতমদুগী য়ুমলৈ-কৈবৈ, সমাজগী চৎন-লোনচৎ যাম্না ফৎলমদে। অববিযাগী অবিবা জাতিশিংগী মনুংদা নুপীনা নুপা লোনবসি যাম্না চৎনবম্মী। কনাগুম্বগী নুপী অতোপ্পা নুপা অমগা ওম্থোক-ওনশিন তৌনবা যাম্না চৎনবম্মী।

লান তোইনা তৌনবা অমসুং অশি-অনা থোকপনা নুপা মশীং যাম্না ৱাৎলম্মী। মসিনা মবম ওইবগা লুখ্রা মশীং যাম্না হেঙ্গৎলম্মী অমসুং নুপী লোনবসি অদুম চৎনবী ওইখি।

ফাবগা লুহোংবা হাযবসি মতম অদুদা যাম্না চৎনবম্মী। লান্দা ফাবকপা নুপীশিংসি মখোযগী নুপী নৎত্রগা যেক্লবগী লোইনবী ওইনা পুখিবসু যাওবম্মী। অববকী লান শোক্লবগী মবমদা যাখোক্তুনা থম্লবা চৎন-পথাপ আইন অদুদা লানদা ফাগৎলকপা পোৎ-চৈ যেম্থোকপগুম নুপীবুসু য়েম্থোকপা যাহম্লম্মী। ইবানদা মখল অনীগী লুহোংবা চৎনবম্মী। অহানবা মখলগী লুহোংবা অসিনা মহাক্কী ফংফম থোকপা শরুক অমসুং অঙাংশিং ফংগনি। অদুগা অকোনবগী অসিনা মশাগী খুদোংচাবা অমত্তা লৈমবদে [7]।

নমদুনা ফাবগা লুহোংবা অসি নত্তবা শেল পীদুনা নুপী লৈবগা লুহোংবগী চৎনবী অমসু লৈবম্মী। লৈবিবা মী অদুনা নুপীদুগী মপাদা নৎত্রগা নক্লবা মবী-মতাদা শেল অদু

---

4 **Fida Hussain Malik – Wives of the holy prophet (1994)** P 12
5 Ibid P 12
6 Ibid P 14
7 Ibid P 16

পীবম্মী। অদুগা শরুক খরসু লুহোংগদৌবা নুপী অদুদা য়ৌহল্লম্মী। মীযাম্না চৎনবিবা ইচম-চম্বা মওংগী লুহোংবা অসি নত্তবা ইসলামদগী পুংওন ওন্নবা লুহোংবা মখল খবসু লৈবম্মী। মখোয়শিং অদুদি — ১) মরুম্বী নুপী, ২) নুপী মশীং খঙদমখৈ লুহোংদুনা থম্বা অমসুং ৩) মতম খরগী অকরুবা মতম থমদুনা লুহোংবা অসিনি [8] ।নুপীনা তবাবক হন্না খাযনবসু ঙম্লম্মী। মখোযনা অতোপ্পগা মবী লৈনখিবদা কবিসু অহকপা দণ্ডি লৈবমদে। অদুবু হাযবিবশিং অসি ইসলামদদি যাদে অমসুং অথিংবা লৈ।

## ইসলামগী মমাঙগী অববশিং

চাওবাক্লা ঙসিদগী চহী ১৪০০ গী মমাঙদা কা'বা অসি মন্দিব অমা ওইবম্মী অমসুং লাই মখল কযামুক অববশিংনা পূজা তৌবম্মী। তাইবংপানবু শেম্বিবা মপু মহাকপু নীংনবা মীওইবা জাতিদা তম্বিক্লনবা অল্লাহনা বসুল কযামুক থাবম্মী। তোইগুম্বসুং মীওইশিং অদুনা বসুলশিংগী পাউতাকশিং অদু কাওথোক্লম্মী। মখোয়না পৃথিবীদা লৈবিবা পোৎ-চৈ জীব কযা পূজা তৌবা হৌবম্মী। মবম অদুনা অল্লাহ অমত্তনি, নীংবদা মতিক চাবদি অল্লাহতনি হাযবম্বা ঐখোয়গী হজবত মুহম্মদকী (ইবুংঙোগী মথক্তা অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) মবুধৌ হজবত ইব্রাহিমনা শাবম্বা কা'বাদা অববশিংনা মখুৎনা লাই কযামুক শাবগা পূজা তৌবা হৌবম্মী।

মতম অদুগী অববশিংদু কাংলুপ-কংলুপ নাইবম্মী অমসুং অমগা-অমগা য়েংথিনবম্মী। মখোযনা চৎনবী আইনবু থৌশাবমদে। অকনবশিংনা অশোনববু নমথদুনা থম্লম্মী। মখোয চাওথোকপগা লোয়ননা মী খুদিংমকপু মান্নবা মিৎযেংদা যেংলমদে। মখোয মশেল ফত্তবা শাজৎ যু থকপা অমদি জুবাব শান্নবদা হৈনবম্মী। যু থকপনা মী অমবু অচুম্বা শাজৎ-লীচৎতগী মাঙহল্লি। জুবাব শান্নবদগী ফংলকপা লন- থুমদি খবতনি অদুগা মাঙহনবদি য়াম্মী। মতৌ অসুম্না অববশিংনা লাইববশিংগীদমক শেল-থুমদু চেকশিল্লমদে অমসুং শেল অদু শেন্দোযদা পীথোকপনা ইনাক খুনবনা হেন্না নুংঙাইহৌবে অদুগা লাইববনা হেন্না লাইবহৌবে। মতম অদুগী অববশিংনা মখোযগী পংথা-থাজবা ফত্তবা য়াখল হাযবদি মখোয়না অল্লাহদগী হেন্না শক্তি লৈবা, অফম্বদা নৎত্রগা ফত্তবদা তৌবা ঙম্বা পাঙ্গনবা মপু অমা লৈ হাযনা থাজনবম্মী।

## কা'বা — ইসলামগী অমত্তা ভাইববা খুদম

পৃথিবীদা লৈবিবা মুসলিম খুদিংমক্লা নমাজ শোনবা মতমদা মখোয়গী মমায় অববতা লৈবা কা'বাদা ওনশিল্লিবা কবিগীনো? পৃথিবীদা লৈবিবা মুসলিম খুদিংনা অমত্তা ওইবা

8. Fida Hussain Malik– Wives of the holy prophet (1994) p 18

পুল্লি মবেল অমসুং থাজবা নৈ। মবম অসিনা মখোয় খুদিংমক নমাজ শোনবা মতমদা মওং অমদতা কা'বাদা মমায় ওনশিল্লি। ইসলামনা মপুংফানা অবব পুম্বা লাকশিনদ্রিঙৈদা কা'বাদা মূর্ত্তি ৩৬০ লৈবম্মী। মশীংসু ৩৬০ কাইদনা লৈরম্মী। মূর্ত্তিশিংগী মনুংদা হুববল কৌবা অচৌবা মূর্ত্তি অমা য়াওরম্মী।



কা'বা সরিফ

মূর্ত্তি অমসুং মূর্ত্তি পূজা তৌবা পুন্নমক হজবত মুহম্মদ (স্ব) গী মতমদা তুন্না মুথৎখি। লৈবাক কয়া কয়াদগী মুসলিম মীওইশিংনা চহী খুদিংগী কা'বাদা হজ্জ তৌবা চৎলি।

## মুহম্মদ (স্ব) গী মমাঙদা লৈরম্বা বসুল/নবীশিং অমসুং লাইরিকশিং

ঐখোয়না হান্নবা খঙলে মদুদি অল্লাহনা পৃথিবী অসি শেম্বা মতমদা ইসলামগী অশেংবা শক্তম অদু লেংদনা লৈববনি। তৌইগুম্বসুং মীওইবগী অশোনবা অমসুং শৈতানগী ফত্তবা বাখল লমজিংদা মীওইবনা মতম মতমগী খোঙথাংদা হৈনখিদুনা অচুম্বা ধর্ম্ম অসিদগী মায ওন্থোকখিবম্মী। অল্লাহনা মীওইববু যান্না নুংশিবগা লোযননা মতম মতমদুগী যেংলগা বসুল নৎত্রগা নবীশিং থাবিবকখি। হাযবিবা বসুল নৎত্রগা নবীশিং অদুনা অল্লাহগী অপুনবা লীচিং অমসুং মহাক্কী শোইফত্রবা বাযেন বিচাব অদু মীওইবদা তাকপী-তম্বিবম্মী। অদুবু লাইবক থিবদি অসিগুম্বা বসুল নৎত্রগা নবীশিং অসিনা হায়বম্বা, তাক্লম্বা বা-পাউ পুন্নমক মখোযনা থৌশাবমদে অমসুং তানিংলমদে। অল্লাহগী য়াথং থাজদবা মখোয অদু মখল-মথেলগী অবাবা পীদুনা লাক্লবম্মী। মখোযশিং অসিগী মনুংদগী কনাগুম্বা খববু খনগৎলগা অল্লাহনা মহাক্কী অশেংবা বা-পাউ অদু চিনহায়দা তাহল্লম্মী।

মুসলিমশিংনা অদুগুম্বা বসুলশিং নৎত্রগা নবীশিং অদুবু যান্না নুংশিনা যেংই, ইকাইখুম্নে। অদুগুম্বা বসুল নৎত্রগা নবীশিং অদুগী মশীং ২৮ দি কুবআনদা পল্লি। মখোযদুগী মনুংদা ২১ দি বাইবলদা পল্লি (১৮ না ওলদ টেষ্টামেন্ট, অহন্না নিউ টেষ্টামেন্ট)। আদম, নুহ, ইব্রাহিম অমসুং মহাক্কী মচাশিং হায়বদি ইসমাইল, ইসহাক, মুসা, ইসা অমসুং মুহম্মদ (স্ব), মখোযশিং অসি কিতাব পুবকপা বসুলশিংনি হায়না য়াম্না বাংনা থাঙ্গৎলম্মী।

হৌজিক হৌজিক হিংদুনা লৈবিবা অশেংবা অল্লাহগী বাহৈগা কোন্ননা থাবকখিবা বসুলশিংদি-মুসা (অলৈহিস সলাম), ইসা (অলৈহিস সলাম), দাউদ (অলৈহিস সলাম) অমসুং মুহম্মদ (স্ব) নি। মখোয়দা শিন্নখিবা অশেংবা লাইবিকশিংদি —

তৌবাত (Old Testament)— মসি মুসা (অ স) দা শিন্নখি। জিউশিংগী অশেংবা অমসুং মরু ওইবা লাইবিকনি।

**জবুর (Psalm)**— দাউদ (অ স ) দা থাখি। মসিসু মরুওইবা জিউশিংবু লমজিং-লমতাকপা লাইবিক্নি।

**ইঞ্জিল (New Testament)**— ইসা (অ স ) দা থাখি। মসি খৃষ্টগী অফবা বা-পাউ য়াওবা লাইবিক্নি।

**কুরআন**—মসি মুহম্মদ (স্ব) দা থাখি। মসি অবব জাতি অমসুং পৃথিবীদা লৈবিবা মীওইশিংগীদমক থাবকখিবা অশেংবা লাইবিক্নি।

মুসলিম মীয়ামগী মোত মতুং ইন্না মথক্তা পনখ্রিবা বসুল নৎত্রগা নবীশিং অমসুং শেংলবা লাইবিকশিং অসি নত্তবা অতৈসু লৈবম্বা য়াই হায়বসিনি। মুসলিমশিংনা থাজনবদা বসুল নৎত্রগা নবী লিশিং লিশিং লৈ অমসুং ধর্ম্মগ্রন্থ ১০৪ লৈ থাজনৈ।

## ইব্রাহিম অমসুং ইসমাইলনা কা'বা শেমগৎপা

চালদিয়া (হৌজিক্কী ইবাক) লৈবাক্তা ইব্রাহিম উগুবা ইমুং অমদা খৃষ্টনা পোক্কদবা চহী ২১৬০ গী মমাঙদা পোকখি। অপোকপগী মমিং অজেব কৌবম্মী। মতম অদু নমকদ নিংথৌনা পানবা মতমনি। মহাক্কী মপাবুং মতমদুগী লাই মূর্ত্তি শাবা অমসুং য়োনবা মীশক্নি। মহাক্না পুংকক চাওবকপা মতমদা মপানা শেমশাবিবা লাইয়াম অদু উবগা কবি তৌগদৌবিবনো হংলম্মী। মপানা খুন্নম্মী—মসি ঈশ্বরনি। মসিবু নীংলবদি অবান-খুবম ফংগনি হায়বম্মী। ইব্রাহিম মপাগী বাদু তানিংলমদে লোযননা পূক্নিংদা অপেনবা ওইখিদে।

চালদিযাদা লৈবা মতমদা অল্লাহগী বাহে খবা হায়বব্বগীদমক ইব্রাহিম মৈবুন মায়োক্নখি। মফম অদু থাদোক্তুনা মহাক্কী নুপীগা লোযননা ইজিপ্তা লাকখি অদুবু মফম অদুদা মহাক্কী নুপী খুদোংথিবা নংখি। যাম্না থুনা মফম অদু থাদোক্তুনা ফিলিস্তিন (পেলেসতাইন) দা লাকখি [9]। ইজিপ্ত থাদোকপা মতমদা ইজিপ্তগী নিংথৌ হৈকশোস (অমলেকাইত) না খুদোল পোৎ যাম্না পীবকখি অদুগা লোযননা হগব (হজবা) সু ইব্রাহিমদা শিন্নবকখি। হজবা অমসুং ইব্রাহিমনা ইসমাইল পোকই।

মফম অদুদা লৈবিঙৈদা ইব্রাহিমনা অল্লাহগী পাউতাক কযা মীযামদা তাহনখি অদুবু লাইয়াম পূজা তৌবা কাংবু অদুনা তাবিখিদে।

ইব্রাহিমনা হজবা অমসুং ইসমাইল পুদুনা অববিযাদা লাক্লম্মী অমসুং মহাক মফম অদুদা লৈখি। ইসমাইলদি মতম অদুদা যাম্না পীক্নি। অল্লাহগী যুম হাযবগা খঙনবিবা 'কা'বা সবিফ" ইহান হান্না মপা মচানা শেমগৎখিবনি। কুবআনগী ২ ১২৭ তা অসুন্না হায়বি — " ইব্রাহিম অমসুং ইসমাইলনা য়ুম অদু শাগৎপা হৌবে।"

---

9 Shibli Nu mani–Sirat-un-Nabi Vol I (1983) P 136 মতাং অসিদা Husayn Haykal কী The life of Muhammad p.24 দা পীবদদি লাইয়াম পূজা তৌবগী বা ভাংলুবগীদমক লৈবা মাদদুনা মহাক্কী নুপী সহারগা লোয়ননা পেলেসতাইনদা চৎলি। পেলেসতাইদগী ইজিপ্তা চৎখি।

অল-অজবাকীনা ইবা "History of Mecca" দা ইব্রাহিমনা শারম্বা য়ুম অসি গজ ৯ (ফুট ২৭) ৱাংই, অশাংবনা গজ ৩২ (ফুট ৯৬) শাংই, মসি হজরে অসবদ থমলিবা অদুদগী সাইবিযাবোমদা ওনবা কাচিন অদু ফাওবা ওনবদনি অমসুং পাকপনা গজ ২২ নি (ফুট ৬৬ পাকপা, মসিসু সাইবিয়াবোমদা ওনবা কাচিনদগী নোংচুপগী অবোইবা ফাওবদা)।

মসি মীযাম পুন্না নমাজ শোনবা য়ানবা মক্কাদা শেমখিবা পৃথিবীগী মনুংদা অহানবা অল্লাহগী য়ুমনি। মসি মীওইবা জাতিদা পীবা অহানবা খুদোল অমনি। মসি ইব্রাহিমগীসু য়ুমনি।

কা'বা অদু যান্না অচম্বা মওংদা শাবম্মী। মথক কুপতে, থোঙসু পান্দে, মওং ইতা তাদে। কুসাই ইবন কিলাবনা কা'বাগী থৌ পুবা ওইববা মতমদা অবিবা শক্তম অদু থুগাইদুনা মদুগী মহুত্তা নৌনা খজুব উপাক্লা মথক কুপ্তুনা শাবম্মী [10]। শেংলবা কা'বা অসি মীওই কযাগী মীতাফম ওইবম্মী। মসিগী অকোইবদা য়ুমকৈ শাগৎপা হৌখিবা অহানবা জাতিদি জুবহুম কাংবুনি। মখোযগী লুচিংবা মদাদ ইবন অমব জুবহুমিগী মচানুপী ইসমাইলনা লুহোংলম্মী অমসুং মচানুপা ১২ পোক্লম্মী। অবব লৈবাকশিংদা খুন্দাখিবা অবব মচা অযাম্বা ইসমাইলগী মচানুপা কিদাবগী চাবোল-শুবোলনি। ইসমাইলনা লৈখিদ্রবা মতুংদা কা'বাগী থৌপুবা অসি ইসমাইলগী মচানুপা অহল নাবাটনা ওইবম্মী। মহাক্লা লৈখিদ্রবা মতুংদা মমা পোকপা মবুধৌ মদাদনা যেংশিল্লম্মী। মতুং তাবকপদা জুবহুমনা যেংশিল্লম্মী। অদুবু কুসাইনা জুবহুমবু তাম্বোকখি অদুগা মতম কুইনা কা'বাগী থৌপুবা ওইখি।

কা'বাবু শেংনা থম্নবগীদমক মশা পুম্বা কুপশিন্দুনা থম্নবা ফি পীবকখিবা অহানবা মীশক্তি যমনগী নিংথৌ অসদ তুববা-নি। য়মনগী মমিং লৈববা ফি অসি "বুর্দ য়মনী" হাযনা খঙনৈ। সনা অমসুং লুপানা কা'বা লৈতেংবগী দবকাব ওইদে।

## মক্কাদা মতম পুম্বগী ওইনা য়ুমকৈ শাগৎপা

ইতিহাস ইবা খবনদি অসুন্না ফোঙদোকনৈ মদুদি কা'বা অসি নত্তনা মক্কাদা মী লৈনবা য়ুম অমত্তা লৈবমদে অমসুং শেমগৎ-শাগৎপসু তৌবমদে। মবমদি খুজাঅ নৎত্রগা জুবহুমনা শেংলবা কা'বা অসি নত্তনা মী লৈনবা য়ুমকৈ মসিগী মনাক্তা শাগৎপা পাম্লমদে। মদুগী মহুত্তা হাঙলবা লৈঙোই লম অসিদা তবং-তবং কা'বা খক লৈহনবদু পাম্লম্মী। ইতিহাস ইবশিং অসিনা অমুক্কসু মখা তাবি— কুসাইনা নিংথৌ ওইববা মতুংদা মহাক্লা য়াথং পীবদগী কুবেইশ শাগৈনা কা'বাগী অকোইবদা লৈনবা য়ুম শাগৎপা হৌখি। কুসাইনা য়ুম অমসু শাবম্মী। মদু 'নদবা' হায়না কৌরম্মী। মফম অসিদা মক্কাগী মচিন চৎপা অহল লমন পুন্না কুসাইগী লমজিং মখাদা মীতিন পাংথোক্লম্মী। সহবগী শেমগৎ-শাগৎপা, থৌদোক-বাথোক মতম মতমগী নদবাদা খন্ন-নৈনবগী থবক তৌই। করিগুম্বা থবক অদু নদবাদা তৌগে

10 Sirat-un-Nabi Vol I (1983) p 137

খনবা মতমদা মদু চৎনবী অমা ওইনা কুরেইশ অহলশিংগী অয়াবা য়াওদনা তৌবা য়াবমদে। অদুনা কা'বাগী অকোইবদা ইহান হান্না লৈনবা য়ুম শেমগৎ-শাগৎখিবদি কুসাইগী মতমদনি।

## কুরেইশ

হজরত মুহম্মদ (স্ব) মীয়ান্না ইকাইখুম্নবা অমসুং ইজ্জৎ তৌনববা কুরেইশ শাগেদা পোকপনি। কুরেইশ শাগেগী মিংচৎ পুরকখিবদি নদর ইবন-কিনানা-না ওইবম্মী। ইতিহাস ইবা খবনদি ফিহরনা কুরেইশ শাগেগী মিংচৎ পুরকখিবনি হায়না থাজনৈ।

নদরগী মতুংদা ফিহরনা মিংচৎ কয়া পুরক্লম্মী। মদুগী তুংদা কুসাইনা অমুক মহুৎ শিলহোই। কুসাইগী মতমদা কা'বাগী অফ-ফত্তা যেংশিনবা, শেমগৎ-শাগৎপগী থবক হুলাইল খুজাইনা তৌবম্মী। হুলাইলগী মচানুপী হুব্বাহ, কুসাইনা লুহোংদুনা লৌবম্মী। চাবৌ-মৌবৌনবা অসিদগী হুলাইলনা বসিয়ট অমা তৌবম্মী মদুদি মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা কুসাইনা কা'বাগী থবক থৌবম পূন্নমক পুগদবনি হায়না। মবম অসিদগী কুসাইনা ফম অসি পাযবগা লোযননা মহাক্কী ওফিস কা অমা কা'বাদা ফংলম্মী। মদুবু দাব-অল-নদবা হায়না খঙনৈ। কবিগুম্বা য়াফম অমগীদমক খন্ন-নৈনবদা নৎত্রগা লানগীদমক শেম-শাবদা দাব-অল-নদবাদা মীযামগী পুনফম ওইবম্মী। মপান লমদা চৎখিগদবা লম্রোনবা খুৎপু অদুসু মফম অসিদগী খোঙশাল্লম্মী।

কুসাইনা তৌবা থবকশিংদা মীয়ান্না যান্না থাজে অমসুং মিংচৎ ফংলম্মী। হজ্জ লাকপা কাংবুগী লৈফম শেন্নম্মী অমসুং লাকলিবা মীযামদা জম জম ঈশিং ফংহন্নবা হোৎনবম্মী। অদুগা মসিমসু কুরেইশশিংদা খঙহল্লম্মী মদুদি অথাপ্পা মফমদগী কা'বাদা লাকপা মীয়াম্বু তবান্না তৌদুনা মখোয়বু নুংঙাইহনগদবনি। চহী খুদিংগী মক্কা অমসুং মিনাদা লৈবগা হজ্জ যাওবা কাংবু অদুবু পীজ-পীথক তৌনবগীদমক চিঞ্জাক খাযদোক্নুনা তোঙান্না থন্নম্মী। হজ্জ লাকপা মীয়ামগীদমক যেংদুনা হবমদা থাউমৈ থাল্লম্মী।

কুসাইগী মচা তরুক পোক্লম্মী। মখোয়শিং অদুদি — ১) অব্দুল দাব, ২) অব্দুল মনাফ, ৩) অব্দুল উজ্জা, ৪) অবদ ৫) তখমুব অমসুং ৬) বাববা-নি। কুসাইনা লৈখিদ্রবা মতুংদা থবক থৌবম পূন্নমক মচা অহল অব্দুল দাব-দা শিন্নবম্মী। অদুবু মহাকসি থবক ঙম্বা মীশক ওইবমদে। মবম অসিদগী অব্দুল মনাফনা কুরেইশকী থৌ পুবা ওইবম্মী। হজরত মুহম্মদ (স্ব) সু অব্দুল মনাফকী ইমুং-মনুংগী মী ওইবকখি।

## হাশিম

অব্দুল মনাফনা মচানুপা তরুক পোক্লম্মী। মচাশিংগী মনুংদা হাশিমনা খ্বাইদগী হৈশিংবা হেল্লম্মী। অব্দুল দাব অসি কা'বা ঙাকশেনবদা মতিক চাবমদে, অদুনা হাশিমনা

মখোয়দগী ফম অসি লৌশিনবা পাল্লম্মী। মমৈদা য়ানবা অমা পুবক্তুনা রিফাদা অমসুং সিকাযা য়েংশিনবগী থবক হাশিমদা পীবম্মী।

হাশিমনা থবক খুদিংমক ফজনা তৌরম্মী। হজ্জ লাকপা মীশিংদা খুদোংচাবা য়াম্না পীবম্মী। লল্লোন-ইতিক তৌবদসু য়াম্না চাওখৎলম্মী। নোংপোক থংবদা লৈবা বোমান নিংথৌ হিবাক্লিউসনা য়াথং অমা তৌবম্মী মদুদি বৈজন্টিয়ান সম্রাজ্য মনুংদা কুরেইশশিংনা কবিগুম্বা মখল অমগী খাজনা লৌরোইদবনি। মসিগা হায়ফেৎ মান্নবা মওংদা অবিসিনিয়াগী নেগুসনসু য়াথং অমা তৌবম্মী। অসুম তৌনা অববশিংনা লল্লোন-ইতিক্কীদমক নিংথম থাদা য়মন চৎলম্মী অদুগা সাইবিয়া অমসুং এসিয়াগী অতৈ মফমদা কালেন থাদা চৎলম্মী।

মতম অদুগী অববিযাদা লম্বী সবকতা ঙাক-শেনবগী থবক লৈবমদে। হাশিমনা জাতি খুদিংদা চৎতুনা কুবেইশশিংগী লংফৈ চৎপা গাড়ীশিংদা অপনবা লৈতনবা শান্তিগী ৱারী শানবম্মী। মতম অদু অববিযাদা হ্বান-চিষ্টি য়াম্না কনবা মতম ওইববসু ঙাংনখিবা ৱাফম কয়া অদুগী কুবেইশশিংগী গাড়ীদা অমাঙ-অতা থোক্লমদে। মক্কাদা চাক তাংবা অমা থোক্লম্মী। মদুদা হাশিমনা চান-থক্লবা পোৎশিংগী মমল লৌদনা যেম্লোক্লম্মী।

হাশিমনা সাইবিয়াদা লল্লোনবা চৎপা মতমদা লম্বী ওইবনা মদিনাদা লৈবা তাবম্মী। মফম অদুদা মেলাসু তৌবম্মী। মেলাদা মহাক্না মশক মতৌ ফজবী নুপী অমা উবম্মী। মওংদু উবগা লাইবিক -লাইগু হৈবা, ইজ্জৎ লৈবা ইমুংগী মী মাল্লম্মী। কবম্বা ইমুংগী অমসুং কনাগী মচা-মগুনো হায়না থিজিনবদা বনু নজ্জব শাগেগী ওইবম্মী অমসুং মমিংনা সলমা কৌবম্মী। হাশিমনা সলমাবু মাগী নুপী ওইনিংলম্মী। অদুনা মবী-মতাগা ঙাংনদুনা সলমাগা লুহোংলম্মী। মতম খবা লৈবগা হাশিম সাইবিয়াদা লল্লোনবা চৎলম্মী অমসুং ঘাজা কৌবা মফম অদুদা শিখি। সলমা মচানুপা অমা কোক্লম্মী। অঙাং অদুগী মমিং সাইবা কৌবম্মী। চহী নিপাল ফাওবদি সাইবা মমাগা মদিনাদা লৈবম্মী। হাশিমগী মচিন-মনাও মত্তলিবনা খঙলকপদগী মদিনাদা চৎতুনা অঙাং অদুবু যেংশিল্লম্মী। মত্তলিব মদিনাদা নুমিৎ হুমনি লৈবম্মী। মতুংদা অঙাং অদু পুদুনা মক্কাদা লাক্লম্মী। সাইবাগী মমিং মতুংদদি অব্দুল মত্তলিব হাযনা খঙনগ্রে।

## অব্দুল মত্তলিব

অব্দুল মত্তলিব হাযবা মিং অসিদা ইতিহাসকাবশিংনা তোঙান-তোঙানবা মোত কযামুক পীনৈ। মসিগী চাওবাকপা অর্থদি "মত্তলিবকী মীনাই" হায়বনি। যাম্না মবম চাবা অমনা মহাকসি মমা মপা লৈতবা অঙাংনি। মখুবা মত্তলিবনা মক্কাদা পুবকপনি। মবম অসিদগী অব্দুল মত্তলিব নৎত্রগা মত্তলিবগী মীনাই হায়না কৌখি।

অব্দুল মত্তলিবনা তৌবা থবক্তা খ্বাইদগী মমিং লৈখিবদি জম জমগী গুহা লৈফম

পুথোকখি বা অদুনি। মফম অদু ফুমজিনখিবা অমসুং মফম খঙদনা লৈরুবদগী মহাক্না থিদোকখিবনি। মফম অসি মহাক্না তৌথোক্লগা অমুক হান্নগুম অশেংবা ঈশিং ফংহনখি।

অব্দুল মত্তলিব অঙাং তরা পোক্লম্মী। অঙাংশিং অদুদি - হবিশ, অবু লহব, অব্দুল হজাব, কবাম, জবার, জুবৈব, অবু তালিব, অব্দুল্লাহ, হমজা, অমসুং অববাসনি।

অব্দুল মত্তলিবনা বাশক্লম্মী মদুদি মহাক্কী মচা তবা অসিনা পাখং ফাবকপা মতমদা মখোযগী মনুংদগী অমবু কুববানী তৌগনি। অঙাংশিংদু মপুং মবৈ ফাববা কান্দা মহাক্না মচাশিং পুদুনা কুববানীগীদমক কা'বাদা চৎলম্মী। চিঠিখেলা তৌদুনা য়েংবদা অব্দুল্লাহদা তারম্মী। অব্দুল মত্তলিবনা কুববানী তৌগদবা মফম অদুদা অব্দুল্লাহ পুদুনা চৎলম্মী। অব্দুল্লাহনগা পোকমিন্নবা মচে-মচনশিংনা অব্দুল্লাহবু কুববানী তৌবগী মহুত্তা উট তবাগা শিন্নবা মমিৎতা ঈবা চেন্না মপাবুংদা হায়জবম্মী। অমুক হন্না চিঠিখেলা তৌদুনা কুববানী তৌগদবদু অব্দুল্লাহদা তাব্রা নৎত্রগা উট তবাদুদা তাব্রা খঙদোক্লবা পুবীত অদুদা হায়বম্মী। অদুদসু অদুমক অব্দুল্লাহদা তাবম্মী। কুববানী অদু কোক্লবগীদমক উট মশীং ১০ দগী ২০ দা, ২০ দগী ৩০ দা মথং মথং মশীং ১০০ ফাওবা য়ৌবম্মী। মতৌ অসুম্না অব্দুল্লাহবু কুববানী অদুদগী কল্লম্মী।

## অব্দুল্লাহ অমসুং অমিনা লুহোংবা

অব্দুল মত্তলিব মশাগী চহী ৭০ শুবকপা মতমনি। মহাক্না পোকচবা অব্দুল্লাহ মতম অদুদা মশাগী চহী ২৪ শুবে। মবম অসিদগী মপানা মহাকপু লুহোংনবা থৌবাং তৌবম্মী। অব্দুল্লাহ মশক মতৌ ফজবা অমসুং মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা মীশক অমনি। মহাক্কী মশক মতৌ ফজবনা মবম ওইদুনা নুপী অযাম্বনা মহাক্না লুহোংনিংবগী বাখল লৈবম্মী। অব্দুল মত্তলিবনা জুহবা কাংলুপগী লুচিংবা বহাব জহবা (বহাব জহবি) গী মচানুপী অমিনাবু হায়নদুনা লুহোংবগী মতম লেপ্লম্মী। অমিনা যান্না ফবা নুপীমচা অমা ওইবতা নত্তনা পুকচেল শেংবা ইমুংগী মীশক অমসুনি। অমিনাগী মবুধৌসু যান্না মমিং চৎপা নুপা অমা ওইবম্মী।

অব্দুল মত্তলিবনা মচানুপা অব্দুল্লাহ পুদুনা বহাব জহবাগী মযুমদা চৎলম্মী অমসুং অব্দুল্লাহগা অমিনাগা লুহোংবিবম্মী। ইতিহাস ইবা খবনা অসুম্না ফোঙদোক্লবসু য়াওই মদুদি অমিনাগী মপা শিগ্রবনা মহাক্কী মখুবা উহেযবতা ভাংনদুনা লুহোংবগী থবক পুন্নমক পাংথোকখি। নুমিৎ অদুমক্তদা অমিনাগী মখুবানা পোকপা হলাহ, অব্দুল মত্তলিবনা লুহোংদুনা লৌখি[11]।

অব্দুল্লাহনা অমিনাগা লুহোংবা অহানবা নুমিৎ হুমনিদি অমিনাগী মবী-মতাগা পুন্না লৈমিন্নবম্মী। মসি মতম অদুগী চৎনবী অমা ওইনা তৌবম্মী। মতুংদা মখোয় পুন্না অব্দুল

11 *Sirat-un Nabi Vo I (1983) reprint P 148*
**The Life of Muhammad (1995) reprint P 46**

মত্তলিবগী য়ুমদা চৎলম্মী। ইকুই কুইদনা অব্দুল্লাহ মহাক্কী লল্লোন-ইতিক্কীদমক অল-শাম (সাইবিয়া) দা চৎখি।

অব্দুল্লাহ মতম কুইনা গাজাদা হল্লকখিদে। অল-শামদগী হল্লক্রগা মদিনাদা লৈবা মহাক্কী মামা (মমাগা পোকমিন্নবা) গী ময়ুমদা কুইনা লৈবম্মী। মখোয়সু (অব্দুল্লাহ য়াওনা) মক্কাদা চৎননবা শেম-শাদুনা লৈবা মতমনি। অদুবু অব্দুল্লাহ মশা কন্না ঙম্লক্তবদগী খোঙচৎ অদুদা যাওখিদে। মীযাম অদুনা মক্কাদা থুংলবা মতমদা অব্দুল্লাহ উদবদুদা মপা অব্দুল মত্তলিবনা মচানুপাগী পাউ হংলম্মী। মহাক মশা ঙমদদুনা লৈহৌবে তাবদগী মচানুপা অহল অল-হবিশ মদিনাদা থাবম্মী। অনাবা ফব্বগা মহাকপু পুদুনা মক্কাদা লাক্লবা হায়বম্মী। অল-হবিশনা মদিনাদা থুংলবা মতমদা অব্দুল্লাহ শিগ্রে হায়বসি খঙলম্মী। মহাক তন্না মক্কাদা হল্লম্মী। মপা ইবুংঙো অব্দুল মত্তলিব অমসুং অমিনাদা মহাক লৈখিদবগী পাউ তম্লম্মী। অব্দুল মত্তলিব নুংঙাইতবা অমসুং অৱাবনা তৌফম খঙলমদে।

অব্দুল্লাহ লৈখিদবা মতমদা মশাগী উট মঙা, য়াউ শঙ্গু অমা অমসুং সেবা তৌবী উম্ম অইমন কৌবী নুপী অমা থম্লম্মী। পোৎশিং অসি লৈবে হাযদুনা মহাকসি ইনাক খুনবা মীনি নৎত্রগা লাইববা মীনি হাযনা লৌবা য়াদে। মহাক শিখিবা মতমদা চহী যামদ্রিবা মীশক অমনি। ❑

অনীশুবা তাঙ্কক

# মুহম্মদ পোকপাঃ অঙাং ওইরিঙৈদগী নবুব্বত ফংবা ফাওবা

## মুহম্মদ (স্ব) পোকপা অমসুং অঙাং ওইরিঙৈ

খৃষ্টাব্দ ৫৭০ [12] ইং অগস্ট থাদা অদুগা রবিবউল আব্বলগী ১২ নি পানবা নুমিৎতা হজরত মুহম্মদ (স্ব) মক্কা সহরদা মীচমগী পূল্লিদা পোকখি। মহাকসি অরব উপদ্বীপতা মীয়ামগী মশক খঙনববা ইকাই খুম্নবদা, থৌনা লৈবদা অমসুং পুকচেল শেংবগীদমক মমিং চৎলবা কুরেইশ শাগেগী মচামশুনি। অপোকপগী মমিংনা অব্দুল্লাহ্ অমসুং অপোকপীগী মমিংনা অমিনা কোই। মুহম্মদ (স্ব) পোক্লে হায়বগী নুংঙাইববা পাউ অসি মধুথৌ অব্দুল মত্তলিবতা তাহল্লম্মী। পোকপা নুমিৎতদি মমাগী খোম পীথক্লম্মী। মতুং নুমিৎ নিনি হুমনিদি অবু লহবকী মীনাই ওইবী শুরৈবাহনা পীথক্লম্মী। শুরৈবাহগী মতুংদা হলিমা অল সা'দিযানা অমুক খোম ইনখি। খুঙ্গংগী নুপীশিংনা যামদ্রবদা চহী অমদা অনীবক্তি টাউনদা কোইবা লাক্রম্মী অমসুং ইনাক খুনবশিংনা মখোয়গী মচামশুশিং য়েংশিন্নবা হেক-হেক শিন্নে। বনু হবাজানগী কাংবুসু মুহম্মদ (স্ব) পোক্কদবা নুমিৎ মবীনি বাথলিঙৈদা মক্কাদা থুংলম্মী। হলিমাসু মদুগী মনুংদা অমনি।

অমিনানা মচানুপাবু 'অহমদ' হায়না মিং থোল্লি, অদুগা মবুথৌ অব্দুল মত্তলিবনা 'মুহম্মদ' হায়না মমিংথোল্লম্মী। মুহম্মদ (স্ব) অসি পোকপগা খুঙ্গংগী চিদাই অমদা থম্লম্মী। মসি অরবকী মফম খুদিংদা চৎনবী অমা ওইনা অঙাংশিংবু মশা ফনবা অদুগা অরবকী বাঙাং লোল ফজনা ঙাংবা ঙম্নবা চৎনবী ওইবম্মী। চহী অনী হলিমাগা লৈমিন্নববা মতুংদা মুহম্মদ (স্ব) বু মক্কাদা পুবক্লুনা মমা ইবেম্মা অমিনাগী মখুত্তা অমুক শিন্নবম্মী। মক্কাদা অনা-লাইচৎ অমা থোক্লকপদগী অমিনানা অঙাং অসি অমুক পুখিনবা হলিমাদা হায়খি। হলিমানসু মদু যাখি। হলিমাগী য়ুমদা হজরত মুহম্মদ (স্ব) চহী কয়া লৈখি হায়বা চপচাবা খঙদে।

বসুলনা মশাগী চহী ৬ শুবকপা মতমদা মমানা মহাকপু মদিনাদা পুবকখি। মমাগা পোকমিনন্নবা মবী-মতা অমসুং মবুথৌবু উনবা পুরকপনি। খোঙচৎ অদুদা মীনাই নুপী

12. মুহম্মদ (স্ব) পোকপগী মতাংদা চহী পাকনা তোঙান-তোঙানবা মোত লৈনে। শিবলী অমসুং অমির অলীগী মতুং ইন্না খৃষ্টাব্দ ৫৭০ অগস্ট ২৯ নি হায়। ইজিপ্তগী Astronomer মুহম্মদ পাশা ফলকীগী মোতত্তি এপ্রিল ২০ ৫৭১ নি হায়। মুহম্মদ হুসেইন হৈকলগী মতুং ইন্না খৃষ্টাব্দ ৫৭০ নি।

উম্ম অইমনসু লোইনবকখি। ইতিহাসকারীশিংনা হায়নবদি অমিনাগী খোঙচৎ অদু মুহম্মদ (স্ব) গী মবুধৌ অব্দুল মত্তলিব অমসুং মবী-মতা উনবা চৎপনি হায়। মদিনাদা থা অমা লৈবম্মী। মদিনাদগী মক্কাদা অমুক হল্লকপদা লম্বীদা অল জুহফাদগী মাইল ২৩ চৎলগা লৈবা খুঙ্গং অল-অবৱাদা অমিনা শিখি অমসুং মফম অদুদা পোৎলোইখি [13]। মীনাই নুপী উম্ম অইমননা মুহম্মদ (স্ব) বু মক্কাদা অমুক পুরকখি।

হজবত মুহম্মদ(স্ব) বু য়োকপী-থাকপীবগী থবক মবুধৌ অব্দুল মত্তলিবনা পুবম্মী অমসুং লৈবসু পুন্না লৈমিন্নরম্মী। অব্দুল মত্তলিব মশাগী চহী ৮২ শুবদা লৈখিদে অমসুং অল হজুন কৌবা মফমদা পোৎলোইখি। মতম অদু মুহম্মদ (স্ব) মশাগী চহী ৮ তমক শুবি। মত্তলিব শিদ্রিঙৈ মতমদা মুহম্মদ (স্ব) বু মচানুপা অবু তালিবগী মফমদা শিন্নবম্মী। অব্দুল মত্তলিবগী নুপী য়াম্লম্মী অমসুং মচানুপাসু তরানি। অব্দুল্লাহ অমসুং অবু তালিব মমা তিন্নবা মচিন মনাওনি। মবম অদুনা মচানুপা অবু তালিবতা মুহম্মদ (স্ব) গী ভাব পুম্বা শিন্নবম্বনি। অবু তালিবনসু মুহম্মদ (স্ব) বু য়াম্না লুনা চান্না তৌবম্মী অমসুং ফমুং অমদা পুন্না তুমিন্নবম্মী। কবিগুম্বা মতমদা অথাপ্পা লম চৎপা তাববদি মুহম্মদ(স্ব) বুসু পুবগা চৎলম্মী। চাওবাক্লা মশাগী চহী ১০ শুবকপা মতমদা বসুলনা য়াও শেনবা হৌবম্মী। য়াও শেনবসি অববতদি থবক অমনি হায়না লৌনদে। ইনাক খুনবা অমসুং অচৌ-অশাংগী মচামশু ফাওবনা তৌনবম্মী। অদুনা অবু তালিবনা থবক অসি মুহম্মদ (স্ব)দা পীবনি।

অবু তালিবসু কাববাব তৌবা মীশকনি। য়ামদ্রবদা চহী অমদা অমুক্তি সাইবিযা চৎপা হায়বসি কুবেইশশিংগী চৎনবী ওইবম্মী। ইবুংঙোনা চহী ১২ শুবকপা মতমদা মখুবা অবু তালিবসু শাম (সাইবিয়া) লৈবাক্তা চৎলম্মী। লম্বী চৎপদা খুদোংচাদবা কয়া য়াওবকপা য়াই খন্দুনা অবু তালিবনা মুহম্মদ (স্ব) বু পুবমদে। মুহম্মদ (স্ব) না মখুবা অবু তালিববু যাম্না নুংশিবম্মী। মহাক সাইবিয়াদা চৎকদৌবে হাযবসি খঙলকপদা মখুবাদা চোংশিন্দুনা কোল্লম্মী। মখুবানা মহাকপু থাদোক্রগা চৎপা ঙম্লমদে। লপ্রোনবা চৎপা খুদিংমক মহাক্কা মখুবগা পুন্না চৎমিন্নবম্মী অমসুং মখুবাদগী লপ্রোন-ইতিক্কী লৌশিং জ্ঞান যাম্না ফংলম্মী। পুকচেল শেংনা থবক তৌবা মবম্লা মিংচং য়াম্না ফংলম্মী।

## ফিজবগী লানফম

অববকী জাতি কয়ামুক্না মখোয় মশেল অমগা অমগা খৎনদুনতা লৈবম্মী। লান অসি কুবেইশ শাগৈগা কৈস কাংবুগা শোক্নবনি। মসি য়াম্না শাথিবা লান অমা ওইবম্মী। চহী মবীবোম শোক্লববা মতুংদা লান অদু লোইশিনখি। মতম অদুদা বসুলদি চহী ১৫ গী অঙাং ওইবম্মী। মহাকসু মখোয়গী শাগৈদা লান য়াওবম্মী। অদুম ওইনমক ইবুংঙোনা খঙলম্মী

13 Shibi Nu mani–Sirat un-Nabi Vol - 1 (1983 Reprint) P 154

মখোয়গী শাগৈ-নাতৈনা শোক্লবা লান অদু অল্লাহ্‌গীদমক নত্তে, পঙখৎ-খৎনবনি। লান শোক্লরিবা কাংলুপ অনীমক ইসলাম থাজদবা ঙাক্তনি। মবম অদুনা মহাক্লা লান্দা থবায় কয়া য়াওবমদে। ইবুংঙোদি মহাক্কী থাঙ ফাওবা শভোক্রমদে। য়েক্লবনা কাপ্লকপা তৌগ্লেশিং মহাক্লা খোমজিল্লম্মী অদুগা মহাক্কী শাগৈগী লীরুং পায়বা লাম্মীশিংদা পীবম্মী। ইবুংঙো মশামকস্‌ তেন খবদি কাপ্পা য়াওখি। কুবেইশকী কাংবুদা অবু সুফয়ানগী অপোকপা হবব ইবন উমৈয়ানা লুচিংবা ওইরম্মী। রসূলগী মখুবা জুবেইবনা কাংবু অনীমক্তা সন্ধি অমা তৌননবা পুখৎলম্মী। মদুদা মাযকৈ অনীগী লুচিংবশিংনা য়ানিংবা ফোঙদোকখি অমসুং য়ানবা অদুগী মতুং ইন্না লান অদু লোইশিনখি। য়ানখিবা মবমশিং অদুদি —

১। লৈবাক অসিদা লৈবিবা কাংলুপ নৎত্রগা জাতি খুদিংমক্তা পোত্থাদবা, খৎন-চৈনবা থোক্রকপা পুন্নমক মুত্থৎপা।

২। লম চৎপা, লম্লোন-ইতিক তৌবা কাংবুশিংবু ঙাকপী-শেনবিবা।

৩। কনা লৈজদ্রবশিংদা মতেং পাংবা।

৪। ঐখোয় মশেল অমগা-অমগা খুৎশন্নবগা চৎমিন্নবা অমসুং

৫। মক্কাগী মফম খুদিং চৎপদা ঐখোয় মশেল য়ানদবা তৌবোইদবনি।

## লৈবাক্কী যাইফনবা তৌবা

লেপ্পা লৈতনা শোক্লখিবা লানফমদা প্রজাশিংগী অমাং-অতা কযাসু থোকখি। অশোকপা মীওইশিংদু মতেং পাংবিনবা কনা লৈবমদে। ফিজবগী লানফমদা শোকখিবা অশোক-অপনশিংদুগী মতেং পীনবগীদমক অপুনবা সংস্থান (association) অমা শেমলম্মী।

হোলি প্রোফেটনা মীযামদা মতেং পীবা ঙম্নবা কন্না হোৎনবম্মী। মহাক্লা প্রজাশিংগী কবিশুম্বা খবা তৌগে হায়বসি মপুক্লিংদা চপ যুংনা খনখি। ইবুংঙোনা চৎতুনা লৈবাক্কী অঙম্বশিংদা থোকলিবা থৌদোকশিংদু খঙহল্লম্মী। অঙম্বশিংগী মবক্তগী মতেং পীবিবসু য়াওবক্লম্মী। মতুংদদি শিথবম্ববা সংস্থান অসিনা কন্না নোম্বদগী মতেং পাংবিনবা লৈবমদ্রবা মীওইশিংগী পুক্সিবু কন্নবিবা ঙমখি। বসুল(স্ব) না সংস্থান অসিগী লুচিংবা ওইবম্মী। মতম খবদি প্রজাশিংদগী মতেং ফংবা ঙমখিদবনা সংস্থান অদু শিথবম্মী। অদুবু বসূলনা হোৎনবদগী মমৈদা নোংম-নোংমগী চাওখৎপা হেল্লকখি।

## কা'বা অমুক শেমগৎপা

কা'বা অসি য়াম্না কুৎপা মফমদা লৈবম্মী। মসিগী অৱাংবদি মী অমগী অৱাংবা অদুদগী ইহেন হেল্লমদে। মথক থংবা শরুক অদু ইহাং-হাংলম্মী। নোংজু থাদা সহবগী ঈশিং মফম অসিদা চেনশিল্লক্লম্মী। চেনশিল্লকপা ঈশিং থিংননবা ঈশিংপল অমা শাবম্মী। ঈশিংপল

অদুদা অকাই-অতোই য়াওবকপনা কা'বাগী ফক্লাংশিং কিন্থবম্মী। মীয়াম পুন্না য়ানদুনা কা'বা অমুক থুগাইহবগা ইনৌ-নৌনা অকন্নবা পোৎশক্লা শাগৎপা হায়না য়ানবম্মী। অদুবু কনা অমত্তনা থবক অসি হকথেংনেনা পায়খৎপদি য়াওবমদে। অল-বলিদ-ইবন অল মুঘিবাহনা থৌনা ফনা থবক অসি পায়খৎপা হৌবম্মী।

তোঙান-তোঙানবা শাগৈ জাৎকী মীওইশিংসু কা'বা শেমগৎ-শাগৎপদা শরুক য়াবম্মী।



যাওবিবা শাগৈ জাৎ খুদিংমক্তা মাগী মাগী থবক খায়দোক্লুনা পীবম্মী। মসিগী মরু ওইবা মবমদি কা'বা শেমগৎপদা মিংচৎ পাম্বা অমসুং ওইজবা থিবা অদু লৈতনবনি। মনাক নকপা চীংশাংশিংদগী মমল য়াম্নবা নুঙ পুবক্লুনা শাবা হৌবম্মী। মুহম্মদ (স্ব) মশামক নুঙ পুবকপদু যাওবম্মী। লৈমাযদগী ফক্লাংনা ৱাংখৎপা অমসুং অমুবা নুঙ (হজবে অসবদ) অদু নোংপোক থংবা ফক্লাংদা থম্নমদাই য়ৌবকপদদি মীপুম খুদিংনা মিংচৎ লৌবা পাম্নম্মী। মসিদা অচৌবা ৱাথোক অমা ওইবম্মী। মীপুম খুদিংনা মিংচৎ অমসুং ইজ্জৎ পাম্নবকপনা খৎনবদু নুমিৎ মবীনি শুজিনখি। মঙানি শুবা নুমিৎতা মুঘিবাহগী মচানুপা অবু উমৈয়ানা মক্কাগী মীযামদা হাযবম্মী— "পুম্নমক্লা মিংচৎ পাম্নববনিনা অল-সুফফাহ গেটতা মথংগী অযুক অঙনবদা ইহান হান্না চঙবা ঙম্বা মীশক অদুনা হাযবা অমসুং ঙাংবা ৱা ঐখোয় লোযনমক্লা য়াবসি।"

মীযাম অদুনা ৱাফম অসি য়ানবম্মী। মথংগী নুমিৎতা জাতি খুদিংমক্কী লুচিংবশিং মফম অদুদা লাক্লম্মী। গেট অদু লানথোকপা অহানবা মীশক্তি মুহম্মদ(স্ব) ওইবম্মী। কবন্না মফম অদুদা চঙলকপনো হায়বদু মীযাম্না খঙবা পাম্নম্মী। মিংচৎ পাম্বদগী লাকখিবা জাতি খুদিংমক্কী লুচিংবশিং থবক অসি পাংথোক্নবা শিল-লাংবদা যাওবম্মী। মহাক্লা হাযবম্মী— 'ঐঙোন্দা ফুবিৎ অচোনবা অমা পীয়ু।' ফুবিৎ অচোনবদু মহাক্লা লৈমাযদা শন্দোক্লম্মী অমসুং ফুবিৎকী মযায় অদুদা অশেংবা নুঙ অদু থম্নম্মী। ফুবিৎ অচোনবা অদুগী মচিন মবী পায়বগা পোৎশক অদু ৱাংনা থাঙ্গৎপদা মতেং পাংনবা লুচিংবশিং অদুদা হায়বম্মী অমসুং মযামসু মদু যাবম্মী। নুঙ অদু ৱাংনা থাঙ্গৎলকপগা লোয়ননা থম্ফম মপা যৌবকপদা মুহম্মদ (স্ব) মশানা ইবাই লাইনা নুঙ




অদু মতোমতনা ফুবিৎ অচোনবা অদুদগী থাঙ্গৎলগা মফম চানা থম্ফমদা থমখি। মদুদগী খৎন-চৈনবদু পুংলেপ লেপখি। কুরেইশশিংনা কা'বা শেমগৎ-শাগৎপদু মপুং ফানা লোইশিনখি। হজবে অসবদ থমলিবা মফম অদু লৈমায়দগী ইঞ্চি ৫৮৬ ৱাংই।

হান্নদগী বাংবসু হেঙ্গৎহন্দুনা গজ ১৬৬ (ফুট ৪৯ ৬" ) যৌহনখি। চঙফম থোঙসু লৈমায়দগী বাংলক তৌনা মওং তানা শেন্নম্মী। হান্না মথক কুপ্পমদবদু নৌনা শেমগৎপা অসিদদি মথকসু কুপ্লে। নোংপোক থংবা ফক্লাংগা তাইননা যুমথক কাবা য়ানবা সিবি অমসু শেন্নম্মী। কা'বা শেমগৎ-শাগৎপা অসিদা মচাক মথুম বাৎপদগী অহানবদা লৈবম্বা মফম পূন্নমক কোনশিন্দুনা শাবা ঙন্নমদে। মবম অসিদগী কা'বাগী লম মচেৎ অমা অহাংবা ওইনা থন্নম্মী। মফম অদু খঙননবগীদমক কোইশিন্দুনা থম্মী। মফম অসিবু ঙসিসু ঐখোযনা 'হাতিম' হাযবগা খঙনবি।

## মুহম্মদ (স্ব) না লল্লোন-ইতিকতা মায ওনশিল্লকপা

ইসলামনা মপূং ফানা অবব পূম্বা শন্দোকত্রিঙে মমাঙদগী হৌনা অববিযানশিং অমসুং কুবেইশশিং অসি অযাম্বনা লল্লোন-ইতিক তৌবনা মখোযগী শিনফম ওইবম্মী। হজবত মুহম্মদ (স্ব) না পাখঙ ফাবক্লবা মতমদা মহাক্লা মক্কাগী মীওইশিংদগী শিংবা হেনবা অমসুং পুকচেল শেংবগী মিংথোল অমা ফংলম্মী। ইবুংঙোবু 'অল-অমিন' হাযবদি 'অচুম-চুমদা যেংবা অমসুং থাজনিংঙাই ওইবা নুপামচা' হাযনা খঙনবম্মী। মপা-মপুনা তৌবগুন্না মহাকসু লল্লোন-ইতিক্তা মায ওনশিল্লম্মী।

অবু তালিবসু লল্লোন-ইতিক তৌবা মীশক ওইবম্মী। মহাক্তি লাইববা অমসুং ঙসি ঙসি থিদুনা নোংমগী চবা শোইদনবা হোৎনবা মী অমনি। মুহম্মদ (স্ব)বু অফবা অমসুং শেল খবা যান্না ফংগদবা থবক তৌহনবা হাযবসি মহাক্কী অনীংবা ওইবম্মী। খুবাইলিদকী মচানুপী খাদিজানা কুবেইশ শাগৈদগী মহাক্কী থবক শুবিনবা মী পাম্মী হাযবসি অবু তালিবনা তাবম্মী। খাদিজাদি মী নেক্লগা মহাক্কী লল্লোনবগী থবক তৌহল্লম্মী। মদুদগী কান্নবা ফংলকপা শেনফম অদুনা মীশক অদুদা তলব পীবম্মী। খাদিজা মশা বনু অসদ শাগৈদা চল্লম্মী। বনু মখজুম শাগৈদা অনীবক লুংহোংলুববা মবমনা মহাক শেন-থুম য়ান্না পাযবম্মী। কুবেইশ শাগৈগী মীওইশিংনা মহাকপু লুহোংসি হাযনা কযাবক হাযবকখি। অদুবু মহাক্লা মখোয অদু মহাক্কী শেন-থুম মিহৌবদগীনি হাযনা যাখিদে। শাম (সাইবিয়া) লৈবাক্তা লল্লোনবা চৎনবগীদমক শেম- শাবদু অবু তালিবনা খঙলদুনা মুহম্মদ (স্ব) দা মবম পুন্নমক তাহল্লম্মী। মতম অদু মুহম্মদ(স্ব) মশাগী চহী ২৫ শুবে। অবু তালিবনা খাদিজা উনদুনা মহাক্কী লল্লোন-ইতিক তৌবদা মুহম্মদ (স্ব) বুসু যাওহনবিনবা হাযজবম্মী। খাদিজানসু হবাওনা যাবম্মী।

খাদিজাগী থবক তৌবা মীশক অমা ওইনা মুহম্মদ (স্ব) না অল-শামদা চৎলম্মী। খোঙচৎ অদুদা খাদিজাগী মীনাই মৈসাবাহসু মুহম্মদ (স্ব) গা লোয়নবম্মী। মসি খাদিজানা মুহম্মদ (স্ব) গী মতেং পাংননবা থাবনি। খোঙচৎ অদু মাযপাকপা অমা ওইবম্মী। মসিগীদমক

খাদিজাদা পাউ তম্লনবা মৈসাবাহনা মুহম্মদ (স্ব)দা হায়জরম্মী। মহাক্না থবক ফজনা তৌবগী শোইদনা মনা মথুম ফংগনি। মৈসাবাহনা মুহম্মদ (স্ব)গী লমচৎ ফজবা, মহাকপু নিংথিজনা লোযনবিবা, পুকচেল শেংবা, লম্লোন-ইতিক তৌবদা থরায় য়াওবা পূন্নমক খাদিজাদা লীদুনা তাহল্লম্মী। খাদিজাগী থবক তৌবা মীশক অমা ওইনা মুহম্মদ (স্ব)না তৌথোবকপা খুদিংমক খাদিজানা অপেনবা ওইখি অমসুং রাখলদা নুংশিবা ফাওবকখি। খবনা হায়— মহাক্কী নুংশিবা, অপাম্বদু মহাক্কা পোকমিন্নবা মচেদা হায়দোক্লম্মী। অদুগা খবনা অমুক হায়— মহাক্কী অপাম-নুংশিগী রাবীদু মহাক্কী মরূপ নুফাইসাহদা খঙহনখি। নুফাইসাহনা মুহম্মদ (স্ব) দা হায়বম্মী— "নহাক লুহোংলসি হায়বদা কবি খুদোংচাদবা লৈবগে?" মদুগী পাউখুম মুহম্মদ (স্ব)না পীবম্মী— "মদু পাংথোক্লবগী উপাই ঐঙোন্দা লৈতে।" মহাক্না অমুক হংলম্মী— "কবিগুম্বা মশক ফজবী, ইনাক খুনবী, লৈবাক্না শক খঙনববী অমনা নহাক্কী নুপী ওইজগে হায়বক্লবদি নহাক করম তৌগনি?" ইবুংঙোনা পাউখুম পীবম্মী— "মদু কনা ওইগদগে? "অতৈ কনাসু নত্তে খাদিজনি" নুফাইসাহনা হায়বম্মী। পাউখুম তাবদা মুহম্মদ (স্ব) অঙকপা চনখি। পুকচেল শেংবী, মশক ফজবী অমসুং ইনাক খুনবী নুপী অমবু মহাক্কী নুপী ওইবদা য়ানিংদবগী মবম নুফাইসাহনা খঙলম্মী অমসুং মহাক্না হায়বম্মী— "মদু পূন্নমক ঐহাক্না ফনবা শিনগনি"। মুহম্মদ (স্ব) পূক্লিংদদি চিংন-চিংননা মহাক্কী য়ানিংবা অমসুং অপাম্বদুদি ফোঙদোকখি। অদুম ওইনমক রাফম অসি খাদিজানা মখুবা উমব ইবন অসদতা যাম্না থুনা হায়দোকপদি ঙম্লমদে।

## মুহম্মদ (স্ব) অমসুং খাদিজা লুহোংবা

খাদিজা খৃষ্টাব্দ ৫৫৬ তা মক্কাদা পোকখি[14]। অপোকপগী মমিংনো খুবাইলিদ কৌবম্মী অদুগা অপোকপীগী মিংনা ফাতিমা বিন্ত জাইদাহ কৌবম্মী। মমাদি কুরেইশ শাগেগী মীনি। খাদিজাগী অশেংবা মমিংদি তহিবা কৌবম্মী। মহাকসি য়াম্না চীং-লেম্বী নুপীনি। মহাক্কী শাগে নাতৈ অমসুং মুহম্মদ (স্ব) গী শাগেগা চাবোল মঙাগী মমাঙদা অমত্তা ওইবম্মী। খাদিজাদি হান্নগা অনীবক লুহোংলুরবী নুপীনি। মহাক্কী অহানবা নুপাদি অতিক বিন আইজনি[15]। 'হিন্দহ' কৌবী মচানুপী অমা পোকখি। অতিক শিব্রবা মতুংদা খাদিজা অনীশুবা ওইনা অবু হলাহদা লুহোংখি অমসুং মচানুপা অনী পোকখি। মখোয়গী মমিংশিংদি 'হিন্দ' অমসুং হলাহনি। অবু হলাহসু শিখি অদুগা লুখ্রা ওইদুনা লৈবনি। মতম অদুগী অববশিংদা নুপীশিংসি মনিং তম্বা, অপাম্বা তৌবদা অথিংবা লৈবমদে। অঙাং অহল খাইদনা মখোয়না পাম্বা থবক হেক্তমক তৌবা ঙম্লম্মী। অদুনা খাদিজাসু মখুবাগী মতেং লৌদনা লুহোংবগী

14 Wives of the Holy Prophet - 1994 P 77
15 Fida Hussain Malik– Wives of the holy prophet তা খাদিজাগী অহানবা নুপাশি অবু হলাহনি হায়। অদুবু Fazail-E-A'maal দা অতিকনা অহানবনি হায়।
16 হজরত মুহম্মদ (স্ব) না লুহোংবা মতমদু মশাগী চহী ৩৫ নি হায়। (D F Mull-Principle of Mahomedan Law (1977) P XII)

ৱাফম লেপ্পা ঙম্লম্মী। মতম অদু মুহম্মদ (স্ব) মশাগী চহী ২৫ শুবে[16]।

অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্নম্মী। অবু তালিব, হমজা অমসুং শাগৈগী অতৈ মশক নাইববা মীশক কয়ামুক লুহোংবদুদা য়াওবম্মী। লুহোংবদু খাদিজাগী ময়ুমদা পাংথোক্লম্মী। অবু তালিবনা লুহোংবগী 'খুতবা' পাবম্মী। মহর ওইনা সনা ডিবহম ৫০০ পীগনি হায়না মুহম্মদ (স্ব) না য়াবম্মী [17]। মুহম্মদ (স্ব) অমসুং খাদিজা লুহোংবদু খৃষ্টাব্দ ৫৯৫ এ ডি দনি।

## অচুম্বা থিরকপা

মীওইবগী অকোইবদা লৈবিবা পোৎ-চৈ হায়বদি নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক, অতিয়া অসিনচিংবা কয়াসি মাগী মাগী লেঙদবা খোঙচৎ অমমম লৈজে। মসিগী খোঙচৎ অসি কবম্না ওইবিবনো হায়না মুহম্মদ (স্ব) না কন্না থিজিনবা হৌবম্মী। যদ্দি পণ্ডিতশিংনা তাকপা পাউতাক নৎত্রগা লম্বোইবশিংগী মচিন্দগী খোবকপা ৱাহৈনা অচুম্বা ফংগনি হায়বসি মুহম্মদ (স্ব) না থাজবা ঙম্লমদে। অহিং-নুংথিল খাক্তনা থৱায় যাওনা থিজিনবা হৌবম্মী। লৈমিন্নবিবা মীওইশিংনা মসিগী মতাংদা ভাব তাবমগনি নৎত্রগা খঙলমগনি হায়বসি মহাক্না থাজবমদে। মখোয়না পূজা তৌবিবা লাইশিং (মূর্ত্তিশিং)— হুবল, অল লাট অমসুং অল উজ্জা কা'বা মনুংদা থম্লম্বা ঙাক্তনি। মদুনা চাওখৎপা অচুম্বগী মঙাল পুবকপা অমত্তা ঙম্লমদে। অহাংবা অতিয়া নৎত্রগা পৃথিবীদা লৈবিবা পোৎশকশিংদগী অচুম্বা ফংবা ঙমগদ্রা? অবাবা থৱানমিচাক্কী মঙালদগী নোং তাহনবিবকপ্রা? খবনা অফবা তৌই, খবনা ফত্তবা লমচৎ শাজৎতা হৈনৈ। অদুবু হাযবিবা পূন্নমক অসি মখোযনা তৌনিংনা তৌব্রা? পূন্নমক অসি মুহম্মদ (স্ব) না হিবা চীংগী শুকুংদা লৈবা মতমদা খনখিবা ৱাখলনি। মসিমক্না মহাক্কী ৱাখন্দা পোথাবা, নুংঙাইবা অমসুং অচুম্বা লম্বী অদু মপূং ফানা ফংবা ঙমখিবনি। অসিগুম্বা মচিন তোংবা অহেনবা ৱাখল অসিনা মহাকপু মীযাম মবক্তগী তোঙান তোপ্পা লৈবা ঙমখি। বমজান থা লোয়শিল্লকপদা মুহম্মদ (স্ব) খাদিজাগী মনাক্তা লাকখি অমসুং মহাক্কী মাযথোংদা তাবিবা নুংঙাইবগী মমি অদু উবগা খাদিজানা মুহম্মদ (স্ব) অসি অৱাবা লৈত্রে হায়না খল্লম্মী। অসিগুম্বা নুংঙাইবগী মমি অমসুং মঙাল অসি ফংবা ঙমদ্রিঙৈদা বসুলনা কবম্বা মখলগী ধর্ম্ম আইন চৎলম্বগে হায়না হংনৈ। ৱাহং অসি পণ্ডিতশিংনদি যানিংদে, তানিংদে অমসুং হংহন্নিংদে। মীওই খবনা দাবী তৌই— মহাক নূহগী ধর্ম্ম আইন চৎলম্মী। খবনা অমুক হায়— মহাক ইব্রাহিমগী আইন চৎলম্মী। খবা অমনা অমুক হায— মুসাগী অদুগা অতোপ্পা খবনা হায ইসাগী আইন চৎলম্মী। মীওই খবনা অমুক হায— মহাক মশানা

17 মহর ডিরহম ৫০০ অদু উট ২০ যোম্লগা পীখি (Wives of the Holy prophet p 80) অতোপ্পা অমনা Haykal নদি উট ওইনা পীখি হায The Life of Muhammad p 63)

খণ্ডবা ৱাখন্দা লাকপা পূন্নমক চৎলম্মী। বসূলগী থিজিনবা অমসুং ফংলকপা লৌশিং জ্ঞান অসিগী মতুং ইন্না অকোনবগী অসিনা চুমগনি হায়না মী অযাম্বনা লৌনৈ।

অনৌবা চহী লাকপগা লোযননা বমজান থাদা অমুক হন্না মুহম্মদ (স্ব) না হিবা চীংগী শুরুংদা চৎদুনা মহাক্না ফংলকপা লৌশিং জ্ঞান অদু মপূং ফাহন্নবা হোৎনবম্মী। চহী কয়া মঙাল অদু ফংননবা হোৎনববা মতুংদা মমৈদা পামলিবা লৌশিং, অচুম্বা মঙাল অদু উবা ফংলম্মী।

## মবী লৈনবম্বা মীওইশিং

বসূলনা ইসলাম ধর্ম্মগী প্রচাবক অমা ওইদ্রিঙৈ মমাঙদা মক ওইনা মবী লৈনবম্বা মীশকশিংদি লৌশিং, জ্ঞান লৈবা, ৱাখল ৱাংনা খনবা ঙম্বা ঙাক্তা ওইবম্মী। মযামদুগী মনুংদা মমিং পনবা যাবদি অবু বকব (অশেংবা মমিংদি অব্দুল কা'বা নৎত্রগা অব্দুল্লাহ) কৌই। পুন্সিগী শাংলবা, লোইবা নাইববোইদবা থৌদোক ৱাথোক খুদিংমক্তা লোইনবক্রবা মীশকনি। মুহম্মদ (স্ব) না মঙোন্দগী চহী অনী হল্লি। বসূলগী মথংদা ইহান হান্না ইসলামদা মায ওনশিনখিবা মীশক্নি। ইবুংঙোগী পুন্সিদা তাঙ্কক অমত্তা লাপথোক্লখিদবা নুংশিববা মকপনি।

মথংদা মমিং পনবা যাবদি হকিম ইবন হিজাম-নি। মহাক দাব-অল-নদৱাগী যেংশিনবা ওইবম্মী। মহাক্কী দাব-অল-নদৱা অমসুং অতৈ লৈজবা লন-থুম সম্পত্তি পূন্নমক যোহ্লোক্লগা ফংলকপা ডিবহম লাখ লাখ অদু দানদা পীথোক্লম্মী। মহাকসি বসূলদগী চহী ৫ হল্লম্মী। হিজবীগী নিপাল শুবা চহী ফাওবা হিজাম মুসলিম ওইখিদে। অদুম ওইনমক মহাক্না বসূলবুদি য়ান্না নুংশিনা তৌখি। মতুং তাবকপদা মহাক মুসলিম ওইখি।

ডিমাম (ডামাদ) ইবন থালাবা-সু বসূলগী মরুপ অমনি। মহাক অজদ কাংলুপকী মীনি। মহাক মতম অদুগী অনা-লাযেংবা অমসুং থাঙ থাবা হৈবা মীশক অমা ওইবম্মী। ইবুংঙোনা মহাক্কী পাউজেল কন্না শন্দোকপা হৌবা মতম অদুদা মহাক মক্কাদা লাক্রম্মী, অদুবু মক্কাগী প্রজাশিংনদি মহাকপু অঙাওবনি হায়না লৌবম্মী। ডিমামনা বসূলগী মনাক্তা চঙশিল্লগা ৱাখল চোইববা মীওইশিং লায়েংবা ঙম্মী হাযবম্মী। মদু তাবদা বসূলনা কুবআনগী আযত খবা শোল্লগা অল্লাহদা দুৱা তৌবম্মী। ডিমামদা ৱাবী খবা তাহল্লম্মী মতুংদা মহাকসু ইসলাম লৌখি।

বসূলনা লল্লোনবা চৎলিঙৈ মতমদা কৈইস ইবন অল-মখজুমি কৌবা লল্লোনবা অমসু লৈবম্মী। মহাক্কী মীনাই মুজাহিদ ইবন জুবেইব কুবআন ফজনা হৈবা অমসুং খঙবা মীশক্নি। মহাক্না লল্লোনবা চৎমিন্নবদা কৈদৌনুংদসু খৎনবা যাওখিদে।

## ইসলামনা মপূং ওইনা কোনশিনদ্রিঙৈদা অববতা চৎনবম্বা আইন

ইসলামনা মপূং ফানা কোনশিনদ্রিঙৈ মমাঙদা অববতা মূর্ত্তি লাৎপা অমসুং লমদুগী

চৎনবীদা হিংবা মীওই যান্না মবাং কাইনা লৈবস্মী। মতম অদুদা চৎনবম্বা আইন অদুসু মখোং হক্তবা, মদুনা মবম ওইবগা ওন্ন-তৈনবা মওংদা লাক্তুনা যান্না মওং তাদবা অমসু ওইবস্মী। মুহম্মদ (স্ব) না ইসলাম মপূং ফানা শন্দোকপা হৌবকপা মতম অমসুং কুবআনগী আযত মথং - মথং লাকপা হৌবকপদগী ইসলামগী আইন ফজনা মওং চুন্না লৈবা হৌবকখি।

অদুম ওইনমক কুবআন লৈবকপদগী ইসলামগী মমাঙগী চৎনবী নিয়ম নীতি পুংওল ওনম্লে হাযববদি মদু অবানবা ওইগনি। মুসলিম জুবিষ্টশিংনা কুবআনবু মখোযগী আইন হৌবকপগী অহানবা মবম অমনি হাযনা লৌই। ইসলামগী মমাঙগী অববশিংনা মখোয়না নীংখিবা অমসুং যাখিবদু থাদোক্তবগী চৎনবী অমা লৈবস্মী। ইসলামনা মপূং ওইনা কোনশিনদ্রিঙৈ মতমদা অববতা চৎনবম্বা নিযম, কালা সংস্কৃতি অদুবু “অইযম জহিলিযা” হাযনা খঙনৈ। মসিগী নুংগী ওইবা অর্থদি “খহ্‌হৌদবা নৎত্রগা খঙদবা নুমিৎশিং” হাযনা লৌই।

ইসলামগী মমাঙদা লৈবম্বা চৎনবী নিযম নীতি অদুনা মবম ওইবগা মুহম্মদন লো হৌবকপগী মরুনি। শম্না হাযববদা মাঙলমচৎতা লৈবম্বা মওং তাদবা চৎনবী কযা অদু কুবআননা চুমথোক্লগা অচুম্বা লম্বীদা পুবক্লবনি। মুসলিমশিংনা চৎনবিবা নিযম-নিতি আইনগী ওইবা পূন্নমক অবিবা সভ্যাতা, চাওখৎপগী মওং অদু মথং - মথং চৎথবকপনি। ইনষ্টিটিউসন পূন্নমক মরু ওইনা অচুম্বা ৱাযেন অমা পুবকপদা মাঙলমচৎতা লৈবম্বা নিযম নীতি আইন অদুদা অদুম নকশিল্লকই। বসুল নৎত্রগা নবীনা তৌবা যাদে হাযনা থিঙদবা থবক পূন্নমক আইননা যাই। ইসলামগী মমাঙদা চৎনবম্বা আইন অদু ঙসিদি মুসলিম লোগী শরুক অমা ওইবি। ইসলামগী মমাঙদা চৎনবম্বা আইন অদু ঐখোযনা ঙসিসু উবা ফংলি, খুদমদি সুন্নি মুসলিমশিংনা চৎনবিবা সত্বগী মতাং অসিনি। হুবানবা অমা মবালগী মতুং ইন্না খুৎ-যেৎ ককথৎপা, হজ্জ চৎপগী নিযম, চবা হেনবা পূন্নমক ইসলামনা মপূং ফানা কোনশিনদ্রিঙৈদগী লৈবক্লবা চৎনবী নিযম আইননি। মসি চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না খবগা হেন্না মওং তানা মুহম্মদ (স্ব) না শেমদোক-শেমজিন তৌখি। অদুবু অবিবা মতমদা চৎনবম্বা কযা ইসলামনা মপূং ওইনা লাকপা মতমদগীদি খবমখৈদি লৌথোকখ্রে।


হিরা চীংগী গুরুং

## মুহম্মদনা নবুব্বত ফংবা

খুঙ্গংগী মীওইশিংনা মহৌশাগী ওইবা পোৎ-চৈ ঈবাৎ পূজা তৌবসি মুহম্মদ (স্ব) না অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা পাম্নমদে। মবম কযামুকসিদগী পৃথিবীদা লৈবিবা পোৎ-চৈ জীব পূজা তৌবা পামদবা, অশিংবা অমসুং ধর্ম্মদা মায় ওনশিনবা 'অনৌবা পুন্সি' পাম্বা কাংবুনা ইবুংঙোগী মনাক্তা লাক্লস্মী। মুহম্মদ (স্ব) মশাগী চহী য়ামশিল্লকপগী মতিক

ৱাখল খনবসু হেল্লম্মী। তাইবংপানবু শেম্বিবিবা মপু মহাক্কা মীওইবদা শিন্নরকপা অফবা লমচৎ শাজৎ, অচুম্বা নিযম-নিতি অদু থিঙজিনবা হৌরম্মী। নোংমা ইবুংঙোনা চীক্লবা হিবা চীংগী লোক্নুংদা ধ্যান তৌদুনা ফমলিঙৈদা খঙহৌদনা অসুন্না খোঞ্জেল অমা তাখি—"*পৃথিবীদা লৈবিবা লেংলি-পাল্লিবা জীব পুন্নমকপু শেম্বিবা মপু মহাকপু শোল্লু।*" অসিগুম্বা নবুৱত [Prophethood] কী মঙাল অসি মুহম্মদ (স্ব) না মশাগী চহী ৪০ শুবকপা খৃষ্টাব্দ ৬১০ এ ডি , ফেব্রুৱারী (রমজান থাগী ১৭ নি পানবা) দা ফংখি। মতম অদুদগী হৌবদুনা মুহম্মদ (স্ব) না ধর্ম্ম শন্দোকপগী মওং অদু খঙলম্মী অমসুং ইবুংঙোনা অশেংবা প্রমাণ পীদুনা পুক্লিং চঙনা শন্দোকপা হৌবম্মী।

## মাউন্ট সফা

ইসলামগী পাউতাক অসি মী খুদিংদা ফজনা চুশিনহনবা ঙম্লম্মী। অবু বকবনসু মরুপ খববু ইসলামদা পুশিল্লক্লম্মী। ইবুংঙোনা মীযামদা চিক্লা ৱাবী শাবম্মী। মতুংদা অল্লাহগী মাযকৈদগী অতোপ্পা যাথং অমা লাক্লম্মী মদুদি ইসলামগী পাউজেল শন্দোকপদা মীযামদা ফোঙনা হায়দোক্কদবনি।

মাউন্স সফা হায়বসি কা'বা মনাক্তা লৈবা চীং মচা অমনি। নোংমদি ইবুংঙোনা চীংদোল অসিদা লেপ্লদুনা মীয়ামবু কৌবম্মী। মীযাম পুম্নমক্কা ইবুংঙোগী মনাক্তা চেনখৎলক্লম্মী। ইবুংঙোনা হাযবম্মী— চাউববা লাম্মী তেঙ্গোল অমা চীং অসিগী নাকন্দা লুমদুনা লৈ অমসুং মখোযনা ঐখোযদা লান্দাগদবগী শেম-শাদুনা লৈবে হাযববদি নখোয থাজগদ্রা? মীযাম অদু খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা ইবুংঙোনা হাযবা ৱাদা থাজে খুমলকখি। অদুগা হায— ঐখোয়না খঙই ইবুংঙোনা কৈদৌনুংদসু মীনম্বা ঙাংখিদে।

"অদু ওইববদি তাও" ইবুংঙোনা মীযামদা ওনশিল্লগা হাযবম্মী— "নখোযনা অল্লাহ নত্তনা অতোপ্পা অমত্তবু ঈবাৎ-পূজা তৌবোইদবনি। নখোয়না মসি তৌদ্রবদি, নখোযগী নথক্তা অৱাবা অমা লাক্কনি। মতমদুদদি নখোয লানখ্রে হায়গনি, অদুবু মতমদুদি যান্না থেঙত্রগনি। নখোযসি ঐগী মবীমতা ওইববা ফাওবদা ঐনা নখোযগীদমক কবিসু তৌবা ঙম্লোই" [18]।

খঙহৌদনা মীয়ামদু শাওনবম্মী। ইবুংঙোসি ঙাওবে ফাওবা হায়নবম্মী। ইবুংঙোগী অচুম্বা ৱাঙাংদা খবনদি যান্না শাওবম্মী অমসুং হায়বোইদবা ৱা ফাওবা হায়বম্মী। মীয়ামদু মথং-মথং চাইথোকখিবম্মী। ইবুংঙোনা হাযবা ৱাদা কনানসু থৌশাদনা খল্লম্মী। মতম অদুদগী হৌবদুনা ইসলামগী খোল্লাও অসি নোংম-নোংমগী কনখৎপা হেল্লক্লম্মী। ইবুংঙো অমসুং ইবুংঙোগী তুংইনবশিংনা অনৌবা পুন্সি অসিদা পুন্না হিংমিন্নবা ফোঙনা

18 Fazl Ahmad— Muhammad the prophet of Islam- page 35-36

বার্ত্তোন তৌবম্মী। মখোয়না মূর্ত্তি পূজা তৌবসি অফবা নৎত্রগা ফত্তবদসু কবিমত্তা কান্নদবনি হায়বসি মীয়ামদা খঙহল্লম্মী। ফত্তবা লম্বী অমসুং অবানবদা থাজদুনা চাউথোকপা পূন্নমক থাদোক্লবা মীয়ামদা মখোয়না ভাব তাহল্লম্মী।

## মুসলিমশিংবু থিনা ওৎ-নৈবা ঃ মখোয়না অবিসিনিয়াদা চেনবা

খাদিজা, অলী (অবু তালিবকী মচানুপা), অবু বকব অমসুং মুহম্মদ (স্ব) মরুপ মপাং পূন্নমক্কা লোয়ননা ইহান-হান্না উবা ঙমদবা মপু অমা লৈ হাযবসি থাজবগা লোয়ননা মখোযনা কা'বাদা লাইয়াম লৈ হাযবসি য়াবমদে। চহী অহুম চঙনা মুহম্মদ (স্ব) না মফম অমদগী অমদা মশানা চৎতুনা মীয়ামগা লোৎনা উনবম্মী। মহাক্কা ধর্ম্ম শন্দোকপদা থৌনা ফনা থবক পাযখৎপা ঙন্নমদে। থবায য়াওবা, থাজবা মশীংনা হেন্নকপা মবন্না মক্কাগী নিংথৌরেল অদু য়াম্না শাওবম্মী। 'পাঙ্গল লৈত্রবা, মখোযনা কপচ-হায়জবা নৎত্রগা কবিশুম্বা খবা নিজবদু পীবিনবা শক্তি লৈত্রবা' লাইযাম পূজা তৌবা কাংবু অদুদা মুহম্মদ (স্ব) না ফোঙনা লান্দাবম্মী। অহানবদদি ইবুংঙোবু তুক্কচনবম্মী, তৌইশুম্বসুং পূন্নমকপু মান্নবা য়েংবা ঙম্বা ইবুংঙোগী মিৎয়েং, মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা অচুম্বা শাজৎ অমসুং হাযবা ইনবা, পুকচেল চাউবা অসিনা খবা থাক হম্বনা লৈবা মক্কাগী মীওইশিংনা ইবুংঙোগী মিংচৎ হেন্সৎহল্লম্মী। মসিনা ইনাক খুনবা থৌবুরেল ওইবিবা কাংবুদা ফাজিন-পুনশিনবা অমা ওইবতা নত্তনা মখোয়গী লনথুমদা, লৈবাক ঙাকলোন্দা, অকাইবা অমসু ওইবম্মী। ইবুংঙোবু খঙহন্দনা তৌবকপা থবক খবা নত্তনা ধর্ম্ম অসিবুদি মখোয়না মাঙহনবা ঙন্নমদে। মতম কুইনা অবু তালিবনা নাওকোনবিবকপা মবম্না কনানসু মুহম্মদ (স্ব) বু মাঙ-তাকহনবা ঙমখিদে। মক্কাগী অঙম-অথৌশিংনা ঙম্বা হায়ববু সহব অদুগী মীচম প্রজাশিংদা ইনশিন্দুনা মুহম্মদ (স্ব) অমসুং মহাক্কী ধর্ম্মদা মায ওনশিনবা মীওইশিংবু ওৎ-নৈবা, নোক্লবা, অরাবা পীনবা হোৎনবকপা অদুতনি। মুহম্মদ (স্ব) মশামক থৌদোক অদুদা নাচুংলমদে অদুবু মহাক্কী মতুং ইনবা মীওইশিং অদুগীদমক খন্দুনা ইবুংঙোনা অবিসিনিযাগী খৃষ্টিযান নিংথৌগী মফমদা চঙজফম নিরুবসি হায়না মীযামদা পাউতাক পীবম্মী। মখোয পূন্না মীওই ১০১ চৎখিবম্মী— মদুগী মনুংদা নুপা ৮৩ অমসুং নুপী ১৮ লোৎনা লোহিট সাগব (Red Sea) লানখি। অবিসিনিযাগী নিংথৌদুগী মমিংদি নজাসি কৌবম্মী।

মক্কাগী প্রজাশিংনা পাউ অসি তাববা তুংদা মখোযনা অবিসিনিযাগী নিংথৌ নজাসিদা মুসলিম মীচেনশিংবু শিন্নরুনবা দূত (পাউ পুবা মী) অমা থাবম্মী। মুসলিমশিংনা নজাসিদা মখোয় মীহাৎপা মীচেন কাংবু নত্তে হায়জবম্মী। লাইযামগী মনুং চন্দবা অল্লাহতবু নীংজবা অমসুং মীপুম খুদিংদা মান্নবা লিংজেল পীবা ঙম্বা ইসলাম ধর্ম্মবু শৌগৎচবা মীওই ঙাক্তনি হায়রম্মী। মক্কাগী মীহুৎশিংনেদি খল্লম্মী— নজাসিদি খৃষ্টপু ঈশ্বরগী মচানি হাযনা

য়াবা মবন্না মুসলিমশিংবু চঙহল্লোই। মুসলিমশিংনা য়ান্না থৌনা ফনা অমসুং কিবা লৈতনা ইসলাম ধর্ম্মদা থাজবদু পুথোক্লুনা যীশু (ইসা) দি "অল্লাহগী মনাই অচানবনি, মপু মহাক্কী পাউতাক শন্দোকপনি, মহাক্কী অফবা পূকচেল অমসুং অশেংবা ৱাহৈ-ৱাতা থম্মোয় শেংলবী মরিয়মগী গর্ভদগী য়াওক্লবনি" হায়বম্মী। নজাসিনা মহাক্কী থাজবা য়ানিংবদু ফোঙদোক্লম্মী। মক্কাগী দূত অদু নীংবা কাইনা হনখিবম্মী। মুসলিম মীচেন খরদি মতম খরগীদমক মক্কাদা হল্লক্লম্মী। অদুবু অয়াম্বনদি মুসলিমশিংনা মদিনাদা মখোয়গী রাজনীতিগী ফিভম ফগৎত্রিবা ফাওবা অবিসিনিয়াদা লৈবম্মী।

## মক্কাগী প্রজাশিংনা বনু হাশিমবু থিংজিনবা

হৌজিক মক্কাগী প্রজা মীয়াম্না মুহম্মদ (স্ব) গা নোংম-নোংমগী নকশিন্নবা হেল্লম্মী। অবব পূম্বনা ইকাই খুন্নববা মুহম্মদ (স্ব) গী মবুধৌ বনু হাশিম অমসুং মহাক্কী মচাম-শুশিংবু মক্কাগী মীওইশিংনা ইবুংঙোনা শন্দোকপা ধর্ম্মসিবু যাই নৎত্রগা যাদে খঙদনা মখোযনা চারৌ-মৌরৌনদনবা হীবম খুদিংদা থিংজিনখি। ইসলামবু য়েংথিবা মরু ফংনা মাঙহনবা পাম্বা প্রেফেক্টকী মখুবা অবু লহবনা মচিন-মনাও মবী-মতা থাদোক্লুনা মক্কাগী প্রজাশিংগা অমত্তা ওইনা লৈমিন্নখি। চহী অনীবোম হেন্না মক্কাগী মীয়াম্না বনু হাশিমগা চারৌ-মৌরৌনবমদে। অদুগা কবিশুম্বা পোৎ-চৈ অমত্তা য়োনবা নৎত্রগা লৈবা য়াহন্দনা চীংনুং-মানুংদা লৈহল্লম্মী। মুহম্মদ (স্ব) না মশাগী থবক্তা থৱায় য়াওবতা নত্তনা মহাক্কী মবী-মতাশিংবুসু চথোকখিদনবা ফাজিল্লম্মী। মমৈদা মক্কাগী প্রজা মীয়ামগী অমসুং ভদ্রলোক খবগী থৌনা হনখ্রবদা থিংজিনবদু শোইখিবা নত্তনা কবিসু তৌবা ঙমখিদে।

## মক্কাগী প্রজাশিংনা মুহম্মদ (স্ব) বু ওন্ন-তৈননা প্রচার তৌবা

মুহম্মদ (স্ব) গী হৈশিংবা অমসুং সহবগী মপান্দা লৈবা মীওইশিংগা হেন্না নক্লবা মবী লৈনবা উবদা মক্কাগী প্রজাশিংনা ৱা ঙাংনবা হৌবম্মী। মক্কাদি ধর্ম্মগী হৌবকফম্নি অমসুং লল্লোন-ইতিক্কী চাউববা কৈথেল অমসুনি। মবম অদুনা লল্লোনবা, লমকোইবা অমসুং খুল হোংবা মী য়াম্না তোইনা লাকই। অদুগা মপান্দগী লাকপা মীওইশিংনা খঙজিনগদবা অমদি মতম খুদিংদা হিংদুনা লৈবগদবা ধর্ম্ম অসিবু যোকথংনবা হোৎনবমদে। মক্কাগী প্রজা মীযামগী রাজনীতিদা, সমাজিক্তা হন্থবকপশুম নোংমদি মখোয়গী শক্তি হন্থবক্কনি হায়বসি খঙলমদে। মুহম্মদ (স্ব) না লাক্লিবা মীওইশিংগা উনদুনা ধর্ম্ম শন্দোকপগী ৱা ঙাংনবদা থোইনা মহাক্কী থৌনা মাঙলমদে। মখোয়বু লমজিংবা ঙম্বগী খুদম কয়ামুকসু ইবুংঙোনা উবম্মী। থৌদোকসি খঙলক্লবা মতুংদা মক্কাগী প্রজাশিংনা নমথনবা ওইদবা প্রচাব কযা তৌনবা খন্নবম্মী। 'অত্তাওবা নুপা অমনা মখোয়গী লাইবু চৈরে' হায়বসি লম কোইবা লাকপশিংদা মাঙজৌননা তম্মুনবা

মখোয়না সহবদগী থাপ্পা লৈবা মফমশিংদা মীহুৎ (Agent) থাবম্মী। মখোয়না ঙক্লা খল্লবম্বদি পুন্না লৈবম্বা ইমুং অমবু তোথাই তাহন্দুনা হান্না লৈবম্বা চৎনবী থাদোক্লুনা অসিগুম্বা ধর্ম্ম অসিদা লাকপা উবদা মুহম্মদ (স্ব) বু যাদু হৈবদা উপাধি ফংলবা মীওইনি হায়না নীংলম্মী।

## অবু তালিব অমসুং খাদিজা লৈখিদবা

অবু তালিবকী পাম্বোমদা চাউবকপা অমসুং খাদিজানা ইবুংঙোগী থবক্তা থবায় য়াওবিবা মবম্না মুহম্মদ (স্ব) অম্বাবা নৎত্রগা পুক্লিংদা পেন্দবা লৈবমদে। মহাক্না নবুবত ফংবা মতুং চহী ১০ শুবকপা মতমদা (মশাগী চহী ৫০ শুবা) খৃষ্টাব্দ ৬১৯-৬২০, এ ডি দা অবু তালিব অমসুং খাদিজা মুহম্মদ (স্ব)বু থাদোক্লমদুনা মতম চাদনা লৈখিদে। মহাক্কী (মুহম্মদকী) মতেং পাংবিনবা কন্না লৈত্রবা মীওম পেন্দনা য়েক্লবশিংগী মরক্তা মতম লেনখি। মক্কাদা লৈবা মীয়ামগী মবক্তগী কন্নানসু ইবুংঙোবু মতেং পাংবিগে হায়বসি খনখিদে। ইবুংঙোগী মিৎযেং অদু সহবগী মপান্দা লৈবা মীনুংশি খঙবা অদুগা ইবুংঙোনা শন্দোক্লিবা ধর্ম্ম অসিবুদি চপ চানা য়াদ্রিবা মীওইশিংদা আশা তৌবম্মী। মখোযগী মবক্তগী খবনা ইসলাম ধর্ম্ম অসিদা চঙলকপসু হৌবম্মী। মখোয়না মতেং পাংবিবা অমসুং ঙাকথোকপীবদগী মুহম্মদ (স্ব) গী শক্তি খবমখৈদি লেঙদনা লৈবম্মী তৌইগুম্বসুং মুহম্মদ (স্ব) না মশা-মশাগী খুদোংচাবা থিবা কাংবুদা অপনবা অমসুং অথিংবা তৌবমদে। ❑

# মতম অদুগী মুসলিমগী ফিভম

## য়ছ্রিবতা লৈবা মীওইশিংগী ফিভম— মক্কা থাদোক্লুনা চেল্লকপগী মতম

মমৈথংদা মুহম্মদ (স্ব) না য়ছ্রিব (মদিনা) সহরদা অকিবগী মশক ওইববা খুদোংথিবা কয়া থেংনববা মতুংদা মফম অসিবু মদিনা নৎত্রগা নবীগী সহর হায়নসু কৌনবম্মী। সহর অসিগী থোইদোকপা মওং খবদি প্রজাশিংনা মখোযগী মনুংগী অশোনবা ফিভম অদু ফগৎনবা মপান্দগী লাকপা মীওইশিংদগী পাউতাক অমসুং মতেং লৌবদা থিংলম্মী।

অহানবা— সহরদা লৈবা মীযামগী মনুংদা যহুদিশিংনা খুৎকন-পাঙ্গনবা, লনথুম রাৎতবা অমা ওইরম্মী। মসিনা খুৎলাই ওইদুনা য়ুমলোন্নবা মূর্ত্তি লাৎপা অববশিংবু লৌশিনবদা নবীগী রাখল অমসুং থৌবাংশিংদু মায় পাকপা হেল্লম্মী।

অনীশুবা— অববশিংগী মনুংদা সহর অদুগী খ্বাইদগী মমিং চৎলবা কাংবু অনী— ঔস অমসুং খজবাজ মতম খুদিং খৎনদুনতা লৈবকপা মবন্না মক্কাগী প্রজাশিংদগী মতেং ফংবা রাবম্মী। মপান্দগী লাকপা মীওইশিংগা মুহম্মদ (স্ব) গা নকশিন্নবা হেল্লক্রম্মী। মখোযনা সহর অসিগী করিগুম্বা অফবা থবক খবদি তৌবা ঙমগনি হাযনা রাশক্রম্মী। ইবুংঙোনা ময়ামগী য়েংদুনা জাতি অমত্তগীসু মতেং পীবমদে। অদুম ওইনমক মহাক্না ইসলাম ধর্ম্ম অসিগী মতেংনা পূন্নমকপূ সেবা তৌবদি ঙন্নম্মী। মীহুৎশিংনা ইবুংঙোগী রাখল অমসুং অপাম্বদু খঙলদুনা মবৈবাক প্রজাশিংদা শন্দোকলুনবা হনখিবম্মী। অমবোমদা জাতি অনীগী মবক্তা মায় পাক্লিংবগী লাম্ছেংনবা হৌবক্রম্মী অমসুং মসিনা মমৈদা জাতি অনীগী মবক্তা মতম কুইনগী ওইনা শান্তিগী চৈথেং অমা পুবক্রম্মী। মুহম্মদ (স্ব) না মখোযগী মপুক্লিং ফাজিন্নবা শেম-শাবম্মী। মথং চহীদা মীওই ১২ না শাবা ঔস অমসুং খজবাজ কাংবু অনীগী লুচিংবশিংগা ইবুংঙোগা লোৎনা উনবম্মী অমসুং ইবুংঙোনা ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক পূন্নমক শৌগৎকনি হায়না য়াবম্মী।

মসিগী মমাঙদা মুহম্মদ (স্ব) কনানো অমসুং ইসলাম হায়বসিনা করিনো হাযবা মদিনাগী য়ুমথোং খুদিংনা খঙনববনি অদুগা ইসলাম ধর্ম্ম অসিবুসু যাবে হাযবা কাংবুসু মশীং যাম্নমলে। চহীগী ওইনা কা'বাদা চৎপা হজ্জদা ঔস অমসুং খজবাজ অনীগী অপূনবা নুপা ৭৩ অমসুং নুপী ২ (অনী) অশোক-অপন লৈতনা মক্কাদা থুংলম্মী। মখোয়না মুহম্মদ (স্ব) অমসুং ইবুংঙোগী তুংইনবশিংবু মদিনাদা লাক্নবা বার্ত্তোন তৌরম্মী। পীবক্লিবা পাউ অদু ইবুংঙোনা

মহাক্কী মখুবা অববাসকী মমাঙদা ফোংনা য়াবম্মী। মতম'দু ফাওবা অববাসতি মুসলিম ওইবমদে। অদুম ওইনমক মহাক্কী ময়াম্বনা পোকপা মুহম্মদপুদি খুদোংথিবা থোকহন্দনা পুন্সি নুংঙাইনা লৈহল্লম্মী। লোৎনা ঙাংনবা রাদু মক্কাগী প্রজাশিংনা খঙলক্নুনা মখোয়না মদিনাগী মীয়াম লৈফমদা চঙলক্নুনা ওৎ-নৈবা, কিহনবা হৌবম্মী। অদুবু মদিনাদগী লাকপা মুসলিম নত্তবা লম কোইবা কাংবুনা থোকখিবা থৌদোক্নুনা মখোয় তশেংনা খঙহৌদে হায়না য়েৎপদগী মক্কাগী মীওইশিংনা হজ্জ কাংবু অদুবু কবিসু তৌবা ঙমখিদে। হজ্জ লাকপা কাংবুসু খুদোংথিবা য়াওদনা মযুমদা হনখি।

অচুম্বা ধর্ম্মসিবু মক্কাগী মীয়ামদা চৎহনবদা নৎত্রগা য়াহনবদা মতম কুইনা চঙগদবা নত্তে। ইবুংঙোগী য়াথংদগী মক্কাদা লৈবা মুসলিমশিংনা মদিনাদা চৎপা হৌবম্মী। মসি তশেংবনি মদুদি মশামক্না মক্কাগী অঙম্বশিংবু শোইদনা লাকশিল্লকনি হায়বসি। যাম্না থুনা সহবগী অঙম-অথৌশিংনা মীতিন অমা পাঙথোক্লম্মী, মদুদা মক ওইনা রাজনীতিগী মবম অমসুং সমাজদা চেন্নবিবা রাথোক কয়া খন্নবম্মী। খন্ন-নৈনবদুদা মখোয় মশেল যানবা অমা পুবক্লম্মী মদুদি মুহম্মদ (স্ব) বুদি হাত্তোকলোইদবনি হায়না। যাম্না লুবিবদি কবম্না বসুলগী মবী-মতাবু খঙহন্দনা লমন অসি খুমগদগে? মসিদা জাতি খুদিংদগী অঙাং ওইবিবা মীওই খবা পুনশিল্লগা মুহম্মদ (স্ব) গী পুন্সি লোয়শিন্নবা অমসুং মহাক্কী মবী-মতাবু মবম লৈতনা মাঙহন্নবা মখোয়না অনৌবা থৌবাং অমা পুথোক্লম্মী। য়েক্লবশিংগী খুজিল-থৌবাং খঙলকপদগী মুহম্মদ (স্ব) না মক্কাদগী চৎখিবম্মী। অদুম ওইনমক ইবুংঙোগী অফবা মিংচৎ 'অল-অমিন'বু হিংহন্নিংবদগী মহাক্না থবক খুদিংমক অলীদা শিন্নবম্মী। অদুগা মরুপ-মপাং, যেক্লবা পুন্নমক্তসু চপ মান্নবা মিৎযেংনা য়েংই হাযনা মীযামদা শেংদোক্লবসু হায়বম্মী।

## মদিনাগগী খোঙচৎ

অবু বকবতমক লোযনদুনা বসুলনা মক্কাদগী চেনথোকখিদুনা ইথাপ থাপ্তুনা লৈবা সৌব চীংজাউগী লোকন্নুং অমদা লোৎলম্মী। মক্কাগী মীশিংনা মহাকপু ফানবা হোৎনবক্কনি হায়বসি ইবুংঙোনা হান্না খঙলম্মী। মখোযনা মুহম্মদ (স্ব)বু ফাবকপা ঙম্বা মীদা উট অমোম চামা (১০০) গী মমল পীগনি হায়না লাউথোক্লম্মী। তোইগুম্বসুং কন্নানসু মহাকপু শুকং দগী থিদোকপা ঙমখিদে। নুমিৎ হুমনি থিববা মতুংদা মক্কাদা লৈবা মীওইশিংনা মফম অদু থাদোক্লম্মী মহম্মদ (স্ব) না লেপ্পা তৌদনা মদিনা যৌখি। মসিবু অববিক লোন্দা 'হিজবী' নৎত্রগা 'বসুলগী খোঙচৎ' হাযনসু খঙনৈ। হিজবী হায়বগী অর্থদি থাদোকপা হাযবনি। থৌদোক অসি বসুলগী মশাগী চহী ৫৩ শুবদা হায়বদি খৃষ্টাব্দ ৬২২ গী জুন থাদা থোকখি। মসিদগী হৌবদুনা হিজবী ইবা (Hijri Era) নৎত্রগা মুসলিম কেলেন্দব মশীং থীবা হৌই। হিজবী চহী পাবা অসি মপূং ফানা চৎনখিবসি হজবত উমবগী মতমদগীনি।

## হিজবী

হজবত ইবুংঙোনা মক্কা থাদোক্লম্লগা মদিনাদা চৎপা খোঙচৎ অসি লাইবিক ইবা কয়া কয়ানা তোঙান-তোঙানবা তাবিখ শোক পুথোক্লে। লৈখিদ্রবা মবমদুক পিকথলনা মহাক্কী ইংলিসতা হন্দোকপা হোলি কুবআনগী বাহৌদোক্কী লমায় ৭-৮ শুবদা অসুন্না ইব্রি— "ইবুংঙোনা অল্লাহগী য়াথংতবু ঙাইবম্মী।" কুইনা ঙাইববা তুংদা নুমিৎ অদু য়ৌরক্লে। ইবুংঙোবু নুমিদাংদা হাৎকনি হায়না থৌবাংবা নুমিৎনি। মীহাৎপশিংদু ইবুংঙোগী যুমগী মমাঙদা লৈবম্মী। অদুগা মীহাৎপশিং অদুনা খঙদনবা অলীবু মহাক্কী ফমুংদা তুমহল্লম্মী। অযুক্তবু ওইববসু নুমিদাংদবু ওইববসু মহাক্লা মপান হেক থোকপদা মখোয়না ফু-চৈবা তৌবক্কনি। ইবুংঙোনা খঙলম্মী— অলীবুদি মখোয়না অশোক-অপন নংহল্লোই। ইবুংঙোনা অবু বকবগী যুমদা চৎলম্মী অমসুং মখোয় অনী পুন্না মফম অদু থাদোক্লম্লগা মীচিক মীবাওখোল তাদ্রবা সৌব চীংগী শুকুং অমদা মীযামদু থৈদোক্কবা লোৎলম্মী। অবু বকবগী মচাশিংনা মখোযগী চান-থক্কবা পুবক্লম্মী। অমুক্তি থিরিবা কাংবু অদু মখোয়না লোৎলিবা মফম অদু যৌবক্লম্মী। মদু উবদা অবু বকব যাম্না কিখি। ইবুংঙোনা অবু বকব কিবে হাযবসি খঙলদুনা হাযবকখি— "কিগনু অল্লাহ ঐখোযগা লোযননা লৈ।" মীযামদু হনগ্রবা তুংদা অবু বকবনা লমজিংদুনা নুমিদাং অমা শুকুংদগী থোবক্লগা মদিনা য়ৌনবা চৎখি।


সৌর চীংগী শুকুং

থৌদোক অসিবু যাম্না কুপ্পা নৈনবা কাংলুপ খবনা হজবত মুহম্মদ (স্ব) না মক্কা থাদোক্তুনা মদিনা চৎপা খোঙচৎ অসি কিদুনা "চেনখিবনি", অল্লাহগী যাথং অমনা মক্কা থাদোক্লম্বা নত্তে হাযনা মোত ফোঙদোকপসু যাওই। অদুবু মখোযনা পীবিবা বাখল মোত অদু তশেংনা অচুম্বদি নত্তে। চেনবা হায়বগদি কবিগুম্বা থৌদোক -বাথোক অমদগী কিদুনা চেনবা নৎত্রগা লোৎপা, অশোয়বদু ঙাকথোক্লবা হোৎনবনি। অদুবু হজবত ইবুংঙোনা মক্কা থাদোক্লম্বদুদি মশাগী অপাম্বগী মতুং ইন্না তৌবা নত্তে। অল্লাহগী অনীংবা, অপাম্বদু মপুং ফানবা হোৎনবদা মশাগী যেংদনা তৌদবা য়াদবা অমা ওইবনা মফম অদু থাদোকখিবনি।

হিজবী করম হায়না হৌরকখি হায়বগী মবমদা চাওবাকপা অমা মথক্তা পনল্লে। তোঙান-তোঙানবা অইবশিংনা মখল-মথেল মাগী মাগী মোত পীনৈ। পিকথলগী মতুং ইন্না ইবুংঙোনা মক্কা থাদোক্লম্বদু জুনগী তাং ২০ খৃষ্টাব্দ ৬২২ এ ডি নি হায়। থোমাস

পেত্রিক হগসকী মিৎয়েংদা হিজবী থীবা হৌখিবসি অববিক থা ববিবউল আব্বলগী মবীনি পানবা মদুগা মান্নবনা জুনগী তাং ২০ ইংশোক ৬২২ নি। অমবোমদা "ইনসাইক্লোপেদিয়া অফ ইসলাম" দা পীবিবদি ববিবউল আব্বলগী ১২ নি পানবা মদুগা মান্নবনা সেপ্তেম্বরগী ২২ ইংশোক ৬২২ হায়না ইবি। মৌলানা যুসুফ অলীনা মহাক্কী ইংবেজীদা হন্দোকপা হোলী কুবআনদা হিজবী থীবা হৌখিবসি সেপ্তেম্বরগী তাং ২২, ইংশোক ৬২২ নি হায মসিগা মান্নবা অববিক থাদি ববিবউল আব্বলগী ৯ নি পানবনি হায়।

মথক্তা পনখ্রিবা লাইবিক ইবা অখঙ-অহৈ কযাগী মোত যেংলগা তাবিখ, পুংফম তোঙান-তোঙাননা পীজববসু ববিবউল আব্বলগী অহানবা থাখাযদনি হাযবসিমদি শোযদ্রে লোযননা খৃষ্টাব্দ ৬২২ অসিমদি পুন্নমক্তা ইমান মান্নবে। অদুনা হজবত ইবুংঙোগী খোঙচৎ অসি হাযবিবা চহী ৬২২ অসিদা থোকখিবনি হাযবসিদি চিংননিঙাই ওইদ্রবা ৱাফমনি।

## মক্কাদা লৈবা মীওইশিংগী মতম—হৌখিবা থৌদোক হঙ্গৎনা যেংবা

অল্লাহগী যাথং ফংলদুনা মুহম্মদ (স্ব) না মদিনাদা খোঙশানখিবা অসিনা মবম ওইদুনা ইসলামবু মবা চেৎশিনহনবা হেলহল্লি অমসুং মক ওইনা মুসলিমশিংদা মসিনা যেন্নবশিংবু নমথনবা হোৎনবদা শেম-শাবগী খুদোংচাবা অমসু পী। মক্কাগী প্রজাশিংগী মতম অসি চহী ১২ দগী ইহেন হেন্না লৈবমদ্রে হাযবদি মুহম্মদ (স্ব) না নবুৱত ফংবদগী মদিনাদা খোঙশানখিবা ফাওবগী মতম অদুতনি। প্রজাশিংনা ইসলাম ধর্ম্ম অসিবু থৱায যাওবা, থাজবসু খবা হেন্নম্মী। মখোযনা লেংলি-পাল্লিবা জীবশিংদা, মীওইবা জাতিদা যেংবা মিৎযেং অদুসু খবদি চুমথোকপা ঙম্লম্মী। মক ওইনা ইসলামগী থাজবদি অল্লাহনা শেম্বিবা থৱায পানবা পুন্নমক্তগী মীনা খ্বাইদগী হেন্না নোল্লুকপা জীবনি। মবম অদুনা মীওইবনা হিংবদা চঙবা পোৎচঙ পুন্নমক শুনা ফংহনবি, মীওইবদা নুংঙাইহল্লি, লন-থুমগী মপু ওইহল্লি অমসুং শক্তি পীবি। পৃথিবীদা লৈবিবা লেংলি-পাল্লিবা জীব খুদিংমক মপু মহাক্কী ৱাখল যাওদনা মীওইবনা হেক্তা পূজা তৌবা হাযবসি যান্না চাউববা মবাল অমনি। মবম অদুনা "লাৎপদা মতিক চাবা লাইদি অল্লাহ নত্তনা অতোপ্পা লৈতে।" "নহাক্তবু লাৎচবিবনি অমসুং নঙোন্দতগী মতেং নিজবি।" "তৌবিমল খঙবা অমসুং থাগৎনিংঙাই ওইবসু মপু মহাক্তনি।" অল্লাহদি অমত্তনি, উবসু ঙমদে অমসুং ইবুংঙো মহাক্তি কবিগুম্বা মওংগী পোৎশক অমত্তনসু মহুৎ শিনবা ঙমদে। মহাক্তনা মী খুদিংমক্কী মনাক যৌবা ঙমই, ঐখোয়না ফংলিবা মতেং অসি ইবুংঙো মঙোন্দগীনি অমসুং মহাক্তনি মতেং পীবা ঙম্বসু। "মুহম্মদ (স্ব) অসি অল্লাহ পাকনা থাবকপা অশেংবা বসুলনি" হায়বদি মুহম্মদ (স্ব) মী ওইনা পোক্রবসু অতোপ্পা মীচম ময়ামগা মান্নবা নত্তে। মীওইবা জাতিনা চৎনবিবা লমচৎ অমসুং আইন অসিগী মথক্তা ইবুংঙো মহাক্কী ফজবা আইন, অচুম্বা নিযম অদু ফোঙদোক্লনবা অল্লাহনা মহাকপু

থাবকপনি। হজবত মুহম্মদ (স্ব) না বসূলশিংগী মনুংদা ইবোই লোইবনি (খাতিমুন নবিয়িন), মহাক্কী মতুংদা অতোপ্পা বসুল অমত্তা লাকলবোই।

পুন্সি হাযবসি তাইবংদা হিংদুনা লৈবিঙেদা তৌখিবা অফবা অমসুং গুণ লৈবা থবক্কী মনা পীবিবা, নৎত্রগা তাইবংপান থাদোক্রবা মতুং (অল অখিবা) অচৌবা বিচাব নুম্বিৎতা (য়ৌমুদদিন) দণ্ডি ফংবা পূন্নমক অদুগী মহাও তংলুনবা থাবকপনি। তোইগুম্বসুং মী অমনা অতোপ্পা মওং অমদা ওম্ব্লোকপসি থোইনা লুদে, মহাক্না হিংলিঙে মতমদা অনীংবা ৱাখলগী মতুং ইন্না ফোঙদোকপা ঙম্মী। মিৎকুপ অদুদা মহাক্না তৌখিবা পাপ অমসুং অবানবা কযাদু নীংঙম্মক্তবা মতমদা লানখিবা কযা অল্লাহ্ পাকতা হায়জবদা শোযদনা কোকপীগনি।

নমাজ শোনবগী মওং মতৌ অমসুং মসিগী অশেংবা লমজিংনা অল্লাহ্বু মশক খঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল অদু পীরি। মপু মহাক্কী মীচং-মীখায় নাইদবা অমসুং মী খুদিংমকপু চপ মান্নবা যেংবা মিৎয়েং, অচুম্বা বিচাব অদু তশেংনা মীওইবা জাতিদা ফোঙদোক্নুনা খঙহল্লি। মীযাম তিনবদা লিংজেল মান্নবা, থকসি-খাসি নাইবা অমসুং পূকচেল শেংবগী অমত্তা ঙাইববা খ্বাইদগী মরু ওইবা অমদি নমাজ শোনবগী মওং অসিনা তাকই। মওংশিং অসিগী মনুংদা অনীদি নমাজ শোনবা (সলাট) অমসুং পৈশিন্দুনা থম্বা পোৎ-চৈগী জকাট লৌবা অসি হিজবী মশীং থীবা হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদনা চৎনবক্রবনি।

## ইসলাম ধর্ম্মনা তশেংনা পীবিবা জিহাদকী বা

মসি নিংশিংগদবনি মদুদি শক্তি শিজিন্নদুনা নৎত্রগা নম-হাদুনা কনাগুম্বা অমবু ইসলামদা চঙহন্নবা হাযবসি কুবআননা তশেং-তশেংনা য়াদে হাযনা থিংলি। মক্কাগী প্রজাশিংনা পাল্লিঙৈ মতমদা ইসলাম ধর্ম্ম শন্দোকপগী মওং অসি মবম চাবা দবখাষ্ট পীববা তুংদা শন্দোকপা য়াহল্লম্মী। মসি মুসলিম খুদিংমক্না খঙবা দবকাবনি মবমদি মখোযগী থবক মনিং-মখা তম্না তৌবকপদা অথিংবা থোবকপা, মখোয়গী শরুক মান্নবা ফংলক্তবা, খুদোংচাবা মাঙহল্লকপা পূন্নমক মতম চানা থিংহৌগদবনি। নন-মুসলিমশিংগী সমাজ অদু তোখাই তাবা সমাজনি, মখোয়গী ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক অদুসু মনিং তম্না তৌই, ফোঙদোক্লিংবা ৱাফম অদু অথিংবা লৈতনা ফোঙদোকপা য়াবম্মী। মথক্কী ৱাফম অনীসিনা মাঙথবকপা মতমদা তঙাইফদনা মফম খুদিংদা ইসলামগী অফবা পাউজেল শন্দোকপগী অয়ৌবী থাক অদু যৌবা ঙম্নগনি অমসুং মুসলিমশিংগী ফংফম থোকপা পূন্নমকসু ফংলগনি।

### মেঅবাজ

ইবুংঙোনা নবুবত ফংলকপগী চহী ১২ শুবকপা (থবনদি চহী মঙা শুবকপা হায়নসু পানবা য়াওবি) বজব থাগী ২৭ নি পানবগী অহিংদা হজবত জিববিল লাক্নুনা ইবুংঙোবু

মক্কাদগী জেরুসালেমদা পুখিরম্মী। মহাক্কা লাকপা মতমদা য়াঙবদা মপা লৈত্রবা বুবাক কৌবা শগোল অদু তোংদুনা লাকপনি। মফম অসিদা নবী পুন্নমক্কী থবায়শিংনা ইবুংঙোবু ওক্রম্মী। হজরত জিবরিলনা থোঙ শঙবা ইসমাইল কৌবা ফবিষ্টাহবু থোঙ হাংহনখি। য়েংবা য়াবমখৈ মথং-মথং যেংলগা মবোল তবেৎশুবা 'সিদবতুল মুনতহা' য়ৌবকখি। সিদবা হায়বদি বোবোই পাম্বীনি, অঙকপা অমসুনি অদুগা মুনতহা হায়বনা শুমখৈ, পম্খে হায়বনি। এবোপ্লেনগুম্না য়াঙবা 'বফবফ' কৌবা অপাইবা অমা তোংদুনা অমম্বা পর্দা ৭০ লান্দুনা চৎথ্রগা অশেংবা মপুগী সিংহাসন মমাঙদা লেপ্লম্মী। পর্দা অমগী নাকল নাকলদা লৈনবগা ইবুংঙোনা অল্লাহগা ৱাবী শান্নখি। নমাজ মতম ৫০ সু পীবিখি, অদুবু ইবুংঙোনা 'ঐগী উম্মত অশোনবনি' হায়না হন্না হন্না হঙ্গৎচবদগী নোংমগী মনুংদা মতম মঙাদা লেপ্লিবে। মতুংদা ইবুংঙোনা অল্লাহগী অশেংবা পাউ পুদুনা মক্কাদা হল্লকখি। মতমদু ফাওবা ইবুংঙোগী ফমুং মানা হিপ্লম্বগী শাবল্লি, পুনা (Hinges) হায়বল্লি, ৱজুগী ঈশিং চেম্বল্লি। মসিবু মুসলিম খুদিংনা ইবুংঙোনা মেঅবাজ চৎপা হায়না খঙনৈ।

মেঅবাজ চৎপগী খোঙচৎ অসি ইবুংঙো রসুলুল্লাহগা যান্না নক্লনা লোয়নখিবা মীওই ২২ অমসুং নুপী ৪ না খবগা হেন্না খঙলম্মী। মখোয়শিং অদুদি—

১। খলিফা উমর
২। খলিফা অলী
৩। ইবনে মসুদ
৪। ইবনে অববাস
৫। ইবনে উমবো
৬। ইবনে উমব উবাই
৭। ইবনে কঅব
৮। অবু হুটববা
৯। অনস
১০। জবিব
১১। ববীদাহ
১২। সমবাহ বিন জনদব
১৩। হুজৈফা বিন অল-য়মন
১৪। সদাদ বিন অউস
১৫। সুহৈব
১৬। মালিক বিন সসাহ
১৭। অবি অমামাহ
১৮। অবু অযুব
১৯। অবু হবাহ
২০। অবু জব
২১। অবু সয়ৈদ খুদ্রী
২২। অবু সুফয়ান বিন হবব অসিনচিংবনি।

অদুগা নুপী কাংলুপ্তনা খোঙচৎ অসিবু খবা হেন্না খঙহৌবদি— ১। হজবত আইসা, ২। অসমা বিন্ত অবি বকব, ৩। উম্মে হানি, ৪। উম্মে সলমা অসিনচিংবনি। খোঙচৎ অসিদা ইবুংঙোনা তোঙান-তোঙানবা থৌদোক ২৫ থেংনখি। মসি যান্না তেনবা মতমগী মনুংদা থোকখিবনি।

ইবুংঙোনা মেঅবাজ চৎপা খোঙচৎ অদু ইংশোক ৬২১ (সি ই ) দা থোকখি। অহিং অদু বসুলুল্লাহগী মখুবা অবু তালিবনা পোকপা উম্মে হানি (হিন্দ হায়নসু খঙনবা) গী

য়ুমদা লৈবম্মী। অল-ইসরা অমসুং অল-মেঅরাজগী খোঙচৎ অসি তশেং-তশেংনা হকচাং য়াওনা চৎপ্রা নৎত্রগা থবায় ওইনা পুখিব্রা হায়না মীয়াম্না উম্মে হানিদা হংখি। মখোয়না উম্মে হানিগী পাউদা নত্তনা আইসাদসু হংখি। চৎখিবা খোঙচৎ অদু ইবুংঙোগী হকচাং য়াওনা চৎপা নত্তে, থবায় ওইনা চৎলুবনি হায়না আইসানা পাউখুম পীখি। ইবুংঙোগী হকচাংদি ফমুংদগী মাঙখিবা লৈতে [19]। অদুম ওইনমক মী অয়াম্বনা খোঙচৎ অদু হকচাং য়াওনা চৎপনি হায়না লৌনৈ।

## ইসলামদা মচিন-মনাও ওইবগী মওং

অহানবদা বসুলনা মদিনাদা থুংলবগা মদিনাগী অশেংবা নাগরিক অনসার কাংবুগা মক্কাদগী খুল হোংলকপা মুহাজিরিন কাংবুগা অমত্তা ওইনা মচিন-মনাওগী মওংদা থবক তৌননবা পুনশিবিরম্মী। মযামদগী ইতোপ-তোপ্পা অববশিংগী মওং অমনা মখোয়না পোকমিন্নবা মরী-মতা অমসুং লুহোংবদগী ওইবকপা মরী-মতা নত্তনা অতৈবু মশক খঙলমদে। অদুম ওইনমক ইসলামদি তাইবং পানবদা লৈবিবা জাতি খুদিংমকপু নৎত্রগা লৈবাক খুদিংবু অমত্তা ওইনা পুনশিন্নকপা ঙম্বগী পাঙ্গল অদু লৈ। ইসলাম ধর্ম্মনা মবম ওইবগা মদিনাদা লৈবা লানদা হৈশিংলবা লান হৈবা জাতি অনীবু অমত্তা ওইনা পুনশিন্নম্মী অমসুং মক্কাদগী হোংলকপা মীওইশিংসু মখোয়গা নুংশিননা ইসলামবু যোকখৎলম্মী।

## য়হুদিশিংগা করার তৌনবা

মদিনাদা খুন্দাদুনা লৈবা য়হুদিশিংনা সহব অদু কোয়শিন্দুনা থম্নম্মী। মতাং অসিদা তৌগদবা মরুওইবা থবক্তি য়হুদিশিংবু ইসলামদা পুশিন্নক্নুনা বাজনীতিগী ওইবা মবী অমা লৈহনবনি মবমদি মুসলিমশিংনা খুল হোংলক্রবা মতুংদা মক্কাদা লৈহৌবা ধর্ম্ম থাজদবা কাংবু অদু তুমিন লৈবমগনি হায়বসি থাজবা ঙম্নমদে। ধর্ম্ম থাজদবা কাংবু অসিনা খন্নিবদি মুসলিমশিংনা মদিনাদা যান্না ফজনা শেমগৎ-শাগৎপা ওহৌব্রে। অদুনা অসিগুম্বা ইসলামগী সেন্টর ওইবিবা মদিনাবু মাঙ-তাকহন্নবা থৌবাং তৌবম্মী। মদিনাদা লৈবা য়হুদিশিংগা বাজনীতিগী মবী লৈনবা হায়বসি তৌদবা যাদ্রবা অমা ওইবম্মী। কবিগুম্বা মক্কা কাংবুগা লান তৌবা তাববদি য়হুদিশিংনা মক্কাগী মতেং পাংখিগনি। মবম অদুনা লোহিট সাগবগী মপান্দা খুন্দাবা কাংবু অমসুং মদিনাদা লৈবা কাংবুগা কবাব অমা তৌনবম্মী। জাতি খবনা মখোয় কন্নাগীসু মতেং পীবোই হায়বম্মী। অদুগা কাংবু খবদি মখোয় মুসলিমশিংগী মতেং পাংগনি হায়না যাবম্মী।

---

19 M H Haykal–The life of Muhammad (1995) P 140

## কিবলা মফম হোংবা

বৈতুল মুকদ্দস লৈত্রিঙৈ মমাঙদা বৈতুল্লাহ (কা'বা) শবিফতা কিবলা ওইবম্মী *। মুসলিমশিংনা নমাজ শোনবা মতমদা মখোয়গী মমায় বৈতুল মুকদ্দসতা ওনশিল্লম্মী। মতৌ অসিগুম্না যহুদিশিংসু মখোযনা লাইনীংবা মতমদা মুসলিমনা তৌবগুম্না মমায় চপ মান্ননা বৈতুল মুকদ্দসতা ওল্লম্মী। মসি হিজরীগী অনীশুবা চহী (খৃষ্টাব্দ ৬২৪ এ ডি) সাবান থাদনি। অল্লাহগী য়াথং অমগী মতুং ইন্না কিবলা অসি বৈতুল মুকদ্দসতগী কা'বাদা ওনখি। ইবুংঙোদি মতম অদু নমাজ শোন্দুনা লৈবম্মী। অদুবু য়াথং অদুগা ইবোয়ননা মমায় অদু কা'বাদা ওনখি। ইসলামগী ইতিহাসতা থৌদোক অসি য়াম্না মরু ওইবা অমা ওইখি। অল্লাহগী অশেংবা বাহৈনা থৌদোক অসিবু অসুম্না ফোঙদোক্রি, "ঐনা কা'বা অসি নখোয়গী কিবলা ওইনা শেম্লবনি।" অদুগা অসিমসু লাউথোক্লম্মী মদুদি মতম কুইনা য়হুদিশিংনা মখোয়গী থাজবদা লমজিংদুনা লাকপদু ঙসিদি লৌথোক্লবনি। মবমদি মখোয়না তৌফম থোকপা মথৌ নিয়ম চুম্না তৌদে অমসুং মসিগী মগুণ ঙাক্তে। মসিগী অচুম্বা নিয়ম তৌদবা য়াদ্রবা থৌদাং অদু মুসলিমশিংদা শিন্নবিবে। ❑

---

*কনাগী মতমদা করম্বা বৈতুল্লাহদগী বৈতুল মুকদ্দসতা কিবলা ওইখিবনো হায়বা কনানসু খঙকম্বা তৌদে। মসি হজরত সুলৈমানগী মতুংদো মহাক্কী তুংইনবশিংনা জেরুসালেমদা কিবলা ওইনা চৎনখিবগী মওং ওইনা তৌই।

মরীশুবা তাঙ্কক

# মরু ওইবা লানফম অমসুং থৌদোকশিং

## বদবগী লানফম

মক্কাদগী মদিনাদা যুম হোংখিবা মুসলিমশিংগী মপোৎ-মচৈ পুম্নমক মক্কাগী মীওইশিংনা মৎখিবগীদমক পুক্লিংদা নুংঙাইবমদে। নৌনা লাকপা মুসলিমশিংনা ফত্তবা থবক অসিগী নিন্দা তৌবম্মী অমসুং মখোয় মশেল থৌদোক অদুগীদমক লমন খুম্বা পাম্নম্মী। মখোযগী ফিভম অমসুং পাঙ্গল ফগৎলকপা অদুদা সাইবিযাদগী হল্লকপা মক্কাগী লম্লোনবা খুৎপুবু লম্বীদা অথিংবা পীগদৌবে খঙলকপদগী অবু সুফয়াননা কুরেইশশিংদা পাউ থাবম্মী। মুহম্মদ (স্ব) গী পাউ পুবা মীওই অনীদুগী মবম অল জুহনিয়াদা সুফযাননা হংবদা ফজনা পাউখুম ফংদবদগী মহাক্না শামদগী হল্লকপা লম্লোনবা খুৎপু অদুবু ঙাক-শেন্নবা মী থাবরুবা কুরেইশশিংদা লোৎনা হায়রুনবা দমদম অমব অল ঘিফাবিবু থাবম্মী। অবু সুফযাননা তাকপগী মতুং ইন্না মক্কা য়ৌশিল্লকপা মতমদা দমদম মশানা তোংলকপা উটকী মনা অনী ককথৎলম্মী। উটকী মনাতোন থুগাইবম্মী। মশানা ফন্নবা উটকী মনগন্দা থাবা শাবল মথক-মখা ওঙ্খোক্রম্মী। মশানা লিৎপা অচোনবা ফুবিৎ শেগাইবম্মী। অদুগা লাউব-লাউবদুনা উটকী মতুং ইল্লদুনা সহব মনুংদা চঙলক্রম্মী। মীযাম্না যাম্না ঙক্লা য়েংনবম্মী। অবু জহলনা পাউ অসি তাবদা শাউবনা ঙমখে নৈবমদে। মহাক্না মক্কাগী মীযামদা সুফযান অমসুং মহাক্কী কাংবুবু ঙাক-শেন্নবা হায়বম্মী।

মরু ওইনা হিজাজ অমসুং নোংচুপ থংবা অববিয়াদা চীংগী লম ওইনা তৌবনা তম্পাক অমসুং চীংলক্তা লম্বী ফাওদুনা চৎলি। লম্লোনবা খুৎপুনা তম্পাক্লা থবা ঙম্না নৈবা মফম যেংলগা লম্বী শেম্নম্মী। লম কোয়বা কাংবুগী যাম্না খুদোং চাদ্রিবসি চীংলম্বী অসিনি। চীং-তম অনীগী মবক্তা লম্বী কযামুক নৈবম্মী। বদবসু মসিগী মনুংদা অমনি।

বসুল (স্ব) গী মখুবা অববাসতি মদিনাগী খোঙচৎ অদু মুহম্মদ (স্ব) গা লোয়নখিদে। মহাক্তি লেঙদনা মক্কাদা নৈবম্মী অমসুং শেল-থুমগী চাউনা কাববাব তৌবম্মী। মক্কা অমসুং মসিগী অকোয়বদা মহাক্কী (অববাসকী) মরুপ-মপাং অমসুং মবী-মতা মবাং কায়না নৈবম্মী। মবম অদুনা মতম মতমগী ওইনা মুহম্মদ (স্ব) দা অফ-ফত্তগী পাউ পীবম্মী। হিজবীগী অনীশুবা চহী বমজান থাগী ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিৎ, নবেম্ববগী তাং ১৮

খৃঃ ৬২৩ দা [20] মক্কাগী লয়োনবশিংগী লুচিংবা অবু সুফয়াননা মদিনাদগী পংথাপ-থাপ্তনা লৈবা মুসলিম খুঙ্গং অমদা লান্দাবম্মী অমসুং মুসলিমশিংগী মথক্তা লান হৌবে হায়নসু মক্কাদা পাউ থাবম্মী। খুৎলাই পাযবা মক্কাগী লাম্মী চাওবাক্লা ৯৫০ বোম্না অবেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লকপনা মুসলিমশিংগী খুদোংচাবা অদু রাৎলম্মী। অদুবু লাক্রিবা খুদিংমক মশা-মশাগী অনীংবা অপাম্বদা থবক তৌরম্মী। মদিনাদগী মুসলিম লাম্মী ৩১৪ সু থুংলদুনা মুসলিমগী ফিভম খবা ফগৎলম্মী। অবু সুফযানসু মহাক্কী লাম্মীগা লোয়ননা অবোনবা লম্বীদা চঙলক্তুনা মক্কাদা থুংলম্মী অমসুং বদব কৌবা মফমদা মুসলিমশিংগা মক্কাগী মীওইশিংগা অকনবা লান শোক্লবম্মী। মতম খবা শোক্লববা মতুংদা মুসলিমশিংনা মখোয়গী লৈজবা খুৎলাই অমসুং মীশিং খবতনা য়াম্না হৈশিংনা লান অদু ঙম্লম্মী। লান অদুদা যেক্লবগী লাম্মী ৭০ অমসুং মুসলিম লাম্মী ১৩ শিখি [21]। লান ঙম্লবা মতুংসিদা মুসলিমশিংদা সমস্যা অনী থোক্লম্মী। লান্দা ফাবকপা বন্দীশিংবু লাযেংবা অমসুং লুটকী পোৎ-চৈশিং অমুক হন্না যেঙ্খোকপীবা। য়াম্না ওক্তবা মীওই খবদি মঙক ককথৎলম্মী অদুগা লান্দা ফাবকপা বন্দী খবনা মবৈবাক্তা হলহনখিবা নৎত্রগা মখোযদগী লোইপোৎ লৌবগা থাদোকপসু যাওবম্মী। মখোয়গী মবক্তগী খবনদি লোইপোৎ পীবগা মদিনাদা লৈবা অঙাংশিংবু লাইরিক-লাইগু




20 Carl Brockelmann–History of the Islamic People (1950) p 24
Roland E Miller– Muslim Friends (2000) p 114
- মথক্কী অহিথা অনীসিনদি বদরগী লান অসি খৃষ্টব্দ ৬২৪ এ ডি গী অক্তনবা শরুক্তা থোকখি হায়।
21 Mohd Hamidullah— The Battle fields of the Prophet Muhammed (1983) P 3

তম্বিনবসু হায়বম্মী। লান্দা ফাবকপা পোৎ-চৈ ময়ামদু শরুক মগ্তা থোকপগী অমদি নবীগী অমসুং দানগীদমক খাযদোক্তুনা থল্লম্মী অদুগা অরেম্বা অদুনা লানগুম্বশিংদা যেঙ্খোকপীবম্মী।

## বদবগী লান মতুংদা ওইরকপা ফল

বদবগী লান মতুংদা ধর্ম্মগী অমসুং বাজনীতিগী অহোংবা কয়া লাকখি। তশেংনমক মসি ইসলামগীদি চাওখৎপগী লম্বীদা যাম্না চাউনা মহৈ য়ানবা অমনি। কুবেইশ কাংবুনা ইসলামগী মাযোক্তা চীংজাওগুম্না লেপ্লম্বদু নোংম-নোংমগী হন্থবক্লম্মী। উটবা অমসুং অবু জহল শিগ্রবা মতুংদা কুবেইশ কাংবুগী লুচিংবা অবু সুফয়ানদা তাবকখি। কুবেইশ শাগৈগী শক্তি নোংম-নোংমগী মবাই চাইথবা হৌবকখি।

মদিনাদসু অব্দুল্লাহ ইবন উবাই সলুলবু ধর্ম্ম থাজদবা মীনি হায়না লাউথোক্লম্মী। মহাক্না ইসলামগী মাযোক্তা কবিগুম্বা খবা উৎননবা হোৎনবম্মী। মপুন্সি চুপ্না তাৎ তৌবা মীশক অমা ওইনা লৈখি অমসুং মসিদা শিখি। অববতা লৈবা জাতি কযামুক্না থোকলিবা থৌদোক-বাথোক অদুগী মবম খঙদোক্লবা কুপ্না শেন্নদুনা লৈবম্মী।

লানহৌবা কাংবুগী মবক্তসু বাখল-লৌশিং অমসুং চাওখৎপগী অনৌবা মঙাল অমা লাক্লম্মী। যহুদিশিংসু মুসলিমশিংগা যানবা অমা পুবক্তুনা ঈংনা তপ্না লৈবম্মী। অদুবু বদবদা মুসলিমনা ঙমখিবা লান অদুগীদমক থম্মোযদা নুংনোংবা অদুদি কোকপা ঙম্লমদে।

বসুল (স্ব) গী য়াথংদগী অব্দুল্লাহ ইবন জহাসনা লুচিংবা মীওই ১২ গী খুৎপু অমনা বতন নখলাহ (মক্কা অমসুং তাইফকী মবক্তা লৈবা লম) দা চৎলম্মী। বসুল (স্ব) না অব্দুল্লাহদা চিঠি অমা ইদুনা পীবম্মী। মদু নুমিৎ নীনিগী মতুংদা হাংদোকউ হায়না পাউতাক পীবম্মী। নুমিৎ নীনিগী মতুংদা চিঠি হাংদোক্তুনা পারুবদদি কুবেইশশিং শামদা লম্লোনবা চৎখিবদু মক্কাদা হল্লকপদা থিংননবা খঙহল্লম্মী। লম্লোনবা খুৎপু অদুনা পুবকপা পোৎ-চৈশিংদু চাওবাক্না ডিনাব ৫০,০০০/- গী ওইগনি [22]।

জহাসকী খুৎপুদা য়াওবা অব্দুল্লাহ অল-তমমিনা তেন কাপ্তুনা অমব ইবন অল হদ্রমিবু হাৎখি। হদ্রমি অসি অব্দুল্লাহ ইবন হদ্রমিগী মচানুপানি। কুবেইশশিংগী লুচিংবা মুঅবিয়াগী শুথাংনি। বসুল (স্ব) নদি হদ্রমিবু হাৎনবা পাউতাক পীখিবা লৈতে, চুম্নগী অথিংবা পীনবা হাযখিবনি। জহাসকী থৌওং অদুদা বসুল (স্ব) সু পেনখিদে।

হদ্রমি শিখিবগী তেংথা-নাওইবদি কুবেইশশিংগী মনুংদা লোইবা নাইবমদে। বদবগী লান মতুংদা মক্কাদা লৈবা মীওইশিংনা অবাবা ফোঙদোকপা লেপ্না লৈবমদে অমসুং মক্কাগী অঙাংশিংনা লমন খুন্নিংবগী বাখল মতম খুদিংদা লৈবম্মী। মসিদগী উহুদকী লান হৌবকখিবগী চাউববা মবম অমা ওইখি।

22 M H Haykal—The life of Muhammad (1995) p.217

বদবগী লানদা ফাবকপা পোৎ-চৈগী মনুংদগী অলীনা উট অনী ফংলম্মী। মতম অদু ফাওবদি য়ু থকপসি অথিংবা লৈবমদে। রসুল (স্ব) গী মখুবা হৃমজানা য়ু ভাওবগা উট অমগী পুকনোপ্তা থাঙনা য়াল্লগা ফিবাক অমসুং থম্মোয লৌথোক্লগা মৈদা লৌবম্মী। পাউ অসি বসুল (স্ব) না তাবগা য়াম্না শাউরম্মী। তৌবিবা থবক অদুনা কান্নবা কবিসু লৈবোই হাযবম্মী। বাফম অসি অল বুখাবীগী 'সহি'দা মবীক চুম্না পীরি [23]।

## ফতিমাগী লুহোংবা

মুহম্মদ (স্ব) গী ইতোন তোনবী মচানুপীদি ফতিমানি। অদুগা ইবুংঙোনা য়াম্না লুন-চান্না তৌজবী মচানি। ফতিমা মশাগী চহী ১৮ শুবক্রে। মমৌ ওইজনীংবা কাংবুনা হাযজ-চৎচবা মতমনি। অবু বকরনা ইহান হান্না মহাক্কী নুপী ওইনবা হায়জখি। অদুবু ইবুংঙোনা পাউখুম অমত্তা পীখিদে। মদুগী মহুত্তা অল্লাহনা শীনবা মহাক্কী মবাইবক্তা তম্বা অমা লাকচনি হাযনা লৈখি। মথংদা উমবনা মহাক্কী নুপী ওইজগে হায়খি। মদুসু মমাঙদা পীখিবা পাউখুমগা চপ মান্নবা পীখি। মসিদা নত্তনা ফতিমাবু মমৌ ওইনীংবা মীওই য়াম্না লাকখি। অদুম ওইনমক পূন্নমক অবেম্বা ওইখি।

মতম খবগী তুংদা অলীনা হায়জবকখি। ইবুংঙোনা মশাগী কবি বাখল লৈবগে হায়না ফতিমাদা হংখি। ফতিমা বাফম অসিগা মরী লৈননা কবিসু খুমখিদে। মহাক্কা তুমিন লৈখিবসিনা যাবে হায়না ইবুংঙোনা লৌখি। মথংদা ইবুংঙোনা অলীদা মহব কয়া পীগনি হংখি। অলী কবিসু খুমখিদে। বদবগী লানদা ফংলকপা পোৎ-চৈ, সনা-লুপা অদুগী মবমদা ইবুংঙোনা হংখি। খুমদবা য়াদবা মতাং ওইবনা লোয়না লৈ হাযনা অলীনা খুমখি। মদুনা অদুম যাবনি হাযনা ইবুংঙোনা খুমখি।

লানদা শীজন্নবা ফুবিৎ 'হক্কন' অসি মমল য়াম্না তাঙলমগনি হাযনা পাবিবিবা খুদিংমক্লা খল্লমগনি। অশেংবমক্তি হাযবিবা ফুবিৎ অসিদি শুপ্নতগী লুপা ১২৫ খক্তা পী [24]। মসিগীসু মথক্তা অলীগী যুমগী লন-থুম অদুদা যাওবিবশিংদি— যাওগী মউন অমা অদুগা অবিবা যমনগী ফুবিৎ সিট অমা অসিনি। মথক্কী পোৎ-চৈশিং অসি অলীনা ফতিমাদা খুৎশিন্নবম্মী। ইবুংঙোনা ফতিমাবু কৌথোক্লম্মী। ফতিমা ইকাইবগা লোযননা য়াম্না হৈনিং দনা থোক্লকলম্মী। ইবুংঙোনা হাযবম্মী— "ঐনা ঐগী ইচানুপী যাম্না ফম্বা ইমুং অমদা লুহোংবীববনি।" অলী অমসুং ফতিমা লুহোংখিবদু খৃষ্টাব্দ ৬২৩-৬২৪ এ ডি অমসুং হিজরী অনীশুবা চহী জিলহিজ্জহ থাদনি। ইবুংঙোনা মচানুপীগী লুহোংবা অদুদা খাংপোকশঙ অমা, শউনগী কাম্বা অমা, ঈশিং হাপ্নবা শউনগী খাও অমা অউনপোৎ ওইনা পীবিখি [25]।

23 Shibli Nu'mani–Sirat-un-Nabi Vol I, (1983) p 155
24 Shibli Nu mani–Sirat-un-Nabi Vol II p 55
25 Ibid ---- p. 56

## উহুদকী লানফম

মক্কাগী প্রজাশিংনা বদরগী লানফমদা মায়থীখিবা অদুদা মখোয়গী লুচিংবা অবু সুফযাননা হিজরী অহুমশুবা চহীদা মুসলিমশিংগী মথক্তা লান্দানবা শেম-শারম্মী। অমরোমদা বদরগী লানফমদা মুসলিমশিংনা ফাখিবা লক্লোনবগী গাড়ীশিংদু হঞ্জিন্নবা কন্না হোৎনবম্মী। য়াম্না থুনা লানগীদমক শেম-শাবে হায়বসি মদিনাদা পাউ য়ৌবক্লম্মী। বসুল অমসুং মহাক্কী অগুম-অথৌশিংনা য়েক্লবশিংবু পাউতাক পীবগা খামজিনবা নৎত্রগা সহরগী মপান্দা থোক্লগা লাম্ণ্ণেংনবনা ফববা হাযবদু খন্নবম্মী। অব্দুল্লাহ্ বিন উবাই কৌবা মুনাফিক (তাৎ তৌবা, অফবা মালহনবা হাযবদি ইসলামনা লাউথোকপা নৎত্রগা ফোঙদোকপা রা অদু থবায় যাওদবা) অমনা মদিনাদগী মপান থোকখিদনবা হাযবম্মী। বসুল মশামকসু রাফম অদুদা য়াবম্মী। মীযাম্না পান্নবদু ঙাক্লবা ইবুংঙোনা য়েক্লবশিংগা উনন্নবা মপান্দা থোক্লম্মী। খোঙচৎ অদুদা অব্দুল্লাহ্ বিন উবাই অমসুং অতোপ্পা মহাক্কী মীওইশিংনা খন্নবম্মী। মুসলিম লাম্মী শকক অহুম থোকপগী অমদি কিবদগী চেনখ্রে অমসুং মখোয়গী (মুহম্মদকী কাংবুগী) রা লৌদ্রে। অদুম ওইনমক লৈহৌবিবা মুসলিম লাম্মী ৭০০ না নীংহন্নবা লৈতনা মক্কাগী লাম্মী ৩০০০ গা উহুদ কৌবা চীংখোঙদা লাম্ণ্ণেংনবম্মী। লান অসি শৌবাল থাগী ৭ নি পানবা, হিজরী অহুমশুবা অদুগা খৃষ্টাব্দ ৬২৪ ডিসেম্বর ২৪, নিংথৌকাবা নুমিৎতা থোকখিবা লানফম অসিদা যেক্লবগী লাম্মী ২২ অমসুং মুসলিম লাম্মী ৭০ শিখি[26] । মুসলিম ৪০ অশোক অপন নংখি। লানফম অসিদা রহশিনা বসুলগী মখুবা হমজাবু হাৎখি।

মুসলিমশিংনা চীংজাওগী নাকল ওইবপ্পা লৈবম্মী। য়েক্লবশিংনা লাক্লদবা লম্বীদা নবীনা লীরুং তেনদা হৈশিংলবা মীওই খবরু য়াম্না চেকশিন্না ঙাক-শেলহল্লম্মী। লীরুং পাযবশিংনা হৈশিংবদগী অমসুং মথৌ মশক খঙবদগী লান অদু মুসলিমশিংনা মায় পাক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মুসলিমশিংনা লান ঙম্লে, যেক্লবা হনখ্রে হাযনা নুংঙাইথোকপদগী লীরুং পাযবা লাম্মীশিংনা ঙাক-শেনবগী থবক খবা কোমথোক্লম্মী।

লানফমদগী হন্দোবকপা মক্কাগী লাম্মীশিংনা মুসলিম লাম্মীশিংগী চেকশিন্দবা মতৌদু উবদগী ইথা-থাজদনা খুদোংচাবা লৌদুনা তুংলোমদগী ফুজিল্লকখি। খুদক্তা লৈবম্বা মুসলিমগী লানশঙ পুন্নমক তুম্না থুগাইখি অমসুং মুসলিমশিংনা মায পাকলুববা লানফম অদু য়াম্না থিনা মাযথীবা ফংখি। মতাং অমদা মুহম্মদ (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) মশামকপুসু হাৎখ্রে হাযনবম্মী। মসিগী নুংঙাইতবনা মুসলিম খুদিংমক্কী অরাবা, থম্মোয শোকপা রাখল লাইনা ওইখি। অদুতসু নত্তনা লান্দা মাঙখিবা পোৎ-চৈ অমত্তা হঞ্জিনবা

26 Mohd Hamidullah–The Battle fields of the Prophet Muhammad (1983) p 3 & 43,
Carl Brockelmann-History of the Islamic People (1950) p 24,
Roland E Miller Muslim Friends (2000) p 114 মথক্কী অইবা অনীসিগী মতুং ইমদি উহুদগী লান অসি খৃষ্টাব্দ ৬২৫ এ ডি দা থোকখি হায়।

ঙম্নবোই হায়নস্ খনখি। অশেংবমক্তি মুহম্মদ (স্ব) চৈনাখোলনা বাহুরুবনি। মহাক্কী হাযবা ইনবা কর্মচারীশিংনা য়ান্না থুনা লাম্মী তেঙ্গোল অমা শেন্নম্মী। ইবুংঙোনা নাবা খবা ফরকপগা অফবা খোল্লাও কয়া লাউবদুনা অমুক নৌনা চঙশিল্লম্মী। মমৈথংদা মুসলিমশিংনা মখোয় মশেল অমগা অমগা পূনশিন্নবা ঙন্নম্মী অদুবু মখোযনা মাঙ-তাকপা য়াবা থবকশিংদি তৌবমদে। লানফম অদু মুসলিমশিংনা মপূং ফানা মায় পাকপা ঙমখিদে।

মক্কাগী লাম্মীশিংনা উহুদকী লানফম থাদোকথ্রবা মতুংদা ইহান হান্না মুহম্মদ (স্ব) না মদিনা সহব কবন্না কনগদগে খল্লম্মী। মক্কাগী মীওইশিংনা অমুক মদিনাদা লান্দারকখিগদ্রা খঙদোক্লবা মখোয়না মী খবা মক্কাদা লোৎনা থাবম্মী। মক্কাগী মীওইশিংদি শুপ্নতগী মক্কাদা লান্দাবা কাংবু অদুতবু ঙাকথোকপনি হায়বা পাউ অর্সি পূদুনা মীহুৎশিং হল্লক্রম্মী। মবম অদুনা মুসলিমশিংসু মদিনাদা হল্লম্মী। অদুম ওইনমক মুহম্মদ (স্ব) দি থবক অসিদা লাইথোকপা তৌবমদে। মবম অদুনা নোংঙাল্লগা লৈহৌবা মুসলিম লাম্মীশিংদা অমুক হন্না লান হৌনবা য়াথং পীবম্মী। মক্কাগী প্রজাশিংনা উহুদকী লান্দা মায় পাকখিবগী মতুংদসু অমুক হন্না খুদোংচাবা লৌনবগীদমকসু হোৎনবমদে। অদুনা মখোয়গী অশোযবদু খঙলকপা মতমদা শোয়দনা মদিনাদা লান্দাবক্কনি হাযবা উবম্মী। অসিগুম্বা খুদোংথিবা কয়াসি থোক্তনবা মহাক্না মতম চানা ঙাকথোক্লবা হোৎনবম্মী। ইবুংঙোনা মদিনাদগী থোবক্রগা মক্কাগী লাম্মীশিংগা লাম্বেংনবম্মী। মক্কাগী লাম্মীশিংনা মদিনা থাদোক্তুনা চৎথ্রবদা মখোয়না খন্নবম্মী—মুসলিমশিংবু অমুক্তদা লোইশিনবা য়াবা য়ান্না চাউববা খুদোংচাবা অমা নাম্বোকখ্রে হায়না। মখোযনা মদিনাদা হল্লক্রগা কবিগুম্বা খবসু তৌবা ঙমগনি খল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মখোযনা তাঙনা ফংবা মতমনি খন্দুনা হল্লকপদা মুহম্মদ (স্ব) না মখোয়দগী হান্না খুমাঙ চাওশিন্না লৈখ্রে হায়বসি য়েক্লবশিংনা খঙলম্মী। লান অসিদা মক্কাগী প্রজাশিংনা মখোয়গী মক্কা সহব মাঙখিদনবা হায়না বা খন্নবা হৌবম্মী। খুদোংথিবা অদু লানথ্রবদা মুসলিমশিংনা মায় পাকপগা লোয়ননা বাখল নুংঙাইনা মদিনাদা হনখিবম্মী।

উহুদকী লানফম অসিনা মুসলিমশিংগী মফমদা য়ান্না কান্নবা পাডা অমা ওইহল্লি।

অহানবা—লীরুং পাযবা লাম্মীশিংনা মখোয়গী তৌফম থোকপা থবক কোমথোক্রবদগী মায়থীখিবা অমসুং ইকাই খুন্নবা ফজনা ঙাকখিদবা।

অনীশুবা—মুসলিমশিংনা লুনা-চান্না খঙ্গবা ইবুংঙো মহাক শিবে হাযনা তাবা অবানবা পাউ। তুংদা থোরক্কদবা থৌদোক্তা মুসলিম অমনা মায পাকপা হায়বসি থোইদোকপা মীওই হায়বদি মহাক বসুল অমা ওইববসু মায় পাকপা হায়বদুদি অল্লাহগী মতেংদগীনি।

অবোইবদা—ফিদমনিংঙাই ওইবা থৌনা অমসুং মুসলিমশিংগী তৌফম থোকপা মশাগী মথৌ মশক খঙবা, মক্কাগী মীওইশিংগী মিংচৎ তাবকপা পূন্নমক থাগৎ-বাহৈনা কুবআনদা ইদুনা লৈ।

## উহুদ লানগী মতুং

উহুদ লান মতুংদা অবু সুফয়াননা উহুদকী লান অদু ঙব্রে হায়না নুংঙাইবগা লোয়ননা মক্কাদা হল্লক্রম্মী। বদবগী লানদা কুবেইশশিংনা ইকাইবা নংখিবদু কোক্রে হায়না অবু সুফয়াননা হবাওবগী ঙমখৈ লৈবমদে। ময়ুমদা চঙবগী মহুত্তা কা'বাদা লাক্তুনা মখোয়গী লাই "হুবল" খুরুম্লম্মী। মুহম্মদ (স্ব)বু মায়থীবা পীদ্রিবা ফাওবা মহাক্না মকোই ককলোই, মহাক্কী নুপীগী মনাক্তা চঙলোই হায়না বাশক্রম্মী। অদুম ওইনমক মহাক্কী অনীংবদু উহুদ লান অসিদা নীং বা থুংলম্মী। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা মুসলিমশিংসু হবাও-নুংঙাইনা অমসুং বাখল পেন্থোক্লা নুমিৎ হমনিদি লৈবম্মী। লান অদুগী অঙনবা শরুক্তা মুসলিমনা যাম্না লাকচখি হায়বসি কনানসু খঙলমদে। মদিনাদা লৈবা মীওইশিংনো ইচম-চম্না মুসলিমশিংবু মতেং পাঙলম্বা অদু মুহম্মদ (স্ব) গী লৈবাক ঙাকপদা হৈশিংবা, তৌবকপা খুদিং মায পাকপা অসি উবগা মখোয় হেন্না কিখি অমসুং কবিসু তৌবা ঙম্নমদে। মুহম্মদ (স্ব)সু হেন্না চেকশিল্লম্মী। মুসলিমশিংগী মপাঙ্গল হেন্না ফগৎনবা কন্না হোৎনবম্মী।

অহানবা পাউ ওইনা মুহম্মদ (স্ব) না তাবা ফংখিবদি বনু অসদ কাংলুপকী লুচিংবো খুৱায়লিদকী মচানুপা তুলায়াহ অমসুং সলামাহনা লুচিংদুনা মদিনাদা লান্দগদৌরে হায়বসিনি। উহুদকী লান্দা মুসলিমশিংগী ফিভম শোকখিবা অমসুং ইকাইবা নংখিবদুনা মবম ওইবগা মুসলিমশিংগী মপাঙ্গল হন্থবে হায়না মখোয়না লৌবম্মী। বসুলনা পাউ অসি ফংবগা তপথবা তৌদনা লান হৈবা মীওই ১৫০ গী লুচিংবা ওইনা অবু সলামাহ ইবন অব্দ-অল অসদ ওইনা হাপ্লম্মী। লাম্মী ১৫০ গী মনুংদা অবু উবাইদা ইবন অল জববাহ, সা'দ ইবন অবু বক্কস অমসুং উসঅইদ ইবন হুদৈয়ব য়াওবম্মী। লান অদুগীদমক অহিংদা খোঙশান্নবা অমসুং মীযাম্না তোয়না চৎতবা লম্বীদা চৎননবা মুহম্মদ (স্ব) না মীযামদা পাউতাক পীবম্মী। অবু সলামাহনা মদুমক তৌবম্মী অমসুং য়েক্লবগী লাম্মীশিং অদু লানগীদমক শেম-শাদুনা লৈবা উবমদে। নোংঙাল্লমদাইদা যেক্লবশিংগী মথক্তা লান্দাবম্মী। য়েক্লবগী লাম্মীশিং কায়দুনা চেন্নবম্মী। মমৈদা মুসলিমনা মায পাকপা হায়বদু ওইবম্মী। য়েক্লবদগী ফাবকপা পোৎ-চৈশিং মখোয়না য়েন্নবম্মী। খ্বাইদগী লাইবক থীবদি উহুদগী লান্দা শোকখিবা অবু সলামাহ অনাবা ফগৎপা ঙমদনা শিখি।

## অল-রজীগী লান (খৃষ্টাব্দ ৬২৫ এ ডি)

মদিনাদা লৈবা উপজাতি অমনা মুহম্মদ (স্ব) দা হায়বম্মী— "নহাক্না লোয়নবা মীওই খবা ঐখোয়দা পীয়ু, মদুনা ইসলামগী নিয়ম-নীতি অমসুং কুবআন নিংথিনা তম্নবা।" মহৌশানা মীনবু হায়রববদি হবাও-হবাও য়াগনবা বসুলনা মীওই তরুক ইসলামগী ফজবা

পাউতাক অদু তস্বীরুন্নবা থাবম্মী। হিজাজগী মনুংদা লৈবা অল-বজীদা লৈবিঙে হুজৈল উপজাতিশিংনা মখোয় তরুকপু ফাজিনখি। মখোয় য়েরুবগী মখুৎতা তাবে হায়বা খণ্ডলম্মী। মখোয লান শোরুবগীদমক শেম-শাবম্মী। হুজৈল উপজাতিশিংনা হায়বম্মী— "নখোয়বু হাৎপা হায়বসি ঐখোয়গী অপাম্বা নত্তে। অদুবু মক্কাগী মীওইশিংদা নখোয় লোয়না লানদা ফাবকপা মীওইনি হায়না যোৎহোক্লগনি। নখোয়না পায়বা থাঙশাঙশিং থম্মু। ঐখোয়না বাশক্লিবনি মদুদি ঐখোয নখোযবু যোৎহোক্লোই।" মখোয তরুকমক অমনা অমদা যেংনবম্মী। হুজৈলগী বাফমদু মখোয়না য়ানিংলমদে। মখোয় হুজৈল কাংবুগা খৎন-চৈনব তৌবম্মী। মদুনা মবম ওইবগা মীওই অহুম শিখি। অব্দুল্লাহ ইবন তালিব খৎনবদা য়াওবম্মী। মহাক্না পায়বা থাঙশাঙ মখোযনা মুল্লম্মী। মহাকসু হাত্তোকখি। লৈহৌবিবা মখোয অনীদি হুজৈলনা মক্কাদা পুবকখি অমসুং যোৎহোক্লম্মী। সফবান ইবন উমৈয়ানা মপা উমৈয়া ইবন খলাফ হাৎখিবগী লমন খুম্নবা জৈদ ইবন অল-দসিনাবু শেল পীদুনা লৈবম্মী অমসুং মহাক্কী মীনাই নসতাসতা হাৎলুবো হায়না শিন্নবম্মী। নসতাসনা মহাক্কী গুরুগী য়াথং ইনবগা লোযননা জৈদপু হাত্তোক্লম্মী। মখোয় তরুক হাৎখিবগী পাউ মুহম্মদ (স্ব) অমসুং মুসলিম প্রজাশিংনা তাবদা য়াম্না নুংঙাইবমদে।

## য়হুদিশিংগী ফত্তবা বাখল

যেরুবগী মখুত্তগী মদিনা কন্নবা হোৎনবদা য়হুদিশিংগা লৌমিন্নবা থৌদাং অমসুং মখোয়গী অফবা বাখল লেঙদনা থম্নবা বসুলনা থবায য়াওনা হোৎনবম্মী। থোকলিবা থৌদোক অসিগী মবমদা বসুলনা সহবদা থুংলবগা কাংবু অনীগী মবক্তা যানবা অমা পুবক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং বসুলগী পাঙ্গল কনখৎলকপা, মীশিং হেল্লকপা উবদা য়হুদিশিংনা কন্নক-যেংথিবা অমসুং মকপ ওইবম্বদু তোক্লিংলম্মী। ঔস অমসুং খজবাজ অনীসি মমাঙঙৈদগী হৌনা যেংথিনদুনা লাক্লবনি। মতম অয়াম্বদা মখোয়না পুনশিন্নবা আশা তৌবম্মী। মুহম্মদনা (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) ইহান হান্না মদিনা সহবদা লাকপা মতমদগী হৌনা মখোযগী (ঔস অমসুং খজবাজ) নীংবা কায়বা, অবাবা, খুদোংচাদবা কয়া মাঙজৌননা উত্নবনি। থোইদোক-হেন্দোক্লা মুসলিমশিংনা বদবগী লানফমদা মায় পাকখিবদু উবদা য়হুদিশিংনা লাম্বেংননিংবগী বাখল লৈবম্মী। মদুগী লীচিংনা কাংবু অনী মীযাম মমাঙদা খুৎথোক্লখি। মুসলিমশিংগী মবাইবক ফবা অমসুং উহুদকী লানফমদা মায় পাকখিবা অদুদগী হৌবদুনা যহুদিশিংনা মখোয়গী পুক্লিং নুংঙাইথোকপা ভল্লমদে। মতাং অমদা মখোয়না বসুলগী পুক্সিবু মফম মবাং খণ্ডহন্দনা লোয়শিন্নবসু শীল্লম্মী। য়হুদিশিংনা ফত্তবা কয়া তৌরকপগীদমক বসুলনা মখোয়গী মথক্তা অকন্নবা থবক কয়া লৌখৎলম্মী। যহুদিশিংনা লানশঙ শাদুনা লৈববসু মুসলিমশিংনা তৌবা শেল চঙদবা মওংগী থবকশিং, লাম্মীদা পীবা পাউতাকশিং

অদুগুন্না মখোয়না তৌবা ঙন্নমদে। মথং-মথং ওইনা য়হুদিশিংনা জাতি কযামুক থোক্না খায়দোক্লুনা মদিনাদগী থোকখিবম্মী। খ্বাইদগী খুৎকন্ন পাঙ্গনবা জাতি অদুনা অববিয়াগী অৱাং থংবদা লৈবা খৈববদা খুন্দাদুনা লৈখি।

## য়ু থকপা থিংখিবা

বসূলগী পুন্সি ৱাবী ইবা কাংবুনা য়ু কবম্বা মতমদা থিংখিবনো হায়বগী মতাংদা যানদবা ৱাফম কয়ামুক থোবকখি। অইবা খবনা হায়বিবনা হিজরীগী মবীশুবা চহীদা থোকখি হায়। অদুবু অযাম্বনদি হদৈবিয়াগী য়ানবা পুবকপা মতম অদুদা থোকখিবনি হায়। য়ু থিংখিবা অসিমক্তি সমাজগী অমসুং ধর্ম্মগী মিৎয়েংদা যান্না ফবা অমনি। মুহম্মদ (স্ব) না নবুৱত ফংলবা মতুং চহী ২০ মুক্তি য়ুগী মতাংদা কবিগুম্বা অমত্তা কুবআনদা পন্দে। হাযবিবা চহী ২০ গী মনুং অসিদা মুসলিমশিংসু য়ু থক্লম্মী। য়ু থিংখিবসি মতম অমদতা ওইখিদে। মসি মুখৎনবা হোৎনবদা মতম কুইনা চঙখি। উমব ইবন অল খত্তাবনা য়ু থকপা অমসুং জ্বাব শান্নবগী মবমদা য়ান্না চেকশিন্না য়েংশিল্লম্মী। মহাক্না মতম খুদিংদা য়ু থিংননবা মপুদা দুবা তৌবম্মী। কুবআনগী আযত অমনা য়ু থকপা তোক্লবা মীওইবদা খঙহল্লবসু য়ু হৈনবী লৈববা মুসলিমশিংনা লেপ্পা লৈবমদে। মখোযগী মনুংদগী খবদি য়ু থকচিল্লগা ভাব তাবা তাদবা খঙদনা নমাজ শোনবা যাওবম্মী। অববশিংনা হাযনবা প্রমাণ অমদি— "য়ুনা মবম ওইবগা মীওই অদুগী ৱাখল অমসুং শেল লোইশিল্লি।"

## খন্দককী লান

উহুদগী লান মতুংদা অচৌবা অহুমশুবা লানফমদি খন্দকী লাননি। মসি হিজবীগী মঙাশুবা চহী শৌৱাল থাদা মূর্ত্তি লাৎপা অববশিংগা মুসলিমশিংগা অনীগী মবক্তা শোক্লখিবা লানফমনি। মসি অঙকপা লানফম অমা ওইখি। লান অসি চাওবাক্না থা অমবোম শোক্লখি। লানফম অসি খৃষ্টাব্দ ৬২৭ এ ডি, জনুৱাবী থাগী তাং ৩ দগী ২৪ ফাওবা শোক্লখি। লানফম অসিদা থাঙখুমদগী থাঙশাঙ অনীদগী হেন্না শৎখিদে, তেঙ্গ্রে অনীদগী হেন্না কাপখিদে। মী শিখিবগী চাংসু যান্না হস্থখি। নাকল অনীগী অশিবা মীওই তবাদগী হেনখিদে। অদুম ওইনমক লানফম অসিনা যান্না চাউববা পাডা অমা কুবেইশ শাগৈদা তস্বীবল্লে। মসিনা মতম খুদিংদা মখোয়দা কাউবা ঙমদ্রবা থৌদোক অমা ওইহৌবে।

লান অসি নাকল অনীমক্কী কাংলুপ্না মায় পাকলে হাযনা লাউথোকপা ঙন্নখিদে। মতম খবগী তুংদা অজাল অমসুং কাজা কাংলুপকী মীওইশিংনা লাক্লুনা হজবত মুহম্মদ (স্ব) দা হায়জবগা ইসলামদা চঙখি। ইসলামগী ৱাব্ম, পাউতাক, মখোযগী জাতি কাংলুপ্তা শন্দোক্লবা মীওই খবা থাবিনবা হাযজখি। বসূলনা মীওই তরুক খম্লগা মখোয়গা চৎমিন্নবা

হায়জবম্মী। অদুবু লম্বী তশ্বায় চল্লকপদা হুজৈল কাংলুপকী মতেং লৌবগা মখোয়না হায়রিবা মীওইশিং অদু ফু-চৈবা তৌদুনা মীওই মবী হাংখি অদুগা অনী ফাবগা মক্কাদা লৈবা কুবেইশশিংদা শিন্নবম্মী।

মসিগী মখা তাবা ওইনা অমুক হন্না মুসলিমশিংনা অৱাবা মায়োক্নখি। বনি অম্রিবগী লুচিংবনা হজরত ইবুংঙোদা মীওই ৪০ ইসলাম শন্দোক্নবা থাবিবক্সবা হায়জবদু ইবুংঙোনা যাবিখি। হায়বিবা মীওইশিংসি য়াম্না মওং তাদনা হাত্তোকখি। মদুদা বনি সলিমগী কাংবুসু যাওবম্মী। অমরোমদা বনি-অল-নজীবগী য়হুদিশিংনা লোৎনা মুহম্মদ (স্ব) বু হাৎনবা শাবৌ শীল্লম্মী। তৌবকপা থৌবাং পূন্নমক অবেম্বা তাহন্দুনা মুহম্মদ (স্ব) না য়াম্না থৌনা লৈনা যহুদিশিংদা নুমিৎ তবানিগী মনুংদা মদিনা থাদোক্তুনা চৎখিনবা চে পীবম্মী। অদুগা মসিমসু হায়বম্মী মদুদি কবিশুম্বা মখোয়না লোৎতুনা মদিনাদা লৈবা থেংনববদি অক্নবা চৈবাক পীগনি। শক্তি লৈববা জাতি কাংলুপ অসিদা চে পীবা হাযবসি অবাইবা অমা ওইবমদে। অদুবু মুহম্মদ (স্ব) না থবক অদু তুং-মাঙ যেংলগা লৌশৎখিবা থবক্নি।

মদিনাদা অব্দুল্লাহ বিন উবাই কৌবা মুনাফিক অমনা লমজিংদুনা মুসলিমশিংনা লান্দা শোকহল্লবা যেক্সবা কাংবু অদুগী মীচঙ চঙ্দুনা লৌশিং অমসুং থৌনা পীবম্মী। মদিনা থাদোক্সবা মুসলিমশিংনা পীশিনখিবা চে অদু থৌওইনা লৌদনবা মহাক্না হায়বম্মী অমসুং লান অসিগীদমক মুসলিমশিংদা মবাল শীবম্মী। মুহম্মদ (স্ব) গা সন্ধি তৌনদুনা লৈবিবা মদিনাগী যহুদিশিংসু লান অসিগীদমক অবোনবা শক্তম লৌদুনা মুসলিমশিংগী মথক্তা লান্দানবা শেম-শাবম্মী।

যহুদিশিংগী তৌবক্নিবা থৌবাং অসিদগী হান্ননা মখোয়বু মদিনা থাদোক্সবা চে পীখ্রবনি। অবোনবা থৌবাং অসিগীদমক মখোযবু মদিনাদগী তাম্থোকখি। অদুম ওইনমক মদিনাদগী তাম্থোকখ্রবা যহুদিশিংনা তুমিন লৈথোক্রমগনি হায়বসি ওইথোক্তবনি। অদুগা মখোযনা মুহম্মদ (স্ব) বু নমথনবা হোৎনবদসু হৈশিংবা হেঙ্গৎলম্মী। মক্কাদা লৈবা কুবেইশ শাগৈ অমসুং মক ওইবা গতাফন শাগৈ অনীনা পূনশিল্লগা অমত্তা ওইনা কাংলুপ অমা শেন্নম্মী। হিজবীগী মঙাশুবা চহীদা পূনশিল্লবা কাংলুপ অহুমনা মদিনাদা চঙশিল্লম্মী।

মতম অদু মুসলিমশিংগী যাম্না খুদোংচাদবা অৱাবা হাযবদু ওইবম্মী। ইবুংঙোনা অৱাবা কয়াবু তুংওইনবগা মহাক্কী লেপকদবা ৱাখল অমদা চুমদ্রিং লেপ্পম্মী। অদুগা ইবুংঙোগী তুংইনবশিংনসু অচেৎপা ৱাখলগা লোযননা শৌগৎলম্মী। মসিমক্না ইবুংঙোনা যেক্সবগী খুজিল থৌবাং নমহত্তুনা মায় পাকপা অমসুং থৌনা ফবগী মিংচৎ পূবকপা ঙমখিবনি।

কুবেইশ শাগৈগী লুচিংবশিংনা মখোয়গী অশোনবদু য়েংশিনখি অমসুং মদু মপুং ফানা মাঙহন্নবা খন্নবম্মী। কুবেইশশিংনা নুংঙাইতবা পাউ অসি য়হুদিশিংগী লুচিংবা বনি কুবেজাদা তম্নুনবা মীওই খবা থাবম্মী। অববশিংগা অমত্তা ওইনা পূনশিল্লবদি মুসলিমশিংবু মাযথীবা

পীবা ঙমগনি অমসুং মরু ফংনা মাঙহনবদা অবোইবা মায় পাকপা হায়বদু ওইগনি হায়না বনি কুবেজাদা পাউ পীবম্মী। নুমিৎ অমা লেপথোক্রগা মদুগী মতুং ইন্না মুসলিমশিংগী মথক্তা লান তৌবা হায়না লেপ্লবম্মী।

কুবেইশশিং অমসুং য়হুদিশিংগী অবোনবা থবক অদু রসুলুল্লাহনা খঙদ-উদবা নত্তে। ইবুংঙোনা তৌবা ঙম্বগী শক্তি অদুদি যামদে অদুবু অল্লাহদা থাজবদুদি মতম খুদিংদা কাউথোক্তে। কুবেইশশিংনা খল্লিবদি মখোয়গী থৌবাং অসি ইবুংঙোগা লোয়নবশিংনা খঙলম্লগনি, মদুনা মখোয়গী থম্মোয় শোকপা, নীংহন্নবা হায়বদু ওইগনি। মখোয় মশেল অমগা অমগা রাখল মোত মান্নবক্তবদগী মমৈদা মুহম্মদ (স্ব) বু থাদোক্লবা তৌবক্তনি। মরু ওইনা অনসাবশিংনা মখোযগী য়েক্লবা কুবেইশতা চঙজবক্তনি অমসুং মুহম্মদ (স্ব) না মক্কাদা খুন্দাবিবা মুসলিমশিংবু কুবেইশ শাগৈদা শিন্নবক্তনি হায়না মখোয়না থাজবম্মী।

মফম মবাং খঙদবা লান অসি ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা মুহম্মদ (স্ব) না সলমন পাবসী কৌবা লাম্মী অমগী পাউতাক লৌদুনা মখোযনা মদিনাগী অকোয়বদা খোংবাল চাউনা তৌবম্মী। নুমিৎ খবনিদি লানহৌবা লাম্মীশিংনা খোংবালগী নাক-য়েৎতা লৈনবগা লান শোক্লবম্মী। মদিনা সহবদা লৈবা য়হুদিশিংনা লমজিংদুনা য়েক্লবশিংগা লোযননা অবোনবা লম্বীদা চঙলক্তুনা মুসলিমশিংগী খুৎলাই লৌশিনখিবম্মী। খুদোংথিবদু মপুং ফাবে, মুসলিমশিংনা হনবা নৈতনা য়েক্লবশিংগা লাম্ছেংনবা হৌবম্মী। মতমদুদা নু'আইম ইবন মসউদ কৌবা নুপা অমনা ইবুংঙোদা লান অসিগী পোবম মহাক অমুক্তা য়াৎচগে হঙ্গৎখি। নু'আইমগী লানগী পোবম অদু মবম চায হায়না ইবুংঙোনা যাবিখি। নু'আইম মশাগী রাখন্দতা মুসলিম ওইবম্মী। অদুগা তশেংনা মীয়াম মমাঙদা মুসলিম ওইরে হায়নদি লাউথোক্লমদে। অসিগুম্বা খুদোংচাবসি ফংবগা মহাক্লা মদিনাদা লৈবা ইবুংঙোগী য়েক্লবা যহুদিশিংদা চঙদুনা হায়বম্মী— নখোযনা মুহম্মদ (স্ব) গা খ্বাইদগী হেন্না নক্লবা হাযবদু থোক্লে। মুসলিমশিংনা লান্দা মায় পাক্তুনা খোংবালগী নাকন্দা লৈবম্বা লাম্মী পূন্নমক কায়দুনা চেনখ্রে। মুহম্মদ (স্ব) গী মীনুংশি চাউবা, থৌজাল হৈবা মিৎয়েংনা নখোয মদিনাগী যহুদিশিংতমক ঙাযবে কনবিবিবা। মক্কাগী প্রজা অমসুং খৈববগী য়হুদিশিংনা মখোযবু থাদোকলোই হায়না রাশকখিবদুগীদমক মখোযদগী নখোয়না লোইপোৎ তানগদবনি। মখোয় মশেল চবাংনদুনা লৈবিঙেদা নু'আইমনা খোংবাল রাংমদা লৈবা কাংলুপ অনী পূনশিল্লবা লাম্মী মবক্তা অমুক চঙলক্রম্মী। মহাক্লা মখোয়গী লুচিংবদা হায়রম্মী— মদিনাগী য়হুদিশিংনা মখোয়গী রাখল হোংখ্রে। মখোয মুসলিম নাগবিকশিংগা অমত্তা ওইনা পূনশিনখ্রে অমসুং মখোয়না মুহম্মদ (স্ব) বু অশেংবা হৌনা খঙবা অচুম্বা বিচাব তৌবা মীনি হায়না যাখ্রে। মখোয়না লান্দা মাঙখিবা পোৎ-চৈগী লোইপোৎ নখোয়দা তাল্লকপা য়াই অদুগা মুসলিমশিংদা লোইপোৎ পীবা অসিমকসু অফবা থবক নত্তে। নোংঙাল্লগা মদিনাগী য়হুদিশিংনা পূনশিল্লবা কাংলুপ

অনীদা লোইপোৎ পীনবা হায়বম্মী। নু'আইমনা মক্কা অমসুং খৈববগী লাম্মী লুচিংবশিংদা তাৎ তৌবম্বনি খণ্ডলকপদগী মখোয়না লোইপোৎ অদু পীদনবা থিংলম্মী। অসিগুম্বা মচেৎ তাবা ৱাখল অসিনা লান হৌবা লাম্মীশিংগী পুক্নিং হুন্থহল্লম্মী, অসিতসু নত্তনা য়াম্না তমথিববা নোংলৈ-নুংশিৎ অমা লাক্কুনা লানহৌবা লাম্মীশিংদু মফম খণ্ডহনখিদে। নুংশিৎ নেমলবা তুংদদি মখোয মযুমদা হন্নবা পোৎ-চৈ লোইশিন্দুনা মশা-মশাগী ঊটতা পোৎ হাপ্পা হৌবম্মী। মতৌ অসুম্না মুসলিমশিংনা খুদোংথিবা অকিবগী মশক ওইববা লান্দগী মশাবু কন্নজবা ঙম্নম্মী। লান্দাবা লাম্মীশিং হনখ্রবদা মুসলিমশিংনা মদিনাগী য়হুদিশিংগী লুচিংবা, মখোযনা বনি কুবেজা হায়না কৌবা লৌনম্বা, থাজবা মাঙহনবা অমবু ওইদবা থবক তৌবগী দণ্ডি পীবম্মী।

## অল-হুদৈবিযাগী সন্ধি

হৌজিক্তি মীপুম খুদিংনা অমসুং মক্কাগী মীওই খুদিংনা মুহম্মদকী (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) ফিভম অসি মদিনাদা হান্না লৈবম্বদগী হৌজিক্কা হেন্না ফগৎলে হাযবসি খঙনবক্তে। মক্কাদা অচম্বা সভাযাত্রা অমা চত্তুনা ওইবক্রিবা ফিভম অদু থোইনা হেন্না মবা চেৎশিন্নবা অমসুং ইবুংঙোগী তুংইনবশিংবু লমচৎ ব্যবহাব ফজহনবদু ইবুংঙোনা পান্নম্মী। হিজবীগী তক্কশুবা চহীদা মপান লমদগী কা'বাদা হজ্জ লাকপা মী খুদিংদা মুহম্মদ (স্ব) না মহাক্কী অনীংবদু মযেক শেংনা ফোঙদোক্রম্মী। ইবুংঙোগী অচেৎপা অনীংবদু মীপুম খুদিংনা লান্না লৌখিদনবসু হোৎনবম্মী অদুগা মক্কাদগী হল্লকপা মীওইশিংদসু ইবুংঙোগী শিষ্যশিংনা অমুক হন্না মহাক্কী অনীংবা অপাম্বদু ফোঙদোকখি। মুসলিমশিংনা শন্দোকপা অশেংবা পাউজেল অফবা মপুগী পাউতাক অদু মক্কাগী প্রজাশিংনা লান্না লৌবমদে। মুসলিমশিংনা সহব অদুগী অঙম্বগী যাথং যাওদনা মক্কাদা চঙলকপা তাববদি তুংদা লাক্কদবা অবব পুন্নমক ইজ্জৎ মাঙবা তাবে হাযবসি মখোয়না খঙলম্মী। মবম অদুনা মুহম্মদকা (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) লোযননা হজ্জ চৎমিন্নবা কাংবুশিং মক্কাদা চঙবা শুকযা য়াবোই হায়না মক্কাদগী ইথাপ-থাপ্তনা লৈবা অল-হুদৈবিযা কৌবা মফমদা থিংলম্মী। মমৈথংদা দুত কয়ামুক থাদোক-থাজিন তৌনববা তুংদা কাংলুপ অনীগী মবক্তা যানবা অমা পুবক্রম্মী। সন্ধি অসি খৃষ্টাব্দ ৬২৮ এ ডি (৬ শুবা হিজবী) দা তৌনখি। অশম্বা ৱাবোলশিংদি মখাদা পীজবি।

(ক) হজ্জ লোইবগা মুহম্মদ (স্ব) চহীসিদা মদিনাদা হনখিগদবনি অদুগা মথং চহীদসু ইবুংঙোনা মক্কাদা হজ্জ লাকপা মতমদা মক্কাগী প্রজাশিংনা য়েৎ-খোৎপা পীবোইদবনি।

(খ) চহী তবাগী মনুংদা কাংলুপ অনীগী মবক্তা লান লৈবোইদবনি (শোক্লবোইদবনি)।

(গ) কবিগুম্বা কুরেইশ শাগৈদগী কনাগুম্বনা মপা মমাগী ৱা তাদনা মুহম্মদ (স্ব) দা

চঙজবক্লবদি ইবুংঙোনা মদু অমুক কুবেইশতা হলহনগদবনি। তৌইগুম্বসুং কুবেইশ অদুনা মীচেনশিং অদুবু হায়বিবা লম্বী অসিদা অমুক মুহম্মদ (স্ব) গী মনাক্তা হলহল্লোইদবনি। অদুগা অবোইবদা—

(ঘ) মী খুদিংমক্তা কুবেইশশিংগা নৎত্রবসু মুহম্মদ (স্ব) গা চঙথোক-চঙশিন তৌনবদা অথিংবা পীবোইদবনি।

মক্কাগী মীচম প্রজাশিংনা সন্ধি অসিদা হবাওবম্বী অমসুং মুহম্মদনা (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) মখোযগী চৎনবীদা হঞ্জিল্লক্লে হায়না খল্লম্মী। মতৌ অদুগুম্না মুসলিমশিংনসু হজবতনা চৎনবী থাদোক্তুনা চোপ্পীংঙাই ওইবা থবক তৌবে হায়না খন্নবা হৌবম্মী। মতুংদদি মুহম্মদ (স্ব) অমসুং মহাক্কী ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংলুপকী "অশেংবা মায় পাকপা" হায়না আযত ওইনা কুবআন্দা লাকই। হজবতনা মক্কাগী মীচম প্রজাশিংগা যানবা খবা পুবকপসিদা হীবম খুদিংদা খুদোংচাবা কান্নবা অমসুং তোংজবা ফংলম্মী হায়বসি তুংদা থোবকপা থৌদোক অমসুং ইতিহাসনা শাক্কিনি। মক্কাগী মীওইশিংনা চহী তবাগী সন্ধি অসিদা মখোযগী লল্লোন-ইতিক্কী চৎথোক-চৎশিন তৌবা গাড়ী মক্কাদগী সাইবিযা চৎপদা অপনবা লৈববোই হায়না নীংলম্মী। অদুম ওইনমক মতম অদুদা ইবুংঙোগী ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংবুশিং, বাজনীতিবালাশিং অমসুং লান্মীবু হীবম খুদিংদা মনীং তন্না থাদোক্রমগদ্রা? অকোনবগী বাফম অসি মক্কাগী কুবেইশ শাগেগা ইবুংঙোগী কাংবুগা যানহনবা তাই। ইসলাম ধর্ম্ম অসিনা তাকপা বা ইন্দবা মীচেনশিংবু মুহম্মদ (স্ব) না কিবমদে। অদুগা ধর্ম্ম অসিবু য়ানীংবা তৌইগুম্বসুং মমা-মপাবুদি কিবদগী চঙবা ঙমদবা মী খুদিংদা, ইবুংঙোনা হাযবদা নোংমদি শোয়দনা যাবক্কনি হায়বসি বসুলনা থাজবম্মী। অল হুদৈবিযাদা ভাংনখিবা বাফমশিংদা মুসলিমশিংনা মুহম্মদ (স্ব) বু থাজবা, মখোয়না ইসলামদা থবায লুপ্পা উবদা কুবেইশ শাগেগী মীহুৎশিংগী পুক্লিংদসু ইসলামগী মমি তাখি। মথং চহীগী হজ্জ চৎপদা মুহম্মদ (স্ব) না মহাক্কী পাক-চাউনা শন্দোক্রিবা খোঙথাং, বাখল অদুগী মহৈ ফজনা ফংখি। মযুম-মকৈ লৈজদ্রবা মশাগী সহব থাদোক্তুনা চহী তবেৎ কোয়চেন চেন্দুনা লৈকব্ববা কাংবুশিংবু মক্কাগী প্রজাশিংনা মমৈদদি যাম্না কিখি। লাইববা অশোনবশিংগা নকশিন্নবা অমসুং মচোই মচোই তাববা জাতিশিংগা পুনশিন্নবদা মুহম্মদনা (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) খুদোংচাবা অমসু ফংলম্মী।

## খৈবব জয় তৌবা

মথক্কী সন্ধি অসিগী মতুং ইন্না মক্কাগী প্রজাশিংগা অকরুম্বা মতম খবগী লান লেপ্নবিঙে মবকসিদা মুহম্মদ (স্ব) বু পামদবা য়েংথিগনবা খৈববগী য়হুদিশিংদা কবিগুম্বা খবা তম্মীনবা মতম ফংলম্মী। হুদৈবিযাগী সন্ধি মতুংদা হিজবীগী ৭ শুবা চহীদা খৈবব জয় তৌনবগী বা

খন্নবম্মী। মাঙ- তাক্লবা তৌবা কাংবুশিং অদু থিংনবা অমসুং লান অসিগীদমক লাম্মী ১,৭০০ থাবম্মী। মদিনাদা লৈবা তাৎ তৌবা কাংবুনা বাফম অসি খৈববদা লৈবা মীওইশিংদা লোৎনা খঙহল্লম্মী। খৈববদা লৈবা মীয়ামনা য়াম্না থুনা লানবল মঙা শাবম্মী। মদুগী মনুংদা অহুমদি লোইশিনবা ঙম্লম্মী। নোংমদি বসুলনা মীয়ামদা লাউথোক্লম্মী মদুদি কনাগুম্বনা অল্লাহ অমসুং মহাক্কী পাউ পুবা মীবু মকপ ওইনা ঙাক-শেনবিববদি মীশক অদুদা ফিবাল অমা খুৎশিন্নগনি হায়বম্মী। সহাবী খুদিংমক্লা যাম্না ঙক্লা লাইবক ফবা মীশক অদু কনা ওইগদগে খন্নবম্মী। মথংগী নুমিৎতা সহাবী খুদিংমক্লা মখুত্তা খুলাই পায়দুনা কেম্পতা চৎলম্মী। বসুলনা হজবত অলী (ব অ) গী মবমদা থিজিল্লম্মী। চিববা তাঞ্জা অসিদা অলী (ব অ) না থবক অসি পাঙথোকপা ঙম্লোই হায়না সহাবা অমনা মুহম্মদ (স্ব) দা হঙ্গৎলম্মী। হজবত অলী (ব অ) বু কৌব্দনবা মুহম্মদ (স্ব) না সলমা বিন অকু-দা হায়বম্মী। ইবুংঙো বসুলুল্লাহনা চাংযেং অমা তৌববা মতুংদা অলী (ব অ) দা ইসলামগী ফিবাল অদু খুৎশিন্নবম্মী অমসুং লান অদুগীদমক মায় পাক্লবা অল্লাহদা দুবা তৌবম্মী। হজবত অলী (ব অ) গী খুৎতা ইসলাম থাজদবশিংদু শিগ্রবা মতুংদা যেমন অমসুং সাইবিযাদা মুক্লা শান্নবদা মমিং চৎলবা যহুদি মুক্লা শান্নবোই মেরহাবকা থেঙ্গাইনবম্মী। হজবত অলী (ব অ) যাম্না শাওবম্মী




খৈববগী মেপ

**Mr K.S Twitchell (Bvram connecticut U S A) না ১৯৪২ দা য়েক্লম্বা খৈবরগী মওং**

অমসুং মেবহাবকী মকোক্তা য়াম্না কন্না ফুজিল্লম্মী। মদুদা তুং থংবা শরুক্তা য়াম্না থীনা শোকখি।

ওইথোক্লবোইদবা মানবা থবক কয়া অলী (ব অ) না তৌরম্মী। শগোল তোংদুনা লাক্লগা অলী (ব অ) না লানবলগী থোঙজাউ হাংদোক্লম্মী অমসুং রাখল শেরাম্নব্রবা মীওইশিং অদু হাত্তোক্লম্মী। খাঙবা ঙম্নক্লদুনা লানবলদা লৈবম্বা মীওইশিং অদু অলী (ব অ) দা চঙজবম্মী অমসুং শান্তি থম্নবা হায়জবম্মী। মখোয়গী লৈজবা খুৎলাইশিং অদু মুসলিমশিংদা শিন্নবম্মী। চান-থক্লবা য়াওনা লাম্মী খুদিংদা উট অমমম পীগনি হায়না যাবম্মী। অসুম্না লান অদু লোয়শিল্লম্মী। নিয়ম নাইদবা, অকায়বা থবক তৌবা মখোয় খুদিংমক য়াম্না চাউনা দণ্ডি ফংলম্মী। অসুম্না খৃষ্টাব্দ ৬২৯ এ ডি দা খৈবব জয় তৌখি।

## নিংথৌ পানবা মপান লৈবাকশিংদা ধর্ম্ম শন্দোকপা কাংলুপশিং থাবা

অতোপ্পা যাম্না চাউবা থবক অমনা ইবুংঙোনা অল-হুদৈবিয়াদগী হল্লকপগা ইসলাম ধর্ম্মবু অরবকী মফম খুদিং শন্দোক্লবা হোৎনবতা নত্তনা মপানগী লমশিংদসু শন্দোক্লবা হোৎনবম্মী। মসিগা মরী লৈননা ইবুংঙোনা বোম, পাবস্য, দমস্কস অমসুং অবিসিনিয়াদা চিঠি কয়ামুক ইবম্মী। অদুগা অমত্তা ঙাইববা অশেংবা ধর্ম্ম অসিবু লৌশিন্নবা বার্ত্তোনসু তৌবম্মী। মতমদুগী খ্বাইদগী খুৎকন-পাঙ্গনবা লৈবাক্তি পাবস্য অমসুং বোমনি। মখোযসু অববশিংগা যুমলোন্নবা লৈবাক ঙাক্তনি। অদুম ওইনমক মখোয মবাই চাইথবকপগী চাউববা খুদম কয়া উবা ফংলম্মী। অববশিংগী অশোনবা, মখোযগী মহৌশাগী খুৎশেমদা লনথুম মবাং কাইনা লৈতবগী খুদোংথিবা, সবকাব ফজনা চলাইবা ঙমদবা, শেমগৎ-শাগৎতবা অমসুং চাওখৎপা ৱাৎপনা শক্তি লৈবা পাবস্য অমসুং বোমবুদি অববশিংনা নমহৎপদা ৱানা থোক্লম্মী। মবম অদুনা অববশিংগী মথক্তগী ইসলাম ধর্ম্ম অসিবু লৌবিনবা পীবকপা বার্ত্তোন অদু মখোযনা থৌশাদনা চন্না খল্লম্বদু ইসলামগীদি শক্তি পাযবা চাউববা বাজনীতিগী মফম অমা ওইববে। মুহম্মদনা (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) থাবকপা পাউ অদু পাবস্যগী নিংথৌনা যানিংদনা তুক্কচনা খল্লম্মী। অদুবু ইবুংঙোদি পাবস্যগী নিংথৌনা হাযবকপা ৱাফম অদুগীদমক ৱাখল হম্বা নুংঙাইতবা তৌরুদে। নুংঙাইতবদি বোম নিংথৌদা থাখিবা পাউমী অমা অববকী লুচিংবনা সাইবিযাগী লমদা হাত্তোকখি। বসূলনা পাউসি তাবগা সাইবিযাগী লমদা চৎতুনা থাখিবা মীশিংগী মথবায় কন্ননবা, শান্তি লৈনবা হোৎনবম্মী।

## মুতাগী লান

মুতা হাযবা মফম অসি সাইবিয়াগী মনুং চনবা বলকা লমদমদা লৈ। অবব লৈবাক্তা শিজিন্নবা থাঙশাঙশিং মফম অসিদা শাবা ঙাক্তনি।

হজ্রবত মুহম্মদ (স্ব) না বসবা (ইবাক্কী মনুংদা লৈবা লম) দা লৈবা নিংথৌদা চিঠি অমা ইবম্মী। মতম অদুদা সাইবিয়া অমসুং অববিয়াগী তাইনবা ঙমখৈদা মনিং তম্না লৈবা অবব লুচিংবেশিংগী মনুংদা সবাহবিল ইবন অমবসু বলকা লমদমগী লুচিংবা অমা ওইনা হেবাক্লেউসকী মখাদা লৈরম্মী। হেবাক্লেউস মতম অদুগী মমিং য়াম্না চৎপা বোমগী নিংথৌনি। বসূল (স্ব) না ইখিবা চিঠি অদু হবিশ ইবন উমইবনা পুবম্মী, অদুবু সুবাহবিলনা হবিশপু হাৎখি। হবিশপু হাৎখিবা অসিদা লমন খুন্নিংবগী বাখলগা লোয়ননা বসুল্না লাম্মী লিশিং অহুম সাইবিয়াদা থাবম্মী। মীনাই ওইবম্বদগী কোকথোপীববা জৈদ ইবন হবিশপু ইবুংঙোনা লাম্মীশিং অদুগী লমজিংবা হাপ্লম্মী। কবিগুস্বা জৈদনা শিখিবা থোক্লগনা জফব তযাবনা মহুৎ শিন্ননবা পাউতাক পীবম্মী। লান অসিদা কবিগুস্বা জফব তযাব শিখিবা থোক্লবদি অব্দুল্লাহ ইবন বৱাহবু লাম্মীশিংগী মহুৎ শিলহৌনবা খঙহল্লম্মী।

জফব তযাব অসি অলী (ব অ) গী পোকমিন্নবা মচিন-মনাওনি। অব্দুল্লাহ ইবন বৱাহ বসুলগা যাম্না লোযনখিবা কবি অমনি অমসুং অনসাব কাংবুগী শকনাইবা মীশক অমসুনি। জফব অমসুং অব্দুল্লাহ ইবন বৱাহ লৈন-লৈনা মীনাই ওইবম্বদগী কোথোকপীববা জৈদপু লমচিংবা হাপখিবদু মীযাম্না মুকম মুরুম শোন্নখি। অদুম ওইনমক মান্নবা লিংজেল অমা পুবক্কে হায়ববদি কখোকপা অমসু চঙই। মতুং তাবকপদা মুহাজিব কাংবুসু লান অসিদা যাওননবা বসুলনা যাথং পীরম্মী। জৈদ ইবন হবিশকী মচানুপা উসমাননা কাংবু অসি লুচিং লম্মী, অদুবু মহাক্না লুচিংবদু যাম্না লুনা থোকখি।

খোঙচৎ অদুগী চপ চাবা পান্দমদি থোকখিবা থৌদাক অদুগী লমন খুম্বনি। ইসলামগী ঈ-পাউ শন্দোকপা অমসুং চাওখৎনবা শিল-লাংবা মফম (mission) অদুদা লাম্মী ঙন্নমক পুল্লম্মী। অহানবদা যেক্লবশিংদু ইসলামদা চঙজবক্লবা খঙহল্লম্মী। বাফম অসিদা মখোয়না যাববদি লান শোক্লবগী মবম লৈবমদে। ইকাই-খুম্নবা অমসুং মীনুংশি উৎপা ওইনা হবিশ ইবন উমইরনা মশাগী মথৌ পাংথোকপদা থবায থাখিবা মফম অদুদা মুসলিম পুন্নমক চৎলম্মী।

লাম্মীশিংনা মদিনাদগী খোঙশানবা হৌখিবগা লোয়ননা অৱোনবা পাউ পুবা কাংক্লুনা সুবাহবিলদা পাউ পীবম্মী। বলকাগী মনুং চনবা লম মাঅবতা অববকী জাতি কয়ামুক্লা পুনশিল্লবা লাম্মীশিংগা লোয়ননা হিবাক্লেউসনা লান্দানবগী শেম-শাদুনা লৈবম্মী। মীথিৎ অদু উবগা জৈদনা বসুলদা খঙহনগে নীংলম্মী অমসুং ইবুংঙো মহাক্কী য়াথং তাবা পাম্লম্মী। অদুবু অব্দুল্লাহ ইবন বৱাহনা পাম্বনা লান ঙম্বা নত্তে, মখোযগী পান্দমদি মবৈবাক নীংবা মদুগীদমক মথৱায থাবা, খুদোংথিবদগী ঙাকথোকপা অদুনি। মদুদি মফম অমদা হেক্তা ওইবা যাই। যেক্লবগী লাম্মী লিশিং-লিশিং লৈবা মফম অদুদা ইবুংঙোগী লাম্মীশিং চঙশিনবা হৌবম্মী।

জৈদ য়েক্লবগী তানা থিনবদগী য়াম্না থিনা শোক্তুনা শিখি। জফবনা ইসলামগী ফিবাল

পুদুনা অমুক লমজিংলম্মী। জফম্বসু থৌনা ফনা লানফমদা শিখি। অব্দুল্লাহ ইবন ববাহসু চপ মান্নবা মওং অসিদা শিখি। মতুংদা খলিদনা অমুক লাম্মীগী লুচিংবা ওইখি। মদিনাদগী লাকপা লাম্মীশিংসু লানফমদা নৌনা থুংলববদা মীযাম্না হবাওনা ওকখি অমসুং লান্দা য়াওশিনখি। মুহম্মদ (স্ব) না ফিভম অদু উবদা থম্মোয শোক্লা নুংঙাইখিদে। বসুলনা লুনা তৌজবা জফম্বনা লৈখিদবদা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইখিদে। জফম্বগী ইমুং-মনুংগীদমক খনবদা বসুলনা থম্মোয় শোক্লা মসজিদতা মথন্তা ফমদুনা লৈখি।

লান অসি কনানা ঙমখি হায়বগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা মোত লৈনৈ। খবনা হায় মুসলিমনা ঙমখি। কাংবু অমনা হায়—মুসলিমগী লাম্মী যামদবনা অতোপ্পা কাংলুপনা ঙমখি। অহুমশুবা কাংবু অমনা হায়বদনা তশেংনা মুসলিমনা অকরুবা মফম খবদা ঙমখি হাযনসু মোত পীনৈ।

## মক্কা জয় তৌবা

মসি নিংশিংবা যাই মদুদি অল-হুদৈবিযাগী সন্ধিনা প্রজা লিশিং কযা মশা মশানা য়াওনিংবা কাংলুপ্তা যাওবা যাহল্লম্মী হাযবদি কুবেইশ শাগৈদা নৎত্রগা মুহম্মদ (স্ব) গী কাংলুপ্তা যাওবা যাবগী অধিকাব অদু ফংলম্মী। অধিকাব অসি ফংলবা কাংলুপ অনীনা অতোপ্পা য়েংথিনদুনা লৈবিবা কাংলুপ অনীদা যাওনবা হোৎনবম্মী। বনি বকবনা কুবেইশ শাগৈদা চঙজফম নীবম্মী। অদুগা বনি খুজাঅনা মুহম্মদ (স্ব) গী কাংলুপতা চঙলকখি। বনি খুজাঅনা মুহম্মদকী (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) লৈফমদগী থাপ্না মক্কাদা লৈখিবসিদা বনি বকবনা খল্লম্মী— মখোযনা মমাঙঙৈগী যেক্লবশিংবু কিবদগী মযুমদা হঞ্জিনবা যানবা মুহম্মদতা চঙজফম নীবম্বনি। মখোযনা খুজাঅগী মথক্তা লান্দবক্রুম্মী অমসুং যাম্না তমথিবা মওংদা ওৎ-নৈবম্মী। মসি তশেংনা লানফম অমা হাযবদু ওইবে মবমদি বনি বকবনা কুবেইশ শাগৈদগী খুৎলাই অমসুং লাম্মী ফংলম্মী। বনি খুজাঅনা খুদক্তা ঙম্বমখৈ মুহম্মদতা (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) থোকলিবা থৌদোকশিং খঙহল্লুনবা অমসুং বনি বকবনা মখোযগী য়েক্লবা কুবেইশকা পুনশিন্নখ্রে তম্মুনবা মীহুৎ থাবম্মী। কুবেইশ কাংবুনা অমুকসু থোকলিবা বাফম অসি শাজিন্নবনি হাযনা শন্দোকখি অমসুং ওইদবা ভাংবগী দণ্ডি পীগদবনি হাযবম্মী।

চহী তবাগী সন্ধি অদু শুবক্রবদা মখোযনা মুহম্মদ (স্ব) বু হবাওহন্দুনা অমুক মতম শাংদোকহন্নবা মদিনাদা বাফম অসি পুথোকলুনবা মীহুৎ থাবম্মী। ইবুংঙোনা বাশক হোংনিংদবদগী কুবেইশশিংনা পুখৎলকপা বাফমদু মুহম্মদ (স্ব) না যাবমদে। মহাক্কী অনীংবা বাখল অদু যাম্না চেকশিন্না মীঙোন্দা খঙহন্দনা থবক ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনবম্মী। মতম ইকুই-কুইদনা মুহম্মদ (স্ব ) না লাম্মী ১০,০০০ পুদুনা মদিনাদগী মক্কাদা থুংলখি। কুবেইশ শাগৈগী লুচিংবা অবু সুফয়ানবু ফাদুনা বন্দি ওইনা ইবুংঙোগী মাঙদা পুবক্রম্মী।

নিংজিং-মাঙজিংননা লৈবম্বদগী তুংদা মহাকসু ইসলামদা চংজবে হায়না য়াবম্মী। মহাক্না মক্কাগী প্রজাশিংদা মুহম্মদ (স্ব) গী লান্মী চঙলকপা থিংবসি কান্নদবা ৱানি হায়বম্মী। মরম অদুনা মুসলিমশিংনা মক্কাগী লমজাও শোবোক (লম্বী) চৎপদা থিংবিনবা ক্নাসু লৈবমদে। ইসলামদা চঙজবকপা মীওইশিংদু চাওখৎপা অমসুং ইনাকখুনবা ইমুং-মনুংগী মীওই ওাক্তা ওইরম্মী। বসুলনা মখোয়দা অসিগুম্বা মমি খবা তাহনবা ফৈ খন্দুনা হায়খি— "মী খুদিংমক আদমগী মচা-মশু ওাক্তনি, অদুগা আদমসু লৈখোমদগী শেম্বনি।" মীওইববু ওাকপীবা থৌজাল হৈবা মপু অমা লৈ হায়বসি মী খুদিংদা খঙহল্লম্মী। অদুগা কা'বাগী অকোইবদা লৈবা মূর্ত্তিশিং অমসুং মূর্ত্তি পূজা তৌবশিংসু মুথৎলম্মী। অসুন্না হিজবীগী ৮ শুবা চহী বমজান থা, খৃষ্টাব্দ ৬৩০ ইংদা মক্কা জয় তৌখি।

## হুনৈনগী লানফম

মক্কাগী প্রজাশিংগী মবাই চাইথখ্রবা তুংদা ইসলামগী মায়োক্তা লৈবম্বা মীওইশিংসু ফিভম শেম্নম্মী। তাইফকী লুচিংবা বনি থাকিফতি নাচুংদনা লৈথোক্রম্মী। লান পাম্বা হৱাজিন কাংবুনা লান্দাবক্তুনা মক্কা অমসুং তাইফকী মবক্তা লৈবা লমশিং লৌশিনখি। মক্কানা মবাই চাইথখিবদি জাতি অনী অসিনা মরু ওইনা যৈথায-থিঙ্গাই থোকহনখিবদগীনি। মখোযগী ধর্ম্মদা খুদোংথিবা কয়া উবম্মী অমসুং মদু চৎপদা মখোয়গী পুন্সিদা অৱাবা ওইবম্মী। খুদোংথিবসি কোক্রবা মখোযনা লান্মী কাংলুপ কয়ামুক শেম্নম্মী। লান্মীশিংদু মক্কাদা লাক্তুনা হুনৈন তম্পাক্তা কেম্প শাবম্মী। হুনৈন তম্পাক মক্কা অমসুং তাইফ অনীগী মবক্তা লৈ। মসি অবফাটতগী শুপ্নগী মাইল অহুমদমক লাপ্নম্মী। মফম অসিবু অউতস হাযবগসু খঙনৈ। তম্পাকসিদা চঙবা য়াবা লান্মী অমখক্তমক লৈবম্মী। তেঞ্জৈ পাযবা লান্মীশিংনা লম্বীদুদা চঙলকপা যেক্নবগী লান্মীশিং লোৎনা যেংলম্মী।

য়েক্নবশিংনা হেঞ্জিল্লকপসি থিংনবা ইবুংঙোনা লান্মী ১২,০০০ পুদুনা চৎলম্মী। ইবুংঙোনা পুবা লান্মীগী মনুংদা মসিনা খ্বাইদগী হেন্না যাম্বা লান্মীনি। লান্মীশিংদু যেংলগা মুসলিমশিংনদি মায পাক্কনি খল্লম্মী। নুমিদাংৱাইবমদা মুসলিমশিংনা তম্পাক অদু যৌবক্রম্মী অমসুং অহিংদু মফমদুদা কেম্প শাবগা লেক্রম্মী। অযুক অঙনবদা মুসলিম লান্মীশিং অমুক চৎপা হৌবম্মী। খোঙচৎ অদু ইবুংঙোনা লমজিংলম্মী। মুসলিমশিংনা অখুবা চীং লম্বীদু লাম্থোকলিঙৈদা খঙহৌদনা তেন কাপশিল্লকখি। মফমদু য়াম্না মম্বা মবমনা কবিসু উবা ফংলমদে। যেক্নবশিংনা মুসলিমশিংগী মথক্তা ওৎ-নৈবা হৌবম্মী। কাংবু-কাংবু নাইনা ইবুংঙোগী লান্মীশিং চেনবা হৌবম্মী। ইবুংঙোনা মতোমতা থৌনা ফনা লেপ্লদুনা চেনখিবা লান্মীশিংদা ওনশিন্দুনা লাওবম্মী— "ঐহাক অল্লাহগী অশেংবা বসুলনি, মসিদা অবানবা কবিসু লৈতে। ঐহাক অব্দুল মত্তলিবকী মশুনি।" ৱাহৈশিংসি তাবদা চেনখিবা লান্মীশিংদু

য়ান্না ঙক্লম্মী। চেল্লুববা মুসলিমশিংনা অমুক হন্না ইবুংঙোগী মনাক তান্না হল্লকখি।

অসুন্না মুসলিমশিংনা য়েক্লবগা লান শোক্লখি অমসুং হিজবী নিপালশুবা শৌবাল থা (খৃষ্টাব্দ ৬৩০ জনুবাবী-ফেব্রুবারী থাদা মায় পাকপা হায়বদু ওইখিবগা লোয়নবা ছনৈন লৌশিনখি।

## তবুককী লান

তবুক অসি মীয়ান্না মশক খঙবা মফম অমনি। মসি মদিনা অমসুং দমস্কস অনীগী মবক্তা লৈ। মুতাগী লান মতুংদা বৈজন্তাইন সবকাবনা অববিযাদা লান্দাগে হায়না খনখি। ঘাসানাইদ কাংবুনা সাইবিযাদা অদুগা বোমদনা ভাসালশিংনা লৈবাক ঙাক্লম্মী। মখোয লোযনমক খৃষ্টিযান ধর্ম্ম চৎলম্মী। লান অসিগী লুচিং-পুবেল বোমান নিংথৌবু হাপ্লম্মী। তৌবিবা থৌবাং অসি মদিনাদা ইখঙ-খঙনবম্মী।

সাইবিযাদগী লাকপা লম্প্রোন-ইতিক তৌবা নিবাতাই কুংলুপশিংনা মদিনাদা চোবফোন থাও (Olive Oil) যোনবা লাক্লম্মী। বৈজন্তাইন কাংবুনা চহী অমগী মমাঙদা সাইবিযাদা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা শেম্লে হায়না মখোয়না মুসলিমশিংদা পাউ পীবম্মী। যেক্লবগী লান্মীশিংনা বলকা, মন্নাহ্বি যৌথ্রে হাযবসু মখোযনা মুসলিমশিংদা পাউ পীবম্মী। লানগীদমক শেম-শাখ্রে হাযবসি লোৎপা যাদবা অমা ওইবম্মী। বসুলনা মহাক্কী লোযনবশিংদা লানগীদমক থৌবাং তৌনবা হাযবম্মী। লাইবক থিবদি মতম অদুদা যান্না শাথিবা চাক তাংবা অমা অবব লৈবাক্তা থোক্লম্মী। নুংশাগী মৈশানা মপান থোকপদা যান্না খুদোং চাবমদে। মীযাম পূন্নমক মযুমদগী মপান থোক্লিংলমদে। তাৎ তৌবা কাংবুনা অহানবদদি চিন্দতা ঙাংলম্বদু হৌজিক্তি কবেম্নবগা লোযননা মখোযনা হাযবম্মী— "নখোযদি মৈশা অসিনা মপান থোক্রোইদ্রা?"

নিযাম অমগী মখাদা বসুলনা মীওই খবা মদিনা ঙাকশেনবগী থবক শিন্নম্মী। মীওই খববুনা নুপী অঙাংশিংগী অন্না-অনাদা মতেং পাংনবা থন্নম্মী। বসুলনা মদিনাদগী লান্মী লিশিং ৩০, শগোল লান্মী লিশিং ১০ লোযনদুনা লানগীদমক খোঙশাল্লম্মী। তবুক যৌবা মতমদদি মখোযনা খঙলম্মী অদুদি হান্না মমাঙদা ঙাংনখিবা ব্না পূন্নমক অবানবা ঙাক্তা ওইবন্লে। মদু ঘাসানাইদকী লুচিংবনা অবব পূম্বদা চিবোন চৎপা ওইবন্লে। তবুককী-লানগী মতাংদা সাইবিযাগী পাউ পুবা মীশক অমনা কা'ব ইবন মালিকতা চিঠি অমা পীবম্মী। মদু ঘাসাইনাদ লুচিংবনা ইবনি। চিঠি অদুগী অশম্বা মবোলদি মহাক্কা কা'বকা পূন্না চৎমিন্নসি হায়বনি। চিঠি অসিদি তশেংনা বসুলনা তবুকতগী হনগ্রবা মতুংদা ইখিবনি, মমাঙদা ইবা নত্তে।

তবুকতা মুহম্মদ (স্ব) নুমিৎ ২০ নি লৈবম্মী। লান অসি চাওবাক্লা হিজবী ৯ বজব থা

(শোক ৬৩০ সি ই ) দা থোকখিবনি। আইলাগী লুচিংবা য়ুহানা-না ইবুংঙো লাকপা ঙাইদুনা লৈবম্মী অমসুং জিজয়া পীগে হায়না যাবম্মী। দুমট-অল-জনদল কৌবা মফমদা য়ুহানা-না অঙৌবা গধা অমা বসুলদা খুদোল তৌবম্মী। মদুগী মহুত্তা বসুলনসু মশাগী ফিবোল য়ুহানাদা খুদোল তৌবম্মী। মসিগী মান্নবা মওংদা জববাগী খৃষ্টিয়ানশিং অমসুং অজরুহা কাংবুসু খুদোল তৌনবম্মী অমসুং জিজয়া পীগে যাখি। দমস্কসতগী পবাও(পোলেপফম মতাঙ) মঙা চৎলগা লৈবা দুমট-অল-জনদলদা অববকী লুচিংবা উকৈদিব লৈবম্মী। খলিদ বিন বলিদপু মীওই ৪২০ না তেংবাঙলগা উকৈদিববু ফাবম্মী অমসুং মহাক মশানা মুহম্মদ (স্ব) গী মমাঙদা চৎকনি হায়না যাখি তবুকতগী হল্লক্লগা মদিনাদা থুংলবা মতমদা নুপী অঙাং খাক্তনা মীয়াম্না ইবুংঙো বসুলুল্লাহবু হবাও তয়াম্না ওকখি।

## অববকী জাতি কযামকম ইসলামদা চঙজবকপা

কুবেইশ শাগৈনা ইসলামদা চঙজবকপতা নত্তনা অতোপ্পা অববকী জাতি কযামুকসু ইসলামদা লাইমিং লৌবকখি। হজবতকী পুন্সি লোযশিল্লকপা মতমদা পৃথিবীগী মফম কযাদগী দুত থাবক্তুনা পাউতাক কযা লৌবম্মী অমসুং বাশক চেৎপা, পুকচেল শেংবা অমসুং হাযবা ইনবগী থাগৎ-বাহৈ কযাসু মখোয়দগী তাবা ফংলম্মী।

## সাইবিযাগী ঙমখৈদা অকক্লবা মী খবা থাবা

ইবুংঙোনা অহল ওইশিল্লক্লবা মতমদা থোইদোক-হেন্দোক্লা যাম্না চাউবা থৌদোক অমদি সাইবিযাগী ঙমখৈদা বোম লান্মীশিংনা ইসলামগী হৈ-শিংলবা বাজদুত অমবু হাৎখিবদুনি। থৌদোকসিদা হজবতকী (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) পুক্লিং বাখল হম্বহনখি। অশোইবশিংদু যেংশিন্নবা মী খবা থাবম্মী। অদুবু খলিদ ইবন অল-বলিদগী হৈশিংলবা লান্মীশিংনা বাফম অদু লৌবমদে। হিজবী মাপলশুবা চহীদা অনীশুবা খোঙচৎ ওইনা হজবত মুহম্মদ (স্ব) না লমজিংদুনা চৎলুবদু যানবা অমত্তা পুবকপা ঙমদনা হল্লকখি। অতোপ্পা খোঙচৎ অমনা অবোইবা ওইনা ইবুংঙোনা মশা ঙমদ-ঙমদনা চৎলম্মী। তৌইশুম্বসুং ইবুংঙোনা হিংলিঙৈদা মী কাংলুপ অমা থাদুনা বাফম অসি শেংদোক্লদবনি হায়না উইল অমা ইবম্মী।

## অবোইবা হজ্জ (হজ্জটুল-বদ্যঅ)

হিজবীগী তবাশুবা চহী ইংশোক ৬৩২ এ ডি গী অঙনবা শরুক্তা মুহম্মদ (স্ব)না অবোইবা হজ্জ পাংথোক্লম্মী। মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মীওইশিংগা লোয়ননা নুমিৎ তবানি মক্কাদা লৈবম্মী। রসুলনা মহাক্কী উট 'অল-কসবা' দা তোংলগা অবোইবা খুতবা অদু শোন্দুনা

মীযামদা তাহল্লম্মী। ইবুংঙোনা মী খুদিংদা মহাক্কী ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক থৌওং খুদিংমক লোইশিল্লক্নে হায়না ফোঙদোকখি। ইসলামগী হৌবকফম, ফজবা নীতি, অচুম্বা লম্বী অদু পুথোক্কুনা মহাক্কী শিয্যশিংদা হায়বম্মী—

(ক) "খঙউ মদুদি মুসলিম খুদিংমক অতোপ্পা মুসলিম খুদিংমক্কা মচিন-মনাও ঙাক্তনি। নখোয় পূন্নমক চপ মান্নে, নখোয় নচিন-ননাও অমত্তনি।"

(খ) "তশেংনা ঐগী ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক অসি মপূং ফাবে। ঐনা মসি নখোয খুদিমক্তা শিন্নববনি। ইচম-চম্বা য়াথং, অশেংবা অল্লাহগী লাইবিক অমসুং অশেংবা রাযেন অসিবু নখোয়না চেকশিন্না চৎলবদি, নখোয কৈদৌনুংদসু শেবান্নবা লম্ফে চৎলবোই।"

## মুহম্মদ (স্ব) লৈখিদবা

মুহম্মদ (স্ব) না হিংলিঙৈ মতমদা লৈবাক অসি যেংশিন্নবা অমসুং ঙাকশেন্ননবা মীশক অমত্তা খল্লম্বা লৈখিদে। মহাক্কী মহুৎ শিন্নবা মী অমবু হাপ্পমগনি হাযবসি সুন্নি মুসলিমশিং না থাজদে। অদুবু শিআ মুসলিমশিংনদি অসিগুম্বা থবক অসিগীদমক অলীনা ওইফম থোকই হাযনা রাকৎলম্মী। মসিগী মতাংদদি কুরআনদা কবিসু পল্লম্বা লৈতে। অদুগা মসিমসু ওইবা যাই মদুদি লৈমিন্নবিবা মীযাম অদু নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবা, রাখল মোত তিন্নবা পূন্নমক অদু উবগা তুমিন্না লৈথোক্রম্বসু যাই।

মক্কাদগী হল্লক্রগা থা অনীবোম নাবম্মী। বসুলগা লোযনবা মকপ-মপাংশিংনা যাম্না রানখি। হিজরীগী তবামাথোইশুবা চহী অদুগা ববিবউল-আব্বলগীনা ২৭ নি পানবা নুমিৎ খৃঃ ৬৩২ জুন ৮ দা বসুলনা (ইবুংঙোগী মথক্তা অল্লাহগী শান্তি লৈহনবসিনু) তাইবং থাদোকখি[27]। ইবুংঙোগী পোকপা অমসুং শিবগী তবিক ববিবউল-আব্বল থাগী ১২ নি পানবা অসিনি হায়বদি থা অসিগী ১২ দা পোকখি অদুগা ১২ নি পানবদা শিখি। মুহম্মদ (স্ব) লৈখিদ্রে হাযবা পাউ অসি তাবদা উমবনা থম্মোয শোকনা নুংঙাইতবগা লোযননা থাঙশাঙ পাযদুনা লম্বীদা থোক্রগা "কনাগুম্বনা মুহম্মদ(স্ব) শিবে হাযববদি মঙক কক্কনি" হাযনা লাউবম্মী। অবু বকবনা কোযচৎ চৎতুনা নবী নুংশিবা লৈখিদ্রে হাযবসি মীপুম খুদিংদা অসুম্না শন্দোকখি- হজরত মুহম্মদ (স্ব) বু লাইনি, শিহৈদ্রবনি হাযনা খল্লিবশিংনা খঙসনু মদুদি মতম খুদিংদা ইকাই খুম্নদুনা লৈবগদবা মুহম্মদ (স্ব) তশেংনা তাইবং থাদোকখ্রে। অদুম ওইনমক অল্লাহবু চেৎনা নীংলিবশিংনা খঙসনু মদুদি ঐখোযগী কন্নবিহৈবা মপু লৈ অমসুং মহাক্তি শিবা নাইদে"। হজরত মুহম্মদ (স্ব) মদিনাদা পোৎলোইখি। ❑

---

27 S M Yusuf নাইবা life of Muhammad তা ইবুংঙোনা লৈখিদবসি রবিবউল-আব্বলগী ১৩ নি পানবা খৃষ্টাব্দ ৬৩২ এ থি জুন ৮ নি হায়।

মশাশুবা তাঙ্কক

# ইসলামগী লম্বী অমসুং মুহম্মদ (স্ব)গী লৈবাক ঙাকপগী মওং

## ইসলামগী লম্বী

ইসলাম হায়বসি কবিনো হায়বা মুহম্মদ(স্ব) না মীপুম খুদিংদা তম্বিবম্লে। মমাঙদসু পনজখ্রে ইসলাম কবিনো হায়বা মসিগী অর্থদি শান্তি ফংনবা লম্বী, হায়বা ইনবা অমসুং অল্লাহদা চঙজবা হায়বনি। ইসলাম অসি নাতৈ চানা লেংশিল্লবা মপুং ফাবা অল্লাহগা মীগা লৈনবা মবীতা নত্তনা পৃথিবীদা লৈবিবা জীব খুদিংমক্কসু মবী লৈনৈ। ইসলাম ধর্ম্মদা সাধু নৎত্রগা লম্বোইবা অমত্তা লৈতে। অদুগা তাইবংপান্দা লৈবিঙৈদা হবাও-নুংঙাই অমত্তা থিংদে। মপু মহাকপু থাগৎপগা লোয়ননা সমাজ অসিদা অফবা থবক তৌবা ঙম্নবগীদমক অল্লাহনা মখোযসিদি তশেংনা পীনবিবরুবনি। লন-থুমগী মপু ওইবগী অধিকাব ফংহনবতা নত্তনা থবক্তা হৈশিংবা অমসুং অফবা থবক তৌবগী মনা-মথুমসু পীবিবি। অসিতসু নত্তনা মীওইবা জাতিগী তুংগী শুৱোল লৈহৌনবা অধিকাবসু পীবি। অদুম ওইনমক ইনাক খুনবশিংনা মীহৌ চাউবা নৎত্রগা মশাগী ওইজবা থিবা য়াদে। শিজিন্নবদগী লেমহৌবা শেল অমসুং পৈশিন্দুনা থম্বা লন-থুম পুন্নমক্কী জকাট চহী চহীগী ওইনা পীগদবনি। চাথোকখিবা অমসুং তানশিল্লকপা লন-থুম পুন্নমক মীযামগী শেন-থুমগী ফিভম ফগৎনবা নিযম অমা শেম্লম্মী। মী পুন্নমক্তা য়েংথিবা, নুংশি-হৈতবা তম্বীবগী মহত্তা অচৌ-পিশক খাযদনা পুকচেল শেংবা, মীনুংশি চাউবা মীথোই-মীহেন্নবা হোৎনবী। মীযাম তিনবদা ৱাঙাং ফজবা, হকচাং লু-নান্না থম্বা অমসুং ইমুং-মনুং নুংঙাইনা লেনবা যাবম্মী। যু থকপা অমসুং জ্বাব শান্নবা মখল খুদিংমক যান্না চেকশিন্না থিংলম্মী। ইসলামগী সমাজদা খ্বাইদগী ফজবদি মী খুদিংমক মশাগী ইকাই খুম্নবা ঙাকপা , অফবতা তৌবা অমসুং অল্লাহতবু যাবা অসিনি। পুকচেল শেংবা অমসুং লিংজেল মান্নবগী লীচিংনা মীপুম খুদিংবু মান্ননা যেংবা ঙম্বা অসি কনাগী মফমদা ফোঙদোকলুব্রবসু ইচম-চন্না তৌহিদনা ফোঙদোক্লি। তৌহিদ হায়বদি মপু অমত্তবু যাবা ধর্ম্মনীতি আইন অমসুং লমচৎ-শাজৎ অমত্তদগী হৌবকপা হায়বনি। ধর্ম্ম শন্দোকপা চৎপদা ৱাঙাং ফজবা, থবক খুদিংদা থৱায যাওবা, পুকচেল শেংবা অমসুং লিংজেল মান্ননবা হোৎনবতা নত্তনা মীয়ামগী অপুনবা সমাজ অমা শেম্বদা মতিক চবা অকনবা লৈবাক অমা ওইহন্নবসু মুহম্মদ (স্ব) না শিদ্রিঙৈ চহী তবাগী মমাঙদগী হৌনা শেম-শাবম্লবনি।

## মুহম্মদ (স্ব) গী ইমুং-মনুং

হজবতকী (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) পুন্সি বাবী অসি চাওবাক্লা শরুক মবীথোক্লা খাযদোকপা য়াই, মদুদি ঃ—

১) চহী ২৫ শুবা ফাওবা লুহোংদনা লৈবম্মী।

২) চহী ২৫ দগী ৫৪ শুবা ফাওবা মহাক য়ুম পানবগী পুন্সিদা লৈরম্মী।

৩) চহী ৫৪ দগী ৬০ ফাওবগী মনুংদা ইবুংঙোনা নুপী কয়ামুক লুহোংখি।

৪) চহী ৬০ শুবদগী পুন্সি লোযশিনবা (শিব) ফাওবা মহাক লুহোংবগী থবক থাদোকখি।

মুহম্মদ (স্ব) গী ইহান-হানবা নুপীদি খাদিজানি। মহাক্লা নুপা অনী অমসুং নুপী মবী পোক্লম্মী। অহানবা মচানুপাদি অল-কাছিমনি। কাছিম মশাগী চহী মবী শুবকপদা লৈখিদে। অনীশুবা মচানুপা তাহিব (অব্দুল্লাহ্ হায়নসু খঙনবা ) অঙাং ওইন্না শিখি। নুপীশিংগী মনুংদা জৈনবনা খ্বাইদগী অহলনি। মহাক বসুলনা 'নবুবত ফংগদবা চহী তবা বাংলিঙৈদা পোকপনি। খাদিজাগী মনাও নুপীনা পোকপা অব্দুল অস-তা লুহোংলম্মী। বদবগী লানদা অব্দুল অস-না বসুলগী মাযোক্তা লান যাওবম্মী। মহাকপু ফাদুনা পুবক্লম্মী। মহাকপু থাদোকপীনবা জৈনবনা লীক পবেং অমা বসুলদা পীবম্মী। মদু খাদিজানা মহাক লুহোংবদা পীখিবনি। মুহম্মদ(স্ব) শাওবনা হাযফম খঙলমদে। মহাক্লা লানফা অমসুং লীক অদু পীথোক্লমদে। জৈনবপু মদিনাদা থাখিবম্মী। ইসলামবু যেংথিবা অবু সুফযানগী মবী-মতা হম্মদগী থাঙনা যানবদগী জৈনব হিজবী নিপালশুবা (খৃষ্টব্দ ৬৩০ ) দা লৈখিদে। অনীশুবা মচানুপী ককৈযানি। অহুশুবনা উম্মে কুলশুমনি। বসুলগী মখুবা অবু লহবনা পোকপা অতিবা অমসুং অতবা-না ককৈযা অমসুং উম্মে কুলশুম লুহোংলম্মী। অবু লহবতি ইসলাম যাদবা মীশক্নি। বসুলনা ইসলামগীদমক তৌবা থবক থৌবম খুদিংদা মতম লৈবা খিবিক্তা অবু লহবনা যেক্তুনা লাকপনি। মবম অসিদগী বসুলগী যেক্লবা অমা ওইবনা মচা নুপা অনীনা ককৈযা অমসুং উম্মে কুলশুমবু খাযনখি। মতুংদা উসমাননা ককৈযাবু লুহোংদুনা লৌখি। ককৈযা লাকপদগী উসমানগী যুম অদু মঙাল থোকহনখি। অদুবু মতম কুইনা নাবম্লবা মতুংদা ককৈযা লৈখিদে। উসমান অৱাবনা তৌফম খঙলমদে। বসুলনা উসমানগী মতৌদু য়েংবা ঙম্লমদে। মহাক্লা মচানুপী উম্মে কুলশুমবু উসমানদা অমুক লুহোংবীবম্মী। ইবুংঙোগী খ্বাইদগী ইতোন তোম্বী মচানুপী ফতিমাবু মখুবা অবু তালিবনা পোকপা অলীদা লুহোংবিবম্মী। হৌজিক্তি মসি হৌবকফম (Genetic) গী মতুং ইন্না তৌনদ্রে। অলী অমসুং ফতিমানা পোকচবা হাসন অমসুং হুসেনবু নবীনা য়াম্না লুনা চান্না তৌবম্মী।

মতম অদুদা অববিযাগী মফম অযাম্বদা নুপী লোনবা হাযবসি যাম্না চৎনবম্মী। মৱা মপুবোইবনা নুপী অমা অনীশুবা নৎত্রগা অহুমশুবা নুপী ওইনা পুশিল্লকপদা য়ুমগী নুপীনা

শাওবা নৎত্রগা থিংবা তৌনবমদে। অদুগা নুপী লোনবসি ইনাক খুনবশিংদি মশীং লেপ্তে, তৌইগুম্বসুং লাইরবশিংদি মখোয়গুম্না ঙমদে। বসুলদি কুরেইশ শাগেগী শেল য়াম্না পায়বা অমসুং নোম্লুকপা ইমুং-মনুংগী মচা-মশু অমসুং মবী-মতা ওইবা মরম্না নুপী লোনবদা লায়না থোক্রম্মী। অদুবু মহাক্তি অহানবদা নুপী লোম্লমদে অমসুং নুপীবু ইকাই খুম্নে। হজরত ইব্রাহিমনা নুপী ইয়াম-য়াম্না লৈবম্মী। য়েহুদিশিংগী মনুংদা নুপী লোনবসি যাকুব, মুসা অমসুং দাউদনি।

খাদিজানা লৈখিদ্রবা মতুংদা মুহম্মদনা (অল্লাহগী শান্তি লৈহনবিসনু) মঙোন্দগী চহী হনবী লুপ্তাবী সৌদাহবু ইবুংঙোগী নুপী ওইনা লুহোংখি। মতুংদা ইবুংঙোনা অবু বকরগী মচানুপী আইসাবু লুহোংলম্মী। নুপীমচা অসিগী কবিগুম্বা ময়ামদগী হেন্দোকপা গুণ খবা লৈ হায়বসি বসুল অমসুং অবু বকরনা উখি। রাজনীতিগী ফিভম ফৎলক্তবনা মরম ওইদুনা নুপী লোনবসি তঙায ফদনা তৌবা তাখি [28] । বনি মুসতলক-কী ইমুং-মনুংদগী জুবৈরিযাহবু মুহম্মদ (স্ব) না লুহোংখি অদুগা হায়রিবা মওংশিংদা য়েহুদি নুপী সফিয়াহবুসু লৌখি [29]। অদুবু উমরগী মতমদদি যহুদিশিংগী খুদোংথিবা কয়া নংখি।

চহী মঙাগী মনুংদা হায়বদি হিজরীগী অহুমগুবা চহীদগী তরেৎশুবা চহী ফাওবা হোলি প্রোফেটনা নুপী কয়া লুহোংখিবগী রাবীদু অমুক হঙ্গৎনা য়েংসি। মতম অদুদদি মুসলিম পুন্নমক যাম্না নকুনা মচিন-মনাও ঙাক্তা ওইবম্মী। নুপা নুপীগী খেন্নবদু কযা লৈবমদে। বসুলনা নুপী ওইবীশিংগী অশেংবা লমচৎ রাঙাং অদুতবু মখোয়গী হকচাংদগী হেন্না পাম্লম্মী। মসিদগী নুপী লোনবসি চৎনখি। মসিননি ইবুংঙোনা নুপী য়াম্না লৌবমইবা অদুগা নুপী অয়াম্বনা লুপ্তাবী ঙাক্তা ওইবম্মী।

জৈদ বিন হরিশ অসি বসুলগী নুপী খাদিজাতুল কুব্রাগী মীনাই ওইনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লৈম্মিন্নবকই। মহাক্কী হায়বা ইনবা অমসুং পুকচেল শেংবা অসিনা মরম ওইদুনা খাদিজানা বসুলগী কাববারদা মতেং পাংবা মী ওইনা থাবম্মী। মপুগা মনাইগা অনীগী মবক্তা লৈনবা মবী অদুদি অদুমক খবমখৈদি লাপ্পবম্মী। মীনাইগী রাখল থাদোক্রগা ইবুংঙোনা জৈদপু মচাদৌনা নুংশিবম্মী। জৈদসু ইসলামদা চঙলকপা মবীগুবা মীশক অমা ওইবম্মী।

নোংমদি জৈদকী মপানা জৈদ অসি ময়ুমদা পুজশ্রগে হাযনা হজরত ইবুংঙোদা হঙ্গৎলম্মী। ইবুংঙোনদি য়াবিবে অদুবু জৈদনা মপাগা লোয়ননা চৎলু য়াখিদে। মহাক মফম অদু থাদোকপা পামখিদে। মসিনা তাকপদি বসুলনা জৈদপু মচাদৌনা খনবা, নুংশিবিবা

28. " It is clearly this that the holy prophet added to the number of his wives only during the time that he had to live in state of warfare, when the number of males was reduced so that many women would have been left without protection and without a home, if the difficulty had not been solved by permitting a limited polygamy" page 33 (The prophet of Islam, By- Maulana Muhammed Ali )

29 - do - do- (Pae 32)

অমসুং থৌজাল উৎপননি।

মতম অদুগী অববতা চৎনবা অচৌ-পীশক খায়বা ৱাখল অমা তশুনা লৈবম্মী। মদু মৃথক্নীংবগী অপাম্বা ইবুংঙোদা লৈবম্মী। জেদনা বসুলবু মপাদৌনা নীংজবা অদু য়েংলগা ইবুংঙোগী মখুৱানা পোকপা জেনবকা হিজবীগী ৪শুবা চহীদা মখোয় অনী লুহোংবিখিবনি। ইকুই-কুইদনা মতৈ-মনাও অনীগী মরক্তা ৱাখল মোত মান্নদবা থোবকখি। জৈনবতি কুরেইশ শাগৈনি অদুগা জৈদতি ইচম-চম্না মনিং তম্নবা মীনাই অমনি। ইবুংঙোবু য়েংলগা মখোয় অনীনা লুহোংবদু য়াখিবনি।

লুহোংই হায়বতনি মখোয় অনীগী মোত অমত্তা তিন্নবা যাখিদে মবমদি জৈনবগী ৱাখন্দা জৈদ অসি মনিং তম্না থাদোক্লবা মীনাই অমনি। অদুগা অমবোমদা জৈনবতি মমিং লৈবা মীযাম্না শকখঙলবা ইমুংদা পোকপনি। মবম অদুনা অমগা -অমগা যানবক্তবদগী জৈদনা জৈনবপু হিজবীগী ৫ শুবা চহীদা খাযনখি। খায়নববা মতুংদা ইবুংঙোনা জৈনবপু ইদ্দৎকী মতম লোইবগা লুহোংদুনা লৌখি। মহাক্না উমবগী (অনীশুবা খলিফা) মচানুপী হফসাহবুসু লুহোংদুনা লৌখি। মসিতসু নত্তনা মুহম্মদ (স্ব) না খৃষ্টিয়ান লৈশাবী মবিযাবু লুহোংদুনা লৌখি। মবিযানা মচানুপা অমা পোকখি। অঙাং অদুগী মমিং ইব্রাহিম হাযনা মিংথোক্লম্মী। ইব্রাহিমসু অঙাং ওইনা শিখি। মমৈদা মবিযানা ইবুংঙোদা খাযননবা হায়জবদগী ইবুংঙোনা য়াবিখি। মতুংদা মবিয়াবু ইজিপ্তকী নিংথৌদা ইবুংঙোগী মহুৎশিনবা ওইনা থাখি। বসুলনা নুপী লোনখিবগী মবম যান্না লৈ।

অহানবা— লান মনুংদা নুপা মশীং হস্থিখিবনা নুপীশিং অসিগী যেংশিনবিনবা লৈতবা,

অনীশুবা— লৈফম চাফম লৈবক্তবা অমসুং

অহুমশুবা— শেন থুম বাৎলকপা।

মথক্তা পীথ্রিবা খুদোংথিবা কযাসি ঙাকথোক্লবা বসুলনা নুপী লোনবা হৌখিবনি। বসুলনা মশাগী চহী ৫৩ শুবা ফাওবদি নুপী লোনবগী থবকসি তৌবমদে অদুগা লোয়শিল্লকপা পুক্সি হায়বদি চহী ৬০ শুবদগীদি নুপী লোনবগী থবকসি তোকখি।

## মুহম্মদ (স্ব) গী মতমদা লাইবিক-লাইশু তম্বগী মওং

মুহম্মদ (স্ব) না থবক খুদিংমক্তা মহাক্না লোয়নবা মকুপ-মপাংশিংগী ৱাখল, পুক্লিংগী ঈথিল, থম্মোয়দা খল্লিবা পুন্নমক ফোঙদোক্নুনা তুংমাঙ য়েংলগা খঙদোক্লম্বা হোৎনবম্মী। মহৈ-মশিং তম্বগী মরমদা বসুলনা থাংজিল্লম্বা খোঙথাং, মীওইবদা লৌশিং জ্ঞান পীননবা হোৎনবম্বা অদুগী মতাংদা নৈনদুনা য়েংশি। মহৈ-মশিং তম্নবগীদমক বসুলনা লমজিংদুনা মহৈ তম্ফম শঙ, ধর্মগী নৈনফম কয়া লিঙ্খৎলম্মী। পাক-চাউনা কোনশিন্দুনা হাযরুদ্রবসু য়াম্না শম্না, মুহম্মদ(স্ব) শিক্ষাবু মশক খঙলবা অমসুং য়োখৎপা মীশক্তি, ওজানি, গুরু

অমসুনি। মহাক্না তৌথোবকপা থবক খুদিংমক মায় পাকখিদবা লৈখিদে। পৃথিবী অসি চাওখৎপগী অচৌবা অওনবা পুবক্লবা মফম অমনি। মীওইববু অবাংবা থাক্তা পুবক্লবা খনবা রাখলনা মহাক্কী পুন্সিদগী হেন্না লুনা লৌবম্মী।

বসুলগী পুন্সি মতম খুদিংমক্তা ওজাগী থাক্তা লৈখি। মহাক্না প্রজা মীয়ামদা মহৈ-মশিং তম্বীনবা, ইসলামগী শুণ হেঙ্গৎনবা হৌৎনবম্মী। মসিনা মাঙোন্দা লৌশিং শ্তান হেন্না ফংবা ঙম্লম্মী। কবিস্ খঙদবা মীফাও মহাকপু মঙালগী থাউমৈনি হায়নখি। বসুলনা তাকপী- তম্বীবম্বা খুদিংমক চিনহায় ঙাক্তনি। ঙম্বমখৈ হোৎনদুনা মীপুম খুদিংদা লাইবিক হৈবগী কান্নবা অমসুং মদুগী লৌশিং শ্তান ফংহন্নবা হোৎনবম্মী। বদবগী লানদা ফাবকপা বন্দী অঙাং তরাদা লাইবিক তম্বীবগী থবক তৌবম্মী। বন্দীশিং অদুনা পীবক্কদবা লোইপোৎশিং অদু ইবা পাবগী থবক তৌবিবা অদুদা যেংলগা লেপ্পম্মী। তম্বীবা অমসুং খঙজিনবা হায়বসি মাঙদ্রবা পোৎনি। থবক খুদিংমক বসুল মশানা তৌবগা মদু মীযামদা উহনখিবা ঙাক্তনি। মবম অসিদগী মুহম্মদ (স্ব) মতম খুদিংদা মায পাকপা হায়বদু ওইখি। অববশিং অসি বা ঙাংবদা খোম্লোক চুন্না ঙাংবা যান্না পান্নে। মতাং অমদা বসুলস্ অঙাং ওইবিঙে মতমদা লোন চুম্না ঙংবা ঙম্লবা, খোম্লোক চুন্নবা চৎনবী অমা ওইনা হলিমাগী যুমদা লৈখিবদু।

লাইবিক-লাইশু তমখিদ্রবস্ মুহম্মদ (স্ব) অচংবা ওজা অমনি অমসুং মদুদা অদুমক লৈখি। মহাক্না লোযনখিবশিংদা কবিশুম্বা খবা তাকপা মতমদা যামদ্রবদা অহমলক্তি হঞ্জিননা তাক্রম্মী। হাযবিবা মওং অসিদা মহাক্কী তুং-ইনবশিংদস্ কাইদনা চৎথবম্মী। কুবআনগী আযতশিং মথং-মথং লাকপা হৌখ্রবা মতুংদা মহাক্কী ছাত্রশিংদা চিন্না হায়দুনা তাহল্লম্মী অমসুং ছাত্র খবনা মদু খজুব মনাদা, শউন্দা, উবাক্তা নৎত্রগা লাইনা ফংবা অকনবা পোৎশিংদা ইশিন্দুনা থল্লম্মী। ইশিনবা মীওইশিংগী মনুংদা অলী অমসুং উসমান যাওবি। অযাম্বা শকক্তি মখোয অনীনা ইশিল্লম্বনি। মতুং তাবকপদা জৈদ ইবন সবিতনা ইশিল্লম্মী। মহাক্তি হিক্রু লোলস্ তম্লম্মী। মবমদি যহুদিশিংগা পাউ ফাওদোক-ফাওজিন তৌনবগীদমক[30]। মথক্তা পনখ্রিবা ইশিল্লম্মী হাযবা মীওইশিং অসি নত্তবা অতৈ খবস্ লৈ হাযনা অখঙ অহৈশিংনা তোঙান-তোঙান মোত পী। খবনা হাযঃ মখোযগী মশীং অদু ১৪ নি, খবনা হায ২৪ নি নৎত্রগা মশীং ৪২ ফাওবা শুবা যাই। মুহম্মদ (স্ব) গী খুথাংদা লাকখিবা কুবআনগী আয়তশিং মথং- মথং ইশিল্লম্বা মীওইশিংগী মমিং খবা তববিনা ইশিল্লম্মী। মখোয়শিং অদুদি—

১। অলী বিন অবি তালিব,

২। উসমান বিন অফফান,

30 Zafar Alam–Education in early Islamic period (1991) P 37

৩। উমর বিন অল-অস বিন উমৈয়া
৪। মুঅবিয়াহ্ বিন অবি সুফয়ান,
৫। সবজিল বিন হ্সন,
৬। অব্দুল্লাহ্ বিন সাদ বিন অবি সরাহ্
৭। মুখিবাহ্ বিন সবা,
৮। মুঅজ বিন জবল
৯। জৈদ বিন সবিত,
১০। হ্নজলা বিন অল-ববি,
১১। অবি বিন কাবা
১২। জহিম বিন সল্লাট অমসুং
১৩। হুসৈন উন নমেবি অসিনি।

বসুলনা মক্কাদগী মদিনাদা চৎখ্রবা মতুংদদি অসিগুম্বা ইশিনবগী থবক তৌবা মশীং যাম্না হেন্সৎলকখি। কাংবু খবনা লাকখিবা ৱহিশিং ইশিন্নম্মী অদুগা খবনা ওফিসকী থবক্তা শিজিন্নবম্মী। মথক্কী অসি নত্তবা জকাটকী মবমদা ইশিনবা, লমগী খাজনা ইশিনবা, লানদা ফাবকপা অমসুং ফংলকপা পোৎ-চৈ অসিনচিংবা পুন্নমক কাযদনা ইশিল্লম্মী। ময়ামদুগী মনুংদা খবদি অতোপ্পা লৈবাকশিংদা চে থাদোক-থাজিন তৌবা, চিঠি ইথোক-ইশিন তৌবগী থবক্তা শিজিন্নবম্মী। মখোযদুগী মনুংদা জৈদ বিন সবিততি গ্রীক পাবসিয়ান, কোপতিক অবিসিনিয়ান অমসুং হিব্রু লোন খঙলম্মী। মহাক হ্জবত মুহ্ম্মদ (স্ব) না ঙাংবা ৱা অতোপ্পা লোনদা হন্দোকপা মী অমসু ওইবম্মী[31] । বসুলগী চিঠি ২০০ বোমদি হৌজিকসু লেংদনা লৈবি অদুবু অয়াম্বদি মাঙখ্রবনি। ওফিসকী চেশিংদা শীল (মোহ্‌ব) শিজিন্নবা অববশিংগী মনুংদা মুহ্ম্মদ (স্ব) না অহানবনি। মসি অবব ইতিহাসতা তোমথিন ওইনা লৈহৌববনি।

কুবআন অসিমক মপুং ফাবা ৱহি লাকপদা চহী ২৩ চঙখি। বসুলনা খনগৎলবা ইশিনবগী থবক তৌবা মহাক্না পাম্বা খবদি ৱহি লাকপা লোইদ্রিবা ফাওবা লৈমিন্নখি। মখোযগী মবক্তগী খবদি লাকখিবা কুবআনগী ৱহিশিং অদু চিনফা তৌবসু যাওবম্মী। কুবআনগী আযত মপুং ফানা চিনফা তৌবশিং অদুবু হুফফাজ অমসুং কুববা হায়না খঙনৈ। লেওনে কেতানিগী মতুং ইন্না বসুলনা থোইদোক-হেন্দোক্না মীওই খববু তাকপী-তম্বীদুনা কুবআনগী আয়তশিং মতম খুদিং কাউদনবা চিনফা তৌহল্লম্মী। মখোয অদুবু 'কুববা' হায়না কৌবম্মী। মুহ্ম্মদ(স্ব) না লৈখিদ্রবা মতুংদা হুফফাজ অমসুং কুববা-না কুবআনগী অশেংবা শক্তম মাঙহন্দনবা হোৎনবদা য়াম্না চাউনা মতেং পাংলম্মী। মতম অদুগী লাইবিক তম্ফম

31 Zafar Alam— Education is early Islamic Period (1991) p.37

শঙশিংদি— দাকুল অবকম, কুত্তাব, মসজিদ, সুফফাহ, দাব অল-কুববা অসিনচিংবনি।

**দারুল অবকম—** মক্কাদা লৈবা মীওইশিংনা মপাঙ্গল ফবিঙৈ মতমদদি ইসলামবু য়াবা মী মশীং য়াম্না রাংলম্মী। মদুনা মবম ওইবগা মুসলিমশিং ফোঙনা ইসলাম শন্দোকপা অমসুং ধর্ম্মগী বা ঙাংবা ঙম্লমদে। নৌনা ইসলামদা চঙলকপা মীওইশিংদা ধর্ম্মগী পান্ডু শন্দোকপা, লাইরিক-লাইশু তম্বদা অপনবা লৈবা পুন্নমক লোৎনা য়ুমদা হোৎনবম্মী। ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংদা শিক্ষা পীবা, ধর্ম্ম নৈনবা থোইদোক-হেন্দোক্লা দাকুল অবকমদা তৌবম্মী। বসুলগা যাম্না নক্লনা তিন্নখিবা মীওই কযা মফম অসিদগী লৌশিংগী মঙাল ফংখি। অল-অবকমনা ইংশোক ৬১৪ এ ডি দা সফা চীংদা লৈবা মহাক্কী ময়ুম ইসলামগী থবক থৌবম খুদিংদা শিজিন্নবা বসুলদা শিন্নখি। মহৈ তম্নবগীদমক দারুল অবকম অসি ইসলামগী অহানবা মহৈ তম্ফম শঙনি হায়না লৌনৈ।

**কুত্তাব—** ইসলামনা মপুং ফানা মপাঙ্গল লৈবক্লবা মতমদা মহৈ তম্ফম শঙশিং হাযবদি অল-কুত্তাব অমসুং অল-মকতব লৈবা হৌবকখি। মদিনাদসু মসিগা চপ মান্নবা কুত্তবা মুহম্মদ (স্ব) না লিঙ্খৎলম্মী। বসুলনা মদিনাদা চৎপা খোঙচৎ অদুগী মমাঙদগী হৌনা মক্কাদা অসিগুম্বা মখলগী মহৈ তম্ফম শঙশিং লৈববনি। মফম অসিদা কুবআনগী পাউতাক, ধর্ম্মগী চঙদবা যাদবা নিযমশিং ইবা পাবা পুন্নমক মফম অসিদা তৌবম্মী।

**মসজিদ—** *লৌশিং জ্ঞান তানশিনবদা খুদোং চাদবা কযা লৈবনা মবম ওইবগা য়ুম* য়ুমদা তৌবম্বদু মমৈদদি মসজিদশিংদা পুন্ন-পুন্না তম্বা হৌবকখি অমসুং মদুনা খুদোংচাবসু হেন্লকখি। মদিনাদা লাকপগা মুহম্মদ (স্ব) না মসজিদ নদবী লিঙ্খৎলম্মী। মফম অদুদা ইসলামগী মহৈ তম্ফম, ধর্ম্মগী তাথোক-তাশিন তৌফম অমসুং অতৈ মরু ওইবা থবক কযা তৌবম্মী। লাইরিক লাইশু তম্বদি নুংথিলদা ওইনা তৌবম্মী। চয়োল অমদা নোংমদি নুপীশিংগী খাক্লুনা থম্নম্মী। মতম অমদদি মসজিদ-নদবী মক ওইবা শিক্ষাগী মফম ওইবম্মী।

**সুফফাহ—** বসুলগী মসজিদ অদুগী নাকল অমদা খবা তপথোক্লগা শেম্বা মফম অদুবু সুফফাহ হায়না খঙনৈ। নৌনা ইসলাম চঙলকপা মীওইশিং অমসুং লমদম অদুদা লৈবা ময়ুম লৈজদবা মীওইশিংগী লৈফম পীবম্মী। ডাঃ হমিদুল্লাহনা মসিবু অহানবা ইসলামগী বিশ্ববিদ্যালয়নি হায়না কৌবম্মী। মফম অদু মহৈ তম্বা ছাত্রশিংগী থবক শুফম অমসু ওইবম্মী। ছাত্রশিং অদু অথাপ-অথাপ্পদগী লাক্লম্মী। মখোয়গী মনুংদা শকনাইববা শাগৈ জাৎতগী যাওবম্মী। সুফফাহদগী পাস তৌদুনা থোবক্লবা বসুলগী লোযনবশিং অযাম্বা শাগৈ অমগী নৎত্রগা জাতি অমগী লমজিংবা মী ওইবম্মী। অসিগুম্বা খঙহৈববা মীওইশিং অসিবু 'কাডি' হাযনা খঙনবম্মী। শিবলীগী মতুং ইন্না চাওবাক্লা মীওই ৪০০ বোমদি মতম অমদতা তম্নম্মী বোর্দিংদা লৈবা ছাত্রশিং অসি মতম-মতমগী খব-খবদি খৈন্নে। মখোয় যাম্নবদা মীওই ৮০ দগী হেন্দে। মমিং লৈবা সুফফাহ ছাত্র খবদি —

১। অবু উবৈদা বিন অমিব বিন জববাহ,

২। সুহৈব বিন সনন,

৩। অব্দুল্লাহ বিন উমব,

৪। অব্দুল্লাহ বিন জৈদ হুসৈইনি,

৫। অব্দুল্লাহ বিন সমুদ,

৬। জৈদ বিন খত্তিব,

৭। সলমান ফাবসি,

৮। বেলাল বিন অমব,

৯। অবু হুবৈবা

১০। অব্দুব বহমান অল-অউসি,

১১। খুবাব বিন উর্স

১২। উতবা বিন মসুদ হজল্য অমসুং

১৩। অবু দাউদ অসিনচিংবা।

দাব-অল-কুববা— মথক্তা পনথ্রিবা মহৈ তম্ফম শঙশিং অসি নত্তবা দব-অল-কুববা কৌবা অমসু লৈবি। মহৈ তম্ফম শঙ অসি মদিনাদা লৈবা ইবন নৌফাহগী যুমদা ইংশোক ৬২৩ এ দি (হিজবী ২) দা লৈবম্মী। অদুবু মতুং তাবকপদদি হাযবিবা মহৈ তম্ফম শঙ অসিগী মবমদা অকুপ্পা খঙবা ঙমখিদ্রে।

নুপী লাইবিক তমহনবা — মুহম্মদ (স্ব) গী মতমদসু নুপীশিংদা লাইবিক-লাইশু তম্বীবদা যাম্না থবায যাওখি। হৌজিক মতমগী লাইবিক তম্বীবগী মওং অসিদি অয়াম্বনা নোংচুপলোমগী নিয়ম নীতিদা লুপশিনখ্রে। ইসলামদা নুপীগী ফিভম খন্নবকপা মতমদা অখঙ-অহৈশিংগী মোত খবমখৈদি খেন্নবা লৈ। হাযনবা লৈ মদুদি কনাগুম্বগী মচানুপী পোক্রবদি মদু হিংনা ফুমজিল্লম্মী। অদুবু ইসলামনদি মদু যাদে। মহাকপু কবি মবালগী হাৎকদৌবিবনো (৮১ ৮-৯) ? ইসলামদদি নুপীবু ইজ্জৎ তৌই। সমাজদা চৎলিবা ফত্তবা লীচৎ, নুপী অঙাংশিংদা চৎহৈদবা অমসুং তৌবোইদবা কযা অতম্ননা চৎথবকপা খুদিং মক ইসলামনা থোক্তনবা কন্না থিংই। ইসলামনা কোনবা সমাজ অমদা নুপা-নুপী খাযদনা লাইবিক-লাইশু তমহনবা অমসুং মহৈ হৈহনবা হায়বসি তঙাই-ফদবা অমনি। অদুবু খেন্নবা অমদি ইসলামগী লমজিং মখাদা নুপা অমসুং নুপী পূন্না ফমিন্নদুনা লাইবিক তমিন্নবা যাদে।

ইসলামিক ফিলোজোফিগী মতুং ইন্না নুপা অমসুং নুপী অনীগী লাইবিক তম্বীবগী মওং খবদি খেন্নবা লৈখি। বসুলনা মরু ওইনা নুপীশিংগীদমক অতম্নানা লাইবিক-লাইশুগী মবম অতৈ খুদোংচাদবশিং খন্ন-নৈনবগী য়ুমশকৈশা নুমিৎ অসি খাযদোক্লুনা থম্নম্মী। নুপীশিংনা খঙনীংবা খুদিংমক বাহং পাউহংনেদুনা তাথোক-তাশিন তৌনবম্মী। নুপা, নুপী অথিংবা

